আইঃ এসঃ অকোইজমগী

# মণিপুরগী চীংমী-তম্মী

ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯒꯤ ꯆꯤꯡꯃꯤ-ꯇꯝꯃꯤ




মণিপুর সাহিত্য সমিতি

থৌবাল, মণিপুর




**Manipurgee Cheengmee-Tammee**
*Written by I.S. Akoijam,*
*Published by Manipur Sahitya Samiti,*
*Thoubal - 795138, Manipur, in 2004,*
*and valued at Rs 75.00 per copy.*

অহানবা ফোঙবা ঃ ২০০৪

কপী মশীং ঃ ১০০০

মমল ঃ লুপা ৭৫/-

ফোঙবা ঃ মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল মণিপুর।

লাইরিক ফংফম ঃ মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল, মণিপুর।

নম্ফম ঃ সিবোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল, মণিপুর

(03848) 222747 9436023001

# *অহৈবদগী*

*মণিপুরগী চীংমী-তম্মী* হাযবা লাইবিক অসি ঈমা মণিপুরগী (কংলৈপাক্কী) লাইজনা খোল্লাং ওইবগা অমদি ঈমা লৈবাকসিগী পোত্থোক চাথোক্লা চাকইন তম্লগা চাউমিন্নবক্লবা চীংমী-তম্মী ঐখোয ঈচন ঈনাও অনীগা মরী অসি তৎখিগদ্রা হাযনা চিংনবকপদগী ঐখোযগী হৈবকফম থিমিন্নর্বসি হাযবগী বাখল্লোন্দা ইর্জখিবনি। বাখল্লোন অসিদা যুম্ফম ওইবগা চীং অমসুং তমগী লাইবিকশিং অমদি মাইচৌশিংগী ব্রাবীশিংদগী খবদং লৌখৎচবগা মওঙ তাদনা শাগৎচখিবা ঐগী লাইবিক্লি।

চীংলোন মাপলনা থম্বাল লৈনাশিংগুম কোযশিল্লগা মযাযদনা থমচেৎকুম্না তম্পাক্লা লৈবা ফজখ্রবা ঈমা মণিপুব অসিগী চীং অমসুং তম অসি চহি মিলিযন যাঙ্খ্রমঙাবোমগা মমাং অদুবাইদা ঈবোন্নুংদগী ফাউগৎলকখিবনি। চাংদনা ঈশিং হান্না কংখিবনা মবম ওইবগা চীংদনা হান্না লৈবাক শেম্বা লোইখি হাযবগীদমক চীংবু **লোইবী চীং** হাযনা কৌখি অদুগা হান্না কংদুনা লৈরে হাযবগীদমক **কংলৈ** হাযনা কৌখি। তম্পাক্তংগী চীংনুংহুত্রা ঈশিং চিংথোকখিদ্রিঙৈগী মমাংদদি কংলৈচাশিংনা চীংদা পূন্না লৈমিন্নবম্মী। মতম অদুদা চীংমী তম্মী হাযবগী ব্রফম লৈবমখিদে। **ব্রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোল পুকোক** পুযাগী মতুংইন্না চীংলোন মাপলনা কোযশিন্দুনা লৈবা

## মণিপুরগী চীংমী-তম্মী

তম্পাক্তা থুমজিন্দুনা লৈবা ঈশিংনা কংলকপা মতমদা ইহান-হান্না কংখিবা তম্পাক্কী মফম অদুবু কংলা হাযনা থোনখি হাযবি।

তম্পাক্তগী ঈশিং চীংনুংহুত্তা চিংথোকখ্রবা মতুংদা চীংদগী কংলৈচাশিং খবনা তম্পাক্তা কুমথবক্তুনা খুন্দাখি। চীংদা লৈখিবশিং অদুবুনা চীংমীশিং অদুগা তমদা খুন্দাদুনা লৈখিবশিং অদুবুনা তম্মীশিং হাযনা কৌজখিবনি। অদুগা চীংমীশিংবু হৌ (হাও) অদুগা তম্মীশিংবুনা মীতৈ হাযনা খঙনখিবনি। তশেংনমক হাযববদি মণিপুবদা যেলহৌঙৈদগী পোর্কমিন্নবকপা, লৈমিন্নবকপা অমদি হিংমিন্নবকপা কংলৈচাশিংবু মীতৈ হাযনা খঙনবম্বনি। ঐখোযগী পাবি-পুবি অমতনি, পলেম-পম্বৌ অমতনি, ঈ-মবী অমতনি। অদুবু তম্মীশিংনা হিন্দু ধর্ম্ম অদুগা চীংমীশিংনা খৃষ্টিযান ধর্ম্ম লৌখিবদগীদি চীংমী-তম্মী মচিন্মনাও ওইবগী নুংশিনবা মবী অদু লাপথোক্লবা হৌবকখি। মতুংদদি চীংমী-তম্মী মচিন্মনাওনি হাযবফাওবা কাউথোক্লখক্তুনা মপা মপু মশক খঙদবা শা-ষণগুম ওইবক্কদ্রা হাযনা চিংনবে।

মান্ন-মান্নবা লীপূন্না পুন্দুনা লৈমিন্নবকপা চীং তম অনীগী নুংশিনবগী ঈচেল অদু কংবা হৌবক্লে। মমাংঙৈগী অমতা ওইবম্বগী ব্রাবির্শিংদু অহোংবা কযাগী শাফুদগী কাউথোক্লবক্লে। মণিপুবগী অপূনবা শক্তম নংএ্রগা গুমখৈ কাযবা যাবগী অকিব লৈবক্লে। নহাবোলশিংগী ব্রাখলদা অহোংবা নংএ্রগা অওনবা কযা লৈখ্রে। ঐখোয পূন্নমক্কী থম্মোযদা চিংনবগী মহুম শাখ্রে। তোখায তানীংবগী ব্রাখলনা ঈবাং কযা থোকহল্লে। অদুবু চীং অমসুং তমগী অহল-লমনশিংনাদ অমনা অমগী অবা-অনাদা মতেঙ পানবি অদুগা পাউতাকশিং লৌনবি।

ঐখোয কংলৈচাশিংগী মনুংদগী খবনা হিন্দু ধর্ম্মগী, খবনা খৃষ্টিযান ধর্ম্মগী অদুগা খবনা হান্নগী অবিবা ধর্ম্মগী তোঙান তোঙানবা মহাওশিং থাদোক্লদনা লৈনবি। মদুদি হৌনবীনি। মপান্থোংদা যেংবদা খেন্নবা মযাম অমা লৈজববসু মান্নবা কযা অমদি নুং-দা লৈবি। চীংমী-তম্মীগী শকতা-চুদাদা, শওং-শবান্দা, খুনুং-ঈশৈগী শৈহেক-শৈশক্তা, জগোইগী শাথেক-খুথেক্তা, জগোই ঈশৈগী যন্ত্রশিংদা, মশান্না কযাদা, শেৎপা-চাবদা অমদি নাৎকী ওইবা থৌবম কযাদা

মান্নবনা হেন্না যাওবি। মণিপুরী নৎত্রগা কংলৈ লোল অসিদসু চীংমীশিংনা ঙাঙনবিবা লোলশিংগা মান্নবা কয়ামুক য়াওরি। তমদা মীতৈশিংনা মীতৈলোলনি হাযদুনা ঙাঙনবিবা লোন্থেশিং অসিদগী সংস্কৃত, হিন্দি, ইংলিশ অমদি বেঙ্গালী ব্রাহৈশিং অসি লৌথোকখ্রবদি লেমহৌরিবা শব্দক অদুদি অয়াম্বনা চীংমী-তন্মীনা ঙাঙনবম্বা অবিবা লোল অদু ওইগনি, মবমদি ঐখোযগী থাযনগী চীং অমসুং তমগী অহল-লমনশিংনা লোল অমতবু মমালোল ওইনা ঙাঙনবম্মী। **কংলৈ ঈয়েকনা** কংলৈপাক অসিদা লৈবিবা চীংমী-তন্মী অনীমক্কী মযেক ওইবম্মী। যেক-সলাইসু চীংমী তন্মীগী ওইনা তবেৎ তবেৎ লৈবম্মী। চীংমী-তন্মীগী ওইবা যেক সলাইগী মচু তবেৎনা ওইবা ফিবালসু লৈজে। মথকলোমদগী হৌবগা মথং মথং অঙাংবা, অঙৌবা, অমুবা, হঙ্গাম-মপাল, মুলাং (অমুবগা অঙাংবগা লাংবা), মাঙ্গ্রা মচু অমসুং সংবান্নবনা ওইবা ফিবালনি। চীংমী-তন্মী অনীমক্কা মৈহৌবোলদগী হৌনা মফম অসিদা খুন্দামিন্নবকই।

মণিপুরগী ইতিহাসনা মতম খব থৈদোক্কুনা লৈবিঙৈদা হিন্দু ধর্ম্মবু লৌহনখ্রবা তন্মীশিংনা চীংমীশিংবু মাংই অদুগা তন্মীশিংনা তন্মীশিংগী মবক্তা অমগা অমগা মাংই-শেংই তৌনখিবদুনা মবম ওইবগা শিবফাওবদা মচিন্মনাও চঙনখিদবা যাওখি। অদবু হৌজিক্তি মতম অদু নক্ত্রে। চীংমী-তন্মী ঐখোযদা মতমনা অমুকসু ঐখোযগী হান্নগী হৌবকফম অমসুং অবিবা মতৌবু নীংশিংহন্দুনা হেন্না চাওখৎপা অমদি ফজবা অপূনবা শক্তম অমা পুরীবকপা ওইবসনু। ঐখোযনা মপান্দগী জ্ঞান (বুদ্ধি-লৌশিং) লৌবগা মীতেক-মীরৌ খঙবা হেনগৎলকপনি হাযনা লৌবসি। **চীংমীনা অমনি তন্মীনা অতোপ্পা অমনি হায়বগী হূদগী হেন্না ফৎখিদ্রবা ব্রাখল অসিগী মরীক অমফাওবা য়াওদনা অমগা অমগা নুংশি-চান্নবা লৈমিন্নরসি।**

হৌজিক হৌজিক চীংমী-তন্মী ঐখোযনা ঐখোয ঐখোযগী পোথোক চাথোকাশিং লৈবা-যোনবা নৎত্রগা ওন্থোক-ওক্সিন তৌনদুনা অমনা অমগী মখাপোন্না হিংনবি। মদুগীসু মথক্তা চীংমীশিংনা তমদা খুন্দাদুনা লৈবি অদুগা তন্মীশিংনসু চীংদা থবক তৌদুনা লৈনবি। চীংমীশিংনা মীতৈ ওল্লগা তন্পাক্তা মীতৈ খুলশিং শেমলগা খুন্দাদুনা লৈখিবসু কয়ানি। অমনা অমগী

নিঙ্গেং'ন লৌনদুনা নুংশি-চান্ননা লৈনবি। চীংমী-তম্মী শেংনা-খাযনবা তৌনগুর্মসি। হিন্দু ধর্ম্ম শব্দোল্লকপদা কা-হেন্না অমাং-অশেঙ খাযখিবদুনা ঈগী মবীদা চীংমী তম্মী নুংশিনদনবা হূ কামশিনখি হাযবসিমর্দি চুম্মি। অদুবু হৌজিক জ্ঞান তানবক্লবা মতমনি। লানখিবা নংত্রগা শোযখিবা কয়াবু ঙাক্লবগী মতম যৌবক্লে। ঙাকপীবদগী হেনবা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমতা লৈতবনি। চীংমী-তম্মী অনীমক্লা অপূনবা শক্তম ঙাক্লগা নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নবা তাবনি। ঐখোয পূন্না নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নবিবমখৈ নুংঙাইগনি, নংত্রবদি খুদোংথীনঙাইগী মশক্লি।

ধর্ম্মগী অখুবা মীৎযেং থম্লদনা, চীংমী-তম্মী চাবৌ-মৌবৌনদুনা অমদি অমনা অমগী চৎনবীবু নংত্রগা ধর্ম্মবু ঈকাইখুম্লদুনা ঐখোয ঈশেলগী মবক্তা লৈবিবা যেংথানবা মতৌ অদুবু মাঙহর্নাখিনবা উপায থিবসি। ধর্ম্মদি হোংবা যাই অদুগা জাতিদ হোংফদে। **চীংমী-তম্মী ঈচিন-ঈনাওনি, অমতনি হাযদুনা** খব চাওখৎপা তম্মী ঐখোযনা তম্পাক্কী লমশিংদা লাউবখক্লদি কান্নবা ফংলোই, চীংমী তম্মীগী মবী চেৎশিনহনবা ঙম্লোই। খব খুদোংচাবা মফমদা লৈবা তম্মীশিংনা চীংদা কাদুনা চীংমীশিংনা ৱাবীবা মতৌ অদুবু যেংশিনবীগদবনি অদুগা মখোযগী অৱাবা ফীভম অদুবু ফগংহনবা তাই। সবকাবনসু চীংমীশিংগী যাইফনবগীদমক্তা থৌবাং কযা নীংথিনা পাযখৎফম থোকই। ঐখোযগী হকচাঙশিংনা চীংদা অমদি তমদা তোঙান-তোঙান্না লৈজববসু ঐখোযগী থম্মোযনুংদাদি ঈচিল ঈনাও নংাশনবগী ঈচেল অদু চেলহনসি।

অমগা অমগা নুংশিননা লৈমিন্নবা হাযবসিদগী হেনবা অতোপ্পা লাইনীং-লাচৎ অমা লৈতে। ধর্ম্ম হাযবদি নুংশিবা হাযবনি। নুংশিবা হাযবদি শান্তি হাযবনি। শান্তি লৈবা মফমদা ঈশ্বব লৈ। মশা-মশাগী ধর্ম্মবু হেন্না পাম্মনখিবদগী অতোপ্পা ধর্ম্মবু থীনা চৈবদি ফত্তে, ধর্ম্মনা য়াবোই। ধর্ম্মগী মিংদা যেংথানবা নংত্রগা লাল তৌনবা ধর্ম্মগী ওন্ন-তৈনবনি। ধর্ম্মনা মবম ওইবগা শাউনবা, যেংনবা অমদি খৎন-চৈনবা ধর্ম্ম নত্তে, অধর্ম্মনি। ধর্ম্মনা ঐখোযবু অমগা অমগা নুংশিনৌ হাযবি। ধর্ম্ম পূম্নমক্লা তান্নবিবদি ঈশ্ববগী মনাক যৌবনি। লম্বীশিং খেন্নজবগী ৱাদনি, ঈশ্বব ফংলগা লোইবে। ঈশ্বব অনীশুবা হৌনদে। ধর্ম্ম পূম্নমকপু ব্যবহাব তৌবসি। ধর্ম্মগী লৈকোম্দা ধর্ম্ম মখল মযাম অমা

লৈরাংশিং ওইনা শাৎচসনু। মদুনা লৈকোন্দুবু হেন্না ফজহনগনি, অদুগা মদুনদুম ঈশ্বরগী মতীক-মগুণবু হেন্না থাঙ্গৎকনি। ঈশ্বরদি মখল-মথেল ময়াম অমা পামজবদগী মালেমসিদা মখল কয়াগী জীবশিং, পোৎশিং, চৎনবীশিং, ধর্ম্মশিং হৈনবীশিং, চৎন পথাপনচিংবশিং লৈহনবনি। ঈশ্বরনা পেন্নবা ঈশ্বরগী য়াথং ইল্লগা চৎকদবনি। অদু ওইরবদি ঐখোয় পূন্নমক য়াইফগনি। ঈশ্বরগী য়াথংনদি ঐখোয় ঈশেল নুংশিনৌ হাযবনি। ঐখোয় ঈশেল নুংশি চান্ননা হিংমিন্নববদি ঈশ্বরগী থৌজাল ফংদুনা ঐখোয় নুংঙাই-য়াইফনা লৈগনি, অদুগা মদুদা ঈশ্বরনা পেল্লদুনা গ্রহ পূন্নমকপু ঐখোয়গী মীচঙদা লেপ্পুচো হায়না থাবীরক্কনি।

মণিপুরদা লৈরিবা কাঙলুপ খুদীংমক্কা ঐহাকপু লান্না লৌবিগনু। মণিপুরগী অপ্নবা শক্তম অদু কায়হন্দনবা হোৎনবদা মতেঙ খরদা ওইগদ্রা হায়বগী আশাদা লাইরিক অসি ইজখিবনি। মসিদা অশোয-অঙাম, অবান-অহুই অমদি হেন্দোক হেঞ্জিন কয়া য়াওরম্লবসু ঐহাকপু ঙাকপীযু। কবিগুম্বদা চুমখোকপীবক্লবদি যাম্না নুংঙাইজগনি।

লাইবিক অসিবু ফোঙদোকপীরিবা মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল, মণিপুব, অদুগা মসিবু নম্বীখিবা সিবোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবালগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচবি।

থৌবাল, মণিপুব

তাং ১৯।০৮।২০০৪ ইং আইঃ এসঃ অকোইজম

# যাওরিবশিং

অইবদগী

## ১। য়েলহৌঙৌদা কংলৈচাশিং

য়েলহৌঙৌর্দদি মী হাযবা জীব অসিনা শা মখল অমগুম্না ফি শেৎর্কনি অমদি যুম শাগনি খঙদবমখৈ লৈখুন্দা (শুকুংদা) লৈবন্মী। অচৌবা শানা মীবু চাবন্মী। যুগ অদুবু নুঙগী চক হাযনা লৌনৈ। কংলৈচাশিংনা খুম্হোক্কুনা খুল মযাম অমা শেমখিবগী ৱাবী কযামুক লৈ। কংলৈপাক হাযবা মিং অসিদি চীংমী-তম্মী অনীনা হৌবকপগী ৱাফমগা মবী যাম্না লৈনৈ। কংলৈপাক্কী মহুত্তা মণিপুব হাযনা মিং থোনখিবা অসিদি খাঙ্গুথক্কীনি।

সনা লৈবাক কংলৈপাক অসিদি চীংলোন মাপলনা থম্বাল লৈনাশিংগুম কোযশিল্লগা মযাযদা থমচেৎকুম্না তম্পাক্না লৈবা ফজখ্রবা লৈবাক অর্মনি। মফম অসি তাইবঙ মপু লাইনিংথৌ অমসুং খোইযুম লাই মযামগী খোঙদাফম্না শান্নফর্মান। থাংজিং, মার্জিংর্নচিংবা চীংশিংদা লৈবিবা লাইফমশিং অসি খোইযুম লাইশিংগী খুভর্মশিংনি। অঙৈং-অশা খাযবা লৈবাক অসি অথৌবা কযাগী খোঙফম তাববা অর্মদি ভাবত প্রজা কোটি কোটিগী থৱায কন্নববা লানবনগুম্না লৈবাক্লি।

পুযাগী মতুংইন্না কংলৈচাশিংনা অহানবা ওইনা অর্মদি হৌবকফম মান্ননা কৌব্রু চীংশাং নাপোমদা খুম্হোক্কুনা খুন্দামিন্নবন্মী হাযবসে চুমলে হাযনা ঐখোয অয়াম্বনা থাজনবে। অৱাংবা কৌব্রু চীং অসি মীগা লাইগা শম্নবিঙৈ মতমদগী

অহানবা খুন্দাবকখিবা মফমনি। মফম অসিবু লাইনা লৈবা মফমনি হায়বগীদমক্তা লাইফমনি হায়না লৌনবি। অবাংবা চীং অসিদা ঈপা-ঈপুশিংনা খুন্দাবম্বগী সঙ্গায-যুম্ফম অচৌবা, সঙ্গায়-যুম্ফম মচা, নুঙশুম্বল, নুঙ-যাংকোক, নুঙ-শুক, শম্বোং-ঈকোন, পাম্বোইবী ঈকোন, লাই হবাওবা ইহান-হান্না হৌদোকখিবা হবাও-থেলনচিংবা খুভম মযাম অমা লৈবি। মীগী খুন্নাই লৈত্রিঙৈগী মমাংদা লাইগী খুন্নাই লৈবম্মী।

কংলৈপাক্কী চীং খবদি সমুদ্র ঈমায়দগী ফুট লীশিং তবাদগী তবানিথোই খব হেন্নফাওবা ৱাংই, অদুগা তম্পাক্তা সমুদ্রগী ঈমাযদগী ফুট ২৬০০ বোম ৱাংই। তম্পাক অসিনা ঈশিং থুমদুনা লৈবিঙৈ মতমদদি কংলৈচা পুন্নমক চীংদা পুন্না খুন্দাদুনা লৈবম্মী। অহানবদা চীংমী তম্মী হায়না অনী থোক্লা খাযদোক্লমখিদে। লাইযাম খুন্দা অহানবা অৱাং কৌব্রুদা কংলৈচাশিংনা চহি কযা লৈবক্লবফাওবদা তম্পাক অসি ঈশিং কংথবা কৌবা লৈখিদে। তম্পাক অসি ঈশিং থুমদুনা লৈবম্মী হায়বগী মতীকচাবা প্রমান্দি খৃষ্টাব্দ ১৯৫২ ৫৩ দা সমুদ্রদা লৈবা **কটল-ফিশ** হায়না কৌবা ঙা মখল অমগী শরু-পোলাং কংলৈপাক্কী অৱাংথংবা মাযকৈদা ফংখি। ৱাফম অমনা অমুক তমেংলোং লম্বী ককপদা কৌব্রু চীংগী ফুট ৬০০ বোম ৱাংবা মফমদা ফংখিবা **ফোসিল** (লৈনুংদা লৈবা শরু শযা,) এদদগীসু খুদম অভোপ্পা অমা ফংখি। ডাঃ হোবানা **ফোসিল** অদু চহি লাক্ষ ৪০০ বোম শুববা সমুদ্রগী ঙাগী শর্কানি হায়খি। অসুম্না সমুদ্রগী ঙাগী শরুনা চীংথক্তা লৈবম্লিবা অসিনদি চহি লাক্ষ ৪০০ বোমগী মমাংদদি কংলৈপাক অসি ঈশিং থুম্লম্মী হায়বা তাকই। মতমগী যাওন্না অসুম লাকখিবদগী চীংনা হান্না ঈশিং কংখি। লাইনিংথৌনা **হুত্তংঙা** ওইনা খোইযুম লাংওন তৌবগা চীংবু হুত্তোক্তুনা তম্পাক্তা লৈবম্বা লাইজ-ঈপাকপু চিংথোকখি। ঈশিং-চিংথোকফম অদুবু চীংনুংহুৎ হায়না ঙসিফাওবা খঙনাবি।

তম্পাক্তগী ঈশিং চিংথোক্লিঙৈগী মমাংদদি কংলৈচাশিংনা চীংদদা লৈবম্মী হায়দুনা আর্কিলোজিষ্টশিংনা যাম্না মবীক-চূম্না প্রমাণগা লোযননা তাকই। মখোযনা লৈবম্বা মফমশিং অদুদি চান্দেলগী **শুংবুং শুরুং**, উখ্রুলগী **খাংখুই শুরুং**, হৌজক্কী মবিংশিংনা লৈবিবা অবিবা **মচি খুল**, তমেংলোংগী

**থারোন শুরুংনচিংবশিংসিনি।** শুরুংশিং অদুদগী ফংবা অরিবা পোৎশিং অদু হৌজিক হৌজিক মণিপুরগী আর্কিলোজি লোয়শঙদা থম্লি। পোৎশিং অদু খৃষ্টনা পোকত্রিঁৈগী চহি ৪০,০০০ রোমগী মমাংগী ওইবা ঙাক্তনি।

## ২। তম্পাক্কগী ঈশিং চিংথোকখ্রবা মতুংদা

তম্পাক্কগী চীংনুংহুত্তা ঈশিং চিংথোকখ্রবা মতুংদা তম্পাক্কী ঈশিং কংখি। লাইনিংথৌ, লৈমরেল লাইরেম্বী অমসুং সরোই অতোম্বীগী ইম্ফম থিরকপদা তম্পাক্কী অকংবা থেনপূং অমা থেংনখি। **ব্রাকোকলোল থিলেল সলাই অমাইলোল পুকোক** পুয়াগী মতুংইন্না চীংলোন মাপলনা কোয়শিন্দুনা লৈবা তম্পাক্কা থুমজিন্দুনা লৈবম্বা ঈশিংনা কংলকপা মতমদা ইহান-হান্না কংখিবা মফম অদুবু **কংলা** হায়না থোনখিবনি হায়না ব্রারীনবি।

কংলা য়াইকোন্নুংদা লাইনিংথৌ শিদবা অর্মাদি লৈমরেল শিদবী অনীমক্কা লৈববা মতুংদা ঈবুধৌ পাখঙবা পোকখি। লাইনিংথৌগী থম্মোয়দগী তাদুনা পুথোকখিবা (১) **নুজা ইপেম্মা লাইপোক হূইমুলৈ পুকসিখোমপী, (২) হূইমু লৈমা, (৩) লোইখুমলৈ মৱাই থোংঙাইলেনপী, (৪) লাইয়েক পীথেৎ লৈমা, (৫) লৈমা উলুম খাউচাউ তোনপী, (৬) লৈথমতালি লৈমা** অমসুং (৭) **নোংহাইনু লিলী লৈমা** হায়বী লাইনুরা তবেৎপু পাখঙবনা পান্নবগা মপারি তরেৎখক পোকখি। মখোয় অদুদিঃ (১) **মঙাং, (২) লুৱাং, (৩) খুমন, (৪) অঙোম, (৫) মোইরাং, (৬) খা-ঙানবা** অমসুং (৭) **চেংলৈ (সরাং লৈশাংথেম**। মমা তরেৎ অদুনা ঈচেল তবেৎ ফাংনা চেন্থখিদুনা কংলৈচাশিংগী য়েক সলাই তরেৎ লৈখি। মরম অদুদগীনি ঐখোয়না পাখঙববু **ঈবুধৌ পাখঙবা** হায়না কৌনরিবসি।

মপারি তরেৎ অদুনা সলাই তরেৎ ওইখ্রবা মতুংদা মখোয়বু কংলা মেন তোংহল্লগা **মঙাংনা** ইম্ফাল কংলৈ কংলাদা, **লুৱাংনা** লুৱাংশঙফম মকুইবী চীং কংলাদা, **খুমননা** ফেন্তা লৈকোয়বুং থৌবাল কংলাদা, **অঙোমনা** নোংমাইচীং

কংলাদা (কোংবা তুরেলগী ঈরাংমদা), **মোইরাংনা** লৈকোইপূং কংলাদা, **খা-ঙানবনা** সঙ্গাই **ইম্ফম** (রাংজিং) কংলাদা, অদুগা **সরাং-লৈশাংথেমনা** লৈশাংখোং (রাঙ্গোই) কংলাদা নিংথৌ ওইনা কংলৈ তরেৎ থোক্লা খায়দোক্লগা পালহনখি। মখোয় তরেৎকী মচা-মশুশিং য়ামখৎলক্কবা মতমদা মপারি অহল-অহলনা চীংদা কাখিদুনা চীংদোল মাপল থুংনা খুন্দাখি। মখোয়না লোইবী চীং কাবা মতমদা *হৌ-হৌ* হায়বা ঈরাই-ঈনিল লাওদুনা কাখিবা মরমনা মখোয়বু **হৌ** (হাও) হায়না খঙনখি। মরম অদুদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্লে মদুদি চীংমী-তম্মী অনীমকসে ঈ অমতগী মচিম্মনাওনি। চীংমীনা ময়াম্বনি, তম্মীনা মনাওনি। অতিয়াদা লৈচিন-নোংফাই থাংদ্রবা মেরা থাদা মেরা রা য়ুংদুনা মেরাগী থাউমৈ থাল্লিবসিমক্লা তম্পাক্তা লৈহৌবা মনাওনা অনা-অয়েক য়াওদনা অমদি মহয়-মরোং মরাং কায়না লোক্তুনা তম্পাক্তা নুংঙাইনা পাল্লি হায়বগী খুদম অমা ওইনা চীংদা লৈখিবা ময়াম্বদা খঙহনখিবনি, অদুগা চীংদা লৈখিবা ময়াম্বনসু চীংদা লম্মৈ থারগা অৱা-অনা তাদনা নুংঙাইনা চীংদা পাল্লি হায়বগী খুদম ওইনা তম্পাক্তা লৈহৌবা মনাওদা খঙহনখিবনি হায়নরি।

## *৩। মেরা-হৌ-চোংবা*

চীংমী-তম্মী মচিম্মনাও অনীগী মরক্তা অহলনা চীংথক্তা অদুগা অতোনবনা তম্পাক্তা য়াম্না লাপ্না লৈনখিবা মরমনা চখোক-চৎশিন তৌবদু খুদোংচারমখিদে। মরম অদুনা মনাওনা তম্পাক্তা মেরাগী থাউমৈ থাল্লগা অদুগা ময়াম্বনা অৱাংবা চীংথক্তা লম্মৈ থারগা মচিম্মনাও অনীমক শিদ্রি হায়বগী খুদম ওইনরম্মী। মমৈথংদদি মী য়াম্না য়াম্লকখিবদগী **মেরা-হৌ-চোংবা** হায়বা কুম্মৈ অসি হৌদোকখি। কুম্মৈ অসি মণিপুরগী চহিগী ওইনা পাঙথোকপা থৌরমশিংগী মনুংদা য়াম্না মরুওইবা অমনি। চহি অমগী মনুংদা চীং-তম অনীগী শকখঙ-মায়খঙনবা নুমিৎ অমনি। কুম্মৈ অসিবু নুমিৎ নীনি-হুমনি চঙনা মীতৈ নিংথৌশিংনা মওং তানা পাঙথোক্লখিবসু য়াওখি। চহি খুদীংগী মেরা থাগী তরানি

পানবদগী ১৫নি পানবা ফাওবদা চীং-তম অনীগী কুম্মৈ অমা ওইনা পাঙথোকনৈ। নুমিৎ অসিদা চীং অমসুং তম অনীমক্তগী লাকপা মী পূম্নমক্না নিংথৌদা মাগী মাগী লৈজবা পোৎশিংবু নুংশিনবগী খুদোলপোৎ ওইনা কৎলি অদুগা নিংথৌনসু মখোয়দা মাগী মাগী মতীক-চাবা পোৎশিং পী। চীংমীশিংনা পৈয়া, পজেংনা শাবা অখন্নবা পোৎশিং, লশিং, শিং, পাল, মাইরেন্নচিংবা অচম্বা পোৎশিং পুরক্লরম্মী। হায়রিবা পোৎশিং অদুনা লৈবাক্কী নিংথৌদা পীবা যাবা মতীক-চাবা লোইপোৎ ওইবা য়াবা নত্তে। মরম অদুনা **মেরা-হৌ-চোংবা** পাঙথোকপা মতমদা চীংমীশিংনা পুরক্লিবা পোৎশিং অদু মীতৈ নিংথৌদা লোইপোৎ ওইনা কৎপা পোৎকৎশিংনি হায়না লৌফম থোক্তে। **মেরা-হৌ-চোংবা** হায়বা অসিদি চীং অমসুং তমগী মীশিংনা তিল্লগা য়াম্না নুংশিননা শকখঙ-মায়খঙনবগী কুম্মৈ অমনি। মীতৈ নিংথৌশিংনা পূম্নমক্কী হৈন-হৈনবা চীঙাকশিং থৌবাং তৌদুনা তমগী চাখুম অমসুং চীংগী চাখুম হাযনা অনী থোক্লা থোংলগা চীংমী-তম্মী অনীমক য়াম্না হরাওনা চামিন-থকমিন্নহল্লম্মী। মদুদা চীংমী-তম্মী পূন্না ৱারী শান্নৈ। চাবা থকপা লোইরগা মাগী মাগী হৈন-হৈনবা জগোই শাই, ঈশৈ শকই। মসিনা চীংমী-তম্মী অমতা ওইবম্মী হাযবা তাকই। থায়না ঈপা-ঈপুশিংনা হৌদোকপীরম্বা চীংমী-তম্মী মচিন্মনাওগী কুম্মৈ অসি ঐখোয় পূম্নমক্না খঙজিনসি। কুম্মৈ অসি নুমিৎ থানা লৈবিবমখৈ লৈবা ওইরসনু।

## ৪। য়েক-সলাই তরেৎ

ঈবুধৌ পাখঙবনা কংলাদা পূম্নমক্কী অসুপ্পা নিংথৌরেল অমা ওইনা পাল্লম্মী। মহাক্না লাইশিংগীদি মমৈনি অদুগা তাইবঙ মীগীনা পুকোক্লি। মহাক্না নিংথৌরেল ওইনা পানবা মতম অদুদা ঈপা-ঈপুগী হৌরকফম ওইরিবা অৱাং কৌব্রুদা চৎখি। ঈবুধৌ পাখঙবনা তাংখুল সরম পাখঙবা, চোথে থৱায় পাখঙবনচিংবা ওইনসু শাইওন তৌখি। ঈবুধৌ পাখঙবগী মমাংদা হয়িচক,

হয়াচক, খুনুচক হায়বা চক অহুম লৈখ্রবনি।

তাইবঙ মীগী পুকোক অদুগা লাইশিংগীদি মমৈ ঈবুধৌ পাখঙবনা মপারি তরেৎ অদুবু ঈগা ঈগা মৌনরে নৎত্রগা য়েক্লরে হায়দুনা মখোয় খুদীংগী য়েক অমমম লৈহনখি। য়েক-সলাই তরেৎ অসি অরিবা নিংথৌশিংগী শাগে ঙাক্তনি। তম্মীশিংদা য়েক-সলাই তরেৎ লৈবগুম চীংমী ঈচিন-ঈনাওশিংগী কাঙলুপশিংদসু য়েক-সলাই তরেৎ-তবেৎ লৈ। খুদম ওইনা খরঃ

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| কবুই ঃ | ১। কাম্মৈ, | ২। গাংমৈ, | ৩। গোলমৈ, | ৪। রোংমৈ, |
| | ৫। মরীংমৈ, | ৬। পালমৈ | অমসুং | ৭। ফাউমৈ। |
| কোইরেং ঃ | ১। য়ৈতে, | ২। সোংথু, | ৩। লৈসেম, | ৪। তুমতীন, |
| | ৫। তেনতে, | ৬। ব্রালবে | অমসুং | ৭। মিকল। |
| খারম ঃ | ১। সাইফু, | ১। সাইচল, | ৩। বাংলা, | ৪। বাখৌ, |
| | ৫। সৈলোন, | ৬। মরীয়ম | অমসুং | ৭। কাইলম। |
| তাংখুল ঃ | ১। দুইদাং, | ২। সাদাং, | ৩। খোদাং, | ৪। খাপুদাং, |
| | ৫। চৌদাং, | ৬। সিথুদাং | অমসুং | ৭। কিদাং। |
| মরিং ঃ | ১। দললা, | ২। রজা, | ৩। দিংথোই, | ৪। চোংদুর, |
| | ৫। মোইতক, | ৬। সমলাব | অমসুং | ৭। থাঙঙা। |
| চোথে কোমঃ | ১। য়ৃংং, | ২। থাও, | ৩। মরিম, | ৪। পারলা, |
| | ৫। বাংসাই, | ৬। মকল | অমসুং | ৭। বককুং। |
| মোয়োন ঃ | ১। রুইন, | ২। চিনিব, | ৩। সেসোং | ৪। সোংসীর, |
| | ৫। ঙুরু, | ৬। সিরবুম | অমসুং | ৭। বুংজীর। |
| মোনশাং ঃ | ১। ব্রাংরান, | ২। নুংচিম, | ৩। হুঙম, | ৪। খরতু, |
| | ৫। লাংরোম, | ৬। তুরীপ | অমসুং | ৭। চারু। |
| লমকাং ঃ | ১। সুরে, | ২। সিলসি, | ৩। লৈব্রোন, | ৪। কাংতেন, |
| | ৫। মোলুং | ৬। জাংবৈ | অমসুং | ৭। ঈদার। |
| কোম ঃ | ১। কারোংলা, | ২। সাইচেলা, | ৩। লৈভোন, | ৪। তেলেন |
| | ৫। সবতো, | ৬। লুফেং | অমসুং | ৭। মাংতে, |

অসিনচিংবা।

চীংমী-তম্মী অনীমক্কী কাঙলুপশিংনা য়েক তিন্নবা লৌন-লৈনবা য়াদে হায়বসি হৌজিকফাওবা চৎনরি। মরম অদুদগী ঐখোয়না খঙবা ঙল্লে মদুদি চীং অমসুং তম অনীমক্তা খুন্দারিবা ফুরূপশিং অসি অমগা অমগা মরী লৈনৈ। ঐখোয় পুম্নমক কংলৈ ঈমাগী লাইজনা খোল্লাং ওইরগা অমদি কংলৈ লৈবাক্কী পোখোক্লা চাকইন তম্লগা চাউরকখিবনি। মমাংঙৈদগী হৌদুনা চীংমী-তম্মী অনীমক্লা য়াম্না নুংশি-চান্নবা লৈমিন্নরকখিবনি। ঔ

## ৫। *মমা-মপা অমতগী মচাশিংঃ*

ৱারী অমনা চীংমী-তম্মী অনীমক মমা-মপা অমতগী মচাশিংনি হায়রিব। মমা-মপা অদুগী মচানুপা তরেৎখক লৈবম্মী। মখোয় অদুদিঃ **(১) থাঙ্গ্রাবা, (২) চাক্লাবা, (৩) কবুইরু শল্লম্বা, (৪) তরাউবা, (৫) খরম্বা, (৬) থেবচা** অমসুং **(৭) পোইরৈতোন**। মখোয় তরেৎকী নুপীশিংদি মথংশীৎনা **(১) মকেনু, (২) চক্রিবী, (৩) লাগাংনু, (৪) তরিংবী, (৫) লৈফোম্নু, (৬) চরাংবী** অমসুং **(৭) লৈনাওতাবী**। মচিম্মনাও তবেৎ অদুগী খ্বাইদগী অতোনবা পোইবৈতোন্না তমদা অদুগা ময়াম্বা তব্দক অদুনা চীংগী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা চৎলগা খুন্দাখি। থাঙ্গ্রাবনা মহাক্কী নুপী মকেনু পুবগা অৱাং মায়কৈবোমদা চৎলগা খুন্দাখি। মখোয়গী মিংশিং লৌরগা চীংশাং নাপোম অদুগী মিংবু মকেং-থাঙ্গাল হায়না খঙনখি। চাক্লাবানা মহাক্কী নুপী চক্রিবী পুরগা চিংখৈ পাংনা চৎখিদুনা খমগোই শুরুং লৈশাপোক্তা খুন্দাখি। মখোয় অনীগী মমিংশিং লৌরগা লমদম অদুবু খমগোই চকক্রাপোক চকক্রি তাংখুল হায়না কৌখি। কবুইরু শল্লম্বনা মহাক্কী নুপী লাগাংনু পুরগা অৱাং-নোংচুপ পাংনা চৎখ্রগা কুরুমম্নচীংদা কাদুনা খুন্দাখি। মহাক্কী মমিং লৌরগা চীং অদুগী মমিংবু কবুইরু চীং হায়না কৌখি। অদুদগীদি অসুম অসুম লোল থৈথবক্তুনা মমৈথংদা কৌব্রু-চীং হায়না কৌখি। হৌজিক হৌজিক কবুই হায়না খঙনারিবা মীশিং অসি কবুইক শলম্বগী চারোল-শুবোলশিংনি হায়নরি।

তরাউবনা মহাক্কী নুপী তরিংবী পুরগা লাঙ্গোল চীংদা খুন্দাখি। মখোয়বুনা লাঙ্গোল মরিং হায়না খঙনখি। মণিপুরগী নোংপোকথংবা চীংশাংদা তারিবশিং (মরিংশিং) অসিসু তরাউবগী ধারা-নালানি হায়নরি। খরম্বনা মহাকী নুপী লৈফোন্নু পুরগা খা মায়কৈরোমদা চত্নুনা খুন্দাখি। মহাক্কী মমিং লৌরগা চীং অদুগী মমিং খরম-চীং কৌখি। **খরম** হায়না খঙনরিবা চীংমীশিং অসি মহাক্কী চারোল-শুরোনশিংনি হায়নরি। থেবচানা মোইরাংলাইজি পাংনা চৎখ্রগা চীংদা কাদুনা খুন্দাখি। চীং অদুগী মমিং **চোথে-চিবরুম** হায়না কৌখি। **চোথে** হায়না খঙনরিবা কাঙলুপ অসি থেবচাগী ধারা-নালানি হায়নবি।

খৃঃ মমাং চহি লীশীঙ কয়াদা তম্মীনা চীংমী ওইখিবা কয়ানি। মমাংঙৈগী মতমদা লৈশাংথেম শাগৈগী **নুংঙু য়ুমথংবা, লোকপা থেংগোইবা** অমসুং **লমলেকশাংনা** তমদা পানমিন্নখি। অদুবু লমলেকশাং কৌবা মনাও অদুদি চীংদা খুন্দাদুনা চীংমী ওইখি। অদুবু হৌজিক্তি চীংমী-তম্মী মচিম্মনাওনি হায়বফাওবা কাউথোক্লরক্লে। মপা-মপু মশক খঙদবা শা-ষনগুম হিংদনবা ঐখোয়গী হৌরকফম থিরসি। ❦

## ৬।   *থাঙ্গাল কাঙলুপকী মীহৌরোলগী ৱারী*

চীংমী-তম্মীগী পারি পুরি অমতনি। ঐখোয় অনীগী শওং-শবান্না অমদি কুচু-কুমেন্না ঐখোয়গী হৌরকফম তিন্নবগী মওং অমদি ঈগী তৎন-থানবা য়াদ্রবা মরী অদুবু ময়েক শেংনা তাকই। চীংমী-তম্মী অনীগী মরী অসি য়াম্না নকশিন্নবা মরীনি হায়বগী মীহৌরোলগী ওইবা থাঙ্গাল কাঙলুপকী ৱারী অমা লৈঃ মচিম্মনাও অহুমখক লৈরম্মী। থাঙ্গালনা খ্বাইদগী অহলনি, তাংখুলনা য়াইমনি, অদুগা মীতৈনা অতোনবনি। খ্বাইদগী অহল থাঙ্গালনা থাঙ্গাল শুরুংদা লৈহৌখি, মনাও য়াইমা তাংখুলনা নোংপোকলোমদা চৎলগা লৈবা তাংখুল হুন্দুং হায়বা লম অদুদা খুন্দাখি, অদুগা মনাও ঈতোন-তোনবা মীতৈনা তম্পাক্তা কুমথরগা লৈখি। মচিম্মনাও মখোয় অহুম্না কায়নদ্রিঙৈদা মখোয় মশেল কাউনখিদনবা

ইতৎ-তত্তনা উনসি হায়নদুনা ৱাশক্লখি। থাঙ্গাল শুকুংদা লৈখিবা খ্বাইগী অহল থাঙ্গালনা থাঙ্গাল কাঙলুপকী মপা-মপুনি, তাংখুল হুন্দুংদা তাখিবা মনাও যাইমা অদুনা তাংখুল কাঙলুপকী মপা-মপুনি, অদুগা কংলাদা খুন্দাখিবা ঈতোন-তোনবা মনাওনুপা মীতৈনা মীতৈ কাঙলুপকী মপা-মপুনি। থাঙ্গাল অমসুং তাংখুল অনীনা তম্পাক্তা ইতৎ-তত্তনা কুমথবক্লগা মনাওনুপা অতোনবা মীতৈদা চীংদা ফংবা অখন্নবা মহয মবোংশিং খুদোলপোৎ ওইনা পীবম্মী। অদুগুম্না নুংশিনবগী কহী অদুবু মমৈথংদা তম্পাক্কী ফত্তবা নিংথৌ খবনা লোইপোৎ কাবা ওইনা ওন্থোকখিদবা নত্তে। থাঙ্গাল শুকুংগা কংলাগী শুকুংগ' লৈনুংদা শম্নবম্মী অদুগা মচিম্নমনাও লৈনুংদা চৎনবগা উনবম্মী হায়নফাওবা বাবী লীনবি।

থাঙ্গাল শুকুংগা মণিপুরগী কোনুং কংলাগা যাম্না মরী নকুবম্মী। পামহৈবদি (গরিবনিৱাজ) থাঙ্গাল শুকুংদা চাউবকখি। থাঙ্গাল-শুকুংবুদি লৈবাক্কী নিংথৌনা নিংথৌদা কাবা কাঙ্গৎ কাহর্নাখিদে। খৃঃ ১৬৯০ দা পাইখোম্বনা নিংথৌ ওইবম্মী। মহাকী মচা অমতা পোকখিদে। মৱম অদুনা মহাক্না মনাও ইবুংঙো তোনশেনঙম্বগী মচাইবুংঙো চবাইবোংববু নিংথৌ ওইহন্নবা সনা কোনুংদা থমখি। মতম অদুদা চবাইবোংবনা চীংমী নিঙ্ঙোন মকিনৈবু (নুংথিলচাইবী) লৌশিন্দুনা মীরোনহর্নাখি। চীংমী নিঙ্ঙোন লৌবর্বাননা মহাকপু পাইখোম্বনা নিংথৌ ওইহল্লবোই হায়না চিংনবদগী মহাক্কী নুংশিববী নুপা মকিনৈবু থৈদোক্কুনা থমখি। মকিনৈনা পোক্লক্কদবা অঙাং অদুনা নুপা ওইববদি মপাবু হাৎলগা নিংথৌ খুভম মুনখিনি হায়না হায়নবকখি। মতম খব লৈবগা মকিনৈনা মচানুপা অমা পোকখি। অঙাং অদুবু থাঙ্গাল শুকুংগী খুল্লাকপা খুল্লাকপীগী মখুম্ভা চেকশিন্না শিন্নখি। অদুগা অঙাং মমা অমদি সেবাবীশিং অদুর্নাদি নুঙ অমদা ঈ তৈশিল্লগা নুঙ অমা পোক্লে হায়না হায়জিল্লগা অঙাং নুপামচা অমা পোক্লে হাযবদু খঙহনখিদে।

মতীক-মগুণ লৈববা অঙাং অদুবু থাঙ্গাল খুল্লাকপা খুল্লাকপীদা চহি নিপালগুম্বা যোকহনখি। চবাইবোংবনা নিংথৌ ওইববা মতমদা মহাক্না থাঙ্গাল খুন্দা কোযখি। মতম অদুদা মহাক্না মহাক্কী মচানুপা অদুবু থেংনখি। অদুদগীদি মহাক্না থাঙ্গাল খুল্লাকপা অমসুং খুল্লাকপীদগী মচানুপা অদু লৌবকখি। পাম য়ান্দুনা লৈবম্বা

*মণিপুরগী চীংমী-তম্মী*

মচানুপাবু মপাবুংনা থাঙ্গাল খুলদগী য়াম্না পামজনা পুরকখি হায়বগীদমক মহাকপু পামহৈবা কৌখি হায়নৈ। পামহৈববু থাঙ্গাল-শুরুংদগী নুপামচা অনীখক্কা লোয়ননা সনা-কোনুংদা পুরকখি। মখোয় অনীবু হাওশঙ অমা শারগা থমখি, অদুগা মমৈথংদা মখোয়বু হাওবম অমসুং ঙাঙবম হায়না মথংশীংনা খঙনখি। ❁

## ৭। ঔগ্রী হংগ্রেম চোংবা

ইতিহাসকী লমদা য়েংলুবা মতমদা কংলৈপাক্কী অহানবা নিংথৌদি নোংদা লাইরেন পাখঙবনি। ইবুংঙো মহাক্না পূম্নমক্কী অসূপ্পা নিংথৌরেল ওইখি। মতুংদা লাকপা কংলৈচাশিংগী নিংথৌশিংদি পাখঙবগী চারোল-শুরোলশিংনি। পাখঙবনা মখোয়দা লৈবাক ঙাক্লনবা লাইগী মতীক-ময়াই পীবিরম্বনি। মতম অদুদগী হৌদুনা নিংথৌশিংবু *লাইনিংথৌ* হায়না কৌদুনা লাইগুম্না লৌনরকখি। নোংদা লাইরেন পাখঙবনা পূম্নমক্কী অসূপ্পা নিংথৌরেল ওইখিবা মতমদা পূম্নমক্না হরাওদুনা লম-তু লৃ-নান্না থম্মনবা উনা-ব্রানা অমদি ফত্ত-হৌথী কয়া শেংদোক্লগা লৈপূং শানা পৈর-পৈরগা থম্লম্মী। লামতা থাবুংদা লৈপূংশিং অদু মৈ থারম্মী। লাই নুরাবীশিংনা হরাওদুনা **ঔগ্রী হংগ্রেম** চোংলগা হরাও-কুম্মৈ পাঙথোক্লরম্মী। নুং-গা ওইবা লৈশেম্বগা মরী লৈনবা থৌরম অসি কংলৈপাক অসিদা চহি খুদীংগী পাঙথোক্লম্মী। অদুবু হিন্দু ধর্ম্মনা চঙলকপদা শেংলবা থৌরম অসিবু য়াওশঙ হায়বা ময়াংগী কুম্মৈদা পুশিনখি। **মদুনা ঐখোয়গী সমাজদা ফত্তবা চৈথেং অমা পীখ্রে।** ❁

## ৮। চীঙোই বারুনী

লাইগা মীগা শম্নরিঙৈ মতমদদি লাইগা মীগা চারৌ-মৌরৌনরম্মী। শগোল-কাংজৈনচিংবা মশান্নঃ কয়া শান্নমিন্নদুনা লাইগা মীগা নুংশি-চান্ননা

কুইনা লৈমিন্নবম্মী, অদুবু তাইবঙ মীশিংগী মশীঙ হেনগৎলকপগী মতুংইন্না মখোয়গী ফত্তবা মগুণশিংসু হেনগৎলক্লম্মী, লাইগী মশীঙদি হেনগৎখিদে। লাইশিংনা ফত্তবা মীশিংগা লৈমিন্নবা হৈনরক্তদুনা তুমিন্না শাথৃপখিবম্মী। লাইশিংনা শাথৃপখ্রবা মতুংদা হৌশংবা নিংথৌশিংনা চহি কয়ামুক পাল্লকখি।

নিংথৌশিং অদুগী মনুংদগী নাওথিংখোংনা শাকাব্দ ৬৬৩-৭৬৩ দা নিংথৌ ওইনা পানখি। মহাক্কী মতমদা চীঙ্গোই-ঈবন্দপ্পা অমদি নোংমাইচীং-চীংকাবা লমতা থাদা হৌদোকখি। মসিগী নুং-গী ব্রাবীদিঃ নোংমাইচীং নিংথৌগী মচানুপী পেতংঙাগা নাওথিংখোংগা যাম্না নুংশিনবমই। নাওথিংখোংগী মপা উবৌ-কোম্থৌবনা নোংমাইচীংগী খুঞ্জাশিংবু ফু-চৈদুনা যাম্না থীনা লাক্লখি; মদুগী লমনখুম্বা ওইনা নাওথিংখোংবু হাত্তোক্লসি হাযদুনা নোংমাই চীংমীশিংনা থন্নখি। নোংমা নাওথিংখোংনা পেতংঙাগী মযুমদা পেতংঙাগা নুংশি-ব্রাবী শান্নবিঙে মতমদা নোংমাই-চীংমীশিংনা তিমেন তানচিংবা মর্তৌক-চাবা খুৎলাযশিং পাযবগা পেতংঙাগী যুম তান্না লাকখি, অদুগা মঙোন্দা নাওথিংখোংবু পুথোবকউ হাযবকখি। পেতংঙানা নাওথিংখোংবু উপায অমা অমা তৌবগা মপৃন্সি কন্নীংখি। মবম অদুনা মহাক্লা নোংমাই মবুংশিং অদুদা যু অফবা লৈ ঙাইহাক্তা পোত্থাবিখো, নাওথিংখোংবু চাক চাবা অমতা পীজখিগে অদুগা মহাকপু হাৎপীযু হাযনা থেম্বদা নোংমাই-মবুংশিং অদুনা যাবীখি। পেতংঙানা পান অমসুং মাইবেল শাদুনা নুঙদৃম তবেৎথক ফুৎলম্মী অদুগা মখোযদা যু পীথক্লুনা ঙাওহল্লম্মী। মখোয়না যু ঙাওদুনা জ্ঞান তাদবমখে লৌবঙে চৈবক্লুদা পেতংঙা অমসুং নাওথিংখোং অনীনা নুংশি-চীনলোক্লখি অদুগা নাওথিংখোংনা লমতাগী ১৫নি পানবদা মহাক্কী মনাক্তা লাকউ লৈমবেন ফমথোন হাপকনি হাযদুনা পেতংঙাদা ব্রাশক্লন্নগা ফক্লাং হোগাযদুনা চেনখি। নাওথিংখোংনা হাযবমখিবা ব্রাফম অদুগী মতুংইন্না পেতংঙানা সনা-কোনুংদা লাকখি, অদুবু নিংথৌ নাওথিংখোংনা মহাকপু লৈমবেন ফমথোন ফন্নবাও হাযনা যাম্না নুংশিনা কৌশিনবদা মহাক্লা যাদনা নিংথৌগী মথব্রায কনখিবা নুঙশিং অদু থম্লন্নগা লাইবেম্বী ওন্দুনা মাঙখি। মশানৌ পেতংঙা কাযনবগী মৈচাক কোক্লনবা অমসুং চীংমী-তম্মী অনীগী

*মণিপুরগী চীংমী-তম্মী*

নুংশিনবা মরী অদু তত্তনবা হায়দুনা লমতা থাগী অরোইবদা নোংমাইচীং কাদুনা চীঙ্গোই ঈরূপ্পখি। মতম অদুদগী হৌদুনা চহি খুদীংগী নোংপোক নিংথৌ খুরুম্নরকখি। মমৈথংদদি হিন্দু ধর্ম্মনা থৌরম অসিবু বারুনী হায়না কৌশিনখি। ❁

## ১। *নোংপোক-নিংথৌ অমসুং পাম্ভোইবী*

নোংপোক-নিংথৌ কাযনৌ চীংশোম্বনা নোংমাইচীংদা পাল্লম্মী। ইবুংঙো মহাক্কী য়াম্না মতীক-মগুণ লৈবা লাইনি। মহাক্না চৎনীং-চৎনীংবা মফমদা হেক্তা চৎপা ঙম্নম্মী। মহাক্না ওন্নীংবা শাইওন ওন্দুনা মালেম শীম্বুংনা চৎলম্মী। নুংশিৎতা যুম ওইবা মহাক্না ঈশিংদা খোঙনেৎনদুনা চৎপা ঙম্নম্মী। লাইনিংথৌনা তাংখুল ওন্দুনা নোংমাইচীংদা মতম খর পাল্লম্মী। মতম অদুদা ইবুংঙো মহাক্না মৈ-নিংথৌগী মচানুপী ব্রাংঙু তম্ফা পাম্ভোইবীগা য়াম্না নুংশিনখি। অদুবু মৈ-নিংথৌনা মহাক্কী মচানুপী পাম্ভোইবীবু খাবদা পীথোকখি। মবম অদুদগী পাম্ভোইবীনা খাবগী যুমদা লৈখি। মদুদা নোংপোক নিংথৌনা মতীক-চাবা খুৎলায়শিং পায়দুনা খাবদা লান্দাবা লাকখি। পাম্ভোইবীনা নোংপোক-নিংথৌবু লোং অমসুং তুঙ্গোল পাযরগা ঙাইবম্মী অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা নোল্লুক্না হাযজখিঃ *ইবুংঙো! ঐবু লান্না লৌবীগনু। পম্বৌ ঈপানা খাবগী হৈজিং-খরাই চাকবগী ব্রাশক ঙাক্লবা মমিংতা ওইনা খাবগী মনাক্তা লাকপনি, ঈতু-তুংবুন অমফাওবা খাবনা শোক্তি, ঐহাকপু চিংনবীগনু। খাবদা ইবুংঙোনা লান্দাবীকখিনু, মদুগী শরুকপুদি কবি করম তৌবগা খাবনা ঐবু কি-তুক্কচগদগে হাযবদু তাকপীযু।* নোংপোক নিংথৌনা পাম্ভোইবীদা হায়রকখিঃ *ইবেম্মা, নহাক্কী তুঙ্গোল মনুংদা ঙাগী মহুত্তা মী মকোক অমদি অঙাংগী খুদোনবীশিং হাপচিল্লু।* ব্রাহৈ খবদু হায়বল্লগা নোংপোক-নিংথৌনা নুংশিৎকী মমাং থাদুনা ইবুংঙো মহাক্কী লৈফম নোংমাইচীংদা হনখি। মবুংঙোগী য়াথং মতুংইল্লগা পাম্ভোইবীনা মী মকোক অমদি অঙাংগী খুদোনবীশিং মহাক্কী তুঙ্গোল মনুংদা হাপ্লগা খাবগী যুমদা থুংলখি। মদু উবদা খাবনা পাম্ভোইবীবু য়াম্না কি-তুক্কচরকখি।

মদুগী মতুংদা পাম্ভোইবীনা নাদি নাদনা খাবগী যুমদা যাম্না কন্না নাশিন্নখি। পাম্ভোইবীগী মমা নামুংবীনা মচানুপীগী অনাবা হংবা লাকখি। পাম্ভোইবীনা মমাদা মহাক্কী অনাবা অদু য়েংবীনবা লৈচিন্দা খোঙনেৎনবা নোংপোক-নিংথৌ চীংশোম্বা অমাইববু কৌবিরুচো হায়বকখি। মমানা কৌরুবদা নোংপোক-নিংথৌনা নুংশিৎমুক য়াঙনা পাম্ভোইবীগী মনাক্তা থুংলখি। মবুংঙো মহাক্না লায়য়েংবদা পাম্ভোইবী ফখি। অদুদগীদি লাইনিংথৌ নোংপোক-নিংথৌনা নোংলৈ নুংশিৎ ওল্লগা নোংমাইচীংদা হনখি। পাম্ভোইবীসু কৈ তোংলগা নোংপোক-নিংথৌগী মতুং ইল্লকখি। খাবনা তান্নবকপদা থাং, মৈনচিংবা পাযদুনা পল শাবগা থৎপা মফমবু থাংমৈপল (থাংমৈবল) হাযনা খঙনখি। পাম্ভোইবীনা নাম্ভোকখ্রবদা খাবনা খুৎলায ঠাখিবা মফমবু খুৎলায ঠাখিফম খুবাই হাযনা খঙনখি। পাম্ভোইবীনা নোংমাইচীংগী নাপোম যৌবকপদা শাউদুনা তিল শীৎখিবা মফম অদুবুনা তিলশীৎ হাযনা খঙনখি। খাবগী হুই তুখিবা মফম অদুবুনা হুইতুবি হায়না খঙনখি। পাম্ভোইবীনা নোংপোক-নিংথৌগী মনাক্তা যৌববদা মখোয অনী যাম্না নুংঙাইনা পানখি। লাইনিংথৌ নোংপোক-নিংথৌ অমসুং লাইবেম্বী পাম্ভোইবী অনীগী খুভম অদু হৌজিকফাওবা লৈবি। অসুম্না লাইহাক্তগী হৌদুনা চীং অমসুং ৩ম অনী অসি মবী ইবৈ লৈনবকই। মবী অসি শেম্ভোক্রবদা খুদোংথীবা লাক্কনি।

## ১০। *রাংরেলনা অনাল নিঙ্গোন লৌবা*

চীংঙু লাইনিংথৌগী লাইওন-লাইচৎ লাইশিংদি (১) **সামদোল, (২) পুলাং, (৩) পুরৈরোম্বা, (৪) নোকপোক সোরারেল, (৫) লোইয়ালাকপা ময়াং নহা সরৈথোকপা, (৬) য়োইমোংবা, (৭) সনামহী, (৮) পুথিবা, (৯) থোংনাং নিংথৌ, (১০) তাউরোইনাই, (১১) কুপত্রেং, (১২) লাইনিংথৌ হনবা, (১৩) য়েল্লাংবা, (১৪) হঙ্গোই**

**নিংথৌ, (১৫) ব্রাংব্রেলনচিংবা লাইনিংথৌ ৩৬নি।** মখোয়গী মরক্তগী লাইনিংথৌ ব্রাংব্রেলদি শূগুদা লৈবা মীতৈগী লাইনি।

ইবুংঙো মহাক্কী ঈশিংগী লাই ওইবা মরমনা তুরেলশিংদা, পাৎশিংদা অমদি পৃথ্রিশিংদা লৈ। মহাকপু শাউহল্লবদি মহাক্না লমল খুমদনা থক তোক্তে। মহাক্না মীশিংবু ঈরাক্নুহল্লগা হেক হেক হাৎলি। অদুগুম্বা শাথীরবা মীতৈগী লাই অদুনা নোংমদি পাখঙ অমগী শক্লোন লৌরগা অনাল খুল্লেনগী শান্নবুংদা খুলগী শান্নবা মশান্নশিং অদুবু য়েংবা লাক্লম্মী। মহাকপু মীনৌ অমা ওইনা উবা মরম্না খুঞ্জাশিংনা মহাকপু কনানো হায়না হংনরকখি। মহাক্না মহাকপু লমলানবা পাখঙ অমনি হায়না মশক তাক্লবা মতুংদা অনাল খুল্লেনগী পাখঙশিংগা মহাক্না শকখঙ-মাযখঙনখি। শান্নবা হৌরবা মতুংদা ব্রাংব্রেলনা কোয়য়েং য়েংলকপদা অনাল লৈশাবী শঙনুগা মায়য়োক্নদুনা মীৎচানখি, মীৎফম হোংবা য়ানখিদে। শঙনুগী চেংলৌ উবদা ব্রাংব্রেল শুক্নৎখি। মখোয় অনী ব্রাহং-পাউহংনখি অমসুং শকখঙ-মাযখঙনখি। মখোয় অনীগী নুংশিনবা মতৌ অদুবু উরুবদা অনাল পাখঙশিংনদি খোইশাউনখি। মখোয়না ব্রাংব্রেলবু শান্নবদা মায়থীবা পীগে হায়দুনা থনখি। মখোযনা ব্রাংব্রেলদা মহাক্কী পামজবা মশান্না কবিনো হংলকখি। নুঙলংবনা ব্রাংব্রেলগী পামজবা মশান্না ওইবম্বা মরমনা শান্নবগী অরোইবা নুমিৎকী নুঙলংবগী মশান্নদা ব্রাংব্রেলনা য়াওবা তারম্মী।

শান্নবগী অরোইবা নুমিৎনি। ব্রাংব্রেলনা মীগী শক্তম লৌবগা অনাল খুল্লেন্দা লাকপা মতম অদুদা অনালগী অথৌবা থুউমখেল হাযবদু লৈরম্মী। থুউমখেলনা ব্রাংব্রেলবু লাইনি হাযবা খঙদবদগী নুঙ লংনরগা কনানা হেন্না শান্না লংবা ঙম্বগে য়েংনসি হাযদুনা শীংনরম্মী। অনাল পাখঙশিংগা ব্রাংব্রেলগা নুঙ লংনখিবদু চকপী তুরেল অমসুং টুইয়াং তুরেল অনীগী ঈতিন্নফমদুগী মনাক্তা লেপ্লরগা লংখৎনখিবনি। অনালগী অথৌবা থুউমখেলনা অচৌবা নুঙ অমা অনাল খুল্লেন যৌনবা হান্না লংখৎখি। অনাল খুল্লেনগী খুঞ্জাশিংগী ব্রাখলদদি থুউমখেলবু কনামতনা মাযথীবা পীবা ঙম্লরোই হায়না খল্লম্মী। অদুবু ব্রাংব্রেলনা শঙ্গোয় অমমুক চাউবা নুঙজাও অমা লংগদবা মতৌ অদু উবদা খুঞ্জা মীয়াম্না য়াম্না ঙকনা থোকখি। ব্রাংব্রেলনা করিমতা মোংহাবা তৌদনা নুঙজাও অদু লংখৎখি,

অদুগা মীয়াম তিল্লিবা মফম অদুদগী লম তরেৎমুক লাপ্লা নুঙ অদু তাখি। খুঞ্জা মীয়াম অদুনা ব্রাংব্রেলবু অঙকপা ফংনা থাগৎখিবগা লোয়ননা শকখঙ-মায়খঙনখি। মখোয়না লংনখিবা নুঙশিং অদু হৌজিক ফাওবা অনাল খুল্লেন্দা লৈরি।

পাম য়ানবা নুমিৎ অমদা ব্রাংব্রেলগা শঙনুগা উনখি। নুমিৎ অদুদা ব্রাংব্রেলনা শঙনুবু উপায় কয়ামুক পুথোক্লুনা থেমলমখি। মখোয় অনী অঙকপা ফংনা নুংশিনরকখি। ব্রাংব্রেলনা শঙনুদা মহাক্কী ময়ুমদা চৎলসি অদুগা ফমতিন্ননা লৈমিন্নরুরসি হায়না হায়রকখি। মদুদা শঙনুনা মমাগী ব্রাখল খল্লুরগা হায়জরকখিঃ *ঐনা ঈমা থাদোক্লুনা ইবুংঙোগী তুং ইনথ্রবদি ইমানা করম তৌনা হিংহৌগনি?* শঙনুগী মমানসু মচানুপীদা পামলৌ উবিনবা মী লৈতে ব্রাংব্রেলগী ময়ুমদা চৎখিবা য়াদে হায়রকখি। মতাং অদুদা নোংদম্বগী তরং-পাউ অমা লাকখি অদুগা মদুগী মতুংইন্না ব্রাংব্রেলনা চীংঙু থৌজাল য়েংগে হায়দুনা খুদক্তা শরোই হুমফু কৌদুনা পামলৌ য়ালহল্লম্মী, লালু তেমহল্লম্মী, ফৌ হুলহল্লম্মী অদুগা পান, মাইরেল, থোইদিং, লশিংনচিংবা থাহল্লম্মী।

অঙকপা থৌদোক কয়া অদু উৎলবা মতুংদদি ব্রাংব্রেলনা অনাল খুল্লেনগী খ্বাইদগী ফজববী শঙনুবু লুহোংদুনা লৌবা য়াবগী খুদোংচাবা অদু ফংলকখি। নোংদম্বনা তম্লকপগী মতুংইন্না মখোয় অনী লৌন-লৈনখি। ব্রাংব্রেলনা শঙনুগী ময়ুমদা চহি অহুম য়াওং ইন্দুনা লৈখি। অনালগী নুপী ময়ুমদা য়াওংইনবগী চৎনবী অসি ব্রাংব্রেলগী মতমগী মমাংদগী চৎনরক্লবনি। য়াওংইনবগী মতম অদু লোইরগা ব্রাংব্রেলনা শঙনু লৈমবু মহাক্কী মরানয়াইদা চৎলসি হায়দুনা তক্লরকখি। নোংমদি মখোয় অনী চীংগী পামলৌদগী হল্লকপা মতমদা অনাল খুল্লেন থাদোক্লুনা চৎলসি হায়না লেপ্লখি। অহিং অমদা শঙনুবু মহাক্লা পুরগা মহাক্কী লৈফম শূগুদা চেল্লক্লম্মী। শঙনু লৈমনা ময়ুম থাদোক্লমদাইদা মমাদা করিমতা হায়রমদবা মরমনা মহাক্লা মহাক্কী সম মনুংদা য়াওবা লশিং অদু মচেৎ মচেৎ শেৎলগা মহাক্লা চৎলিবা লম্বী অদুদা থাদরম্মী। মমানা মহাকপু খিরকপা মতমদা মহাক্লা চৎখিবা লম্বী অদু খঙননবা হায়দুনা লশিং মচেৎশিং অদু লম্বীদা থাদরমখিবনি। মহাক্লা লশিং মচেৎশিংগী খোঙ্গুল লীকলম থল্ল-থল্লগা লাকপা

মতমদা লশিংশিংদু লোইথোকখিরম্মী। শঙনুনা করি তৌগনি হায়না ঙাইহাক খল্লবা মতুংদা মহাক্কী কোক্কী কোকখুম-ফি অদু লৌথোক্লুনা মচেৎ মচেৎ অমুক শেগায়রগা থাদবা হৌরকখি। অসুম্না লাক্লগা মমৈথংদদি ইম্ফাল তুরেলগা চকপী তুরেলগা ঈতিন্নফম কোনোক ঈরেল মপান য়ৌরকখি। কোনোক ঈরেল য়ৌরবনিনা ব্রাংব্রেলগী য়ুম য়ৌরকখি। ব্রাংব্রেলগী অশেঙবা য়ুম অদুদা চঙবা তাববদি তাইবঙগী ফি শেৎপা অমদি ইনবা য়াদবনিনা শঙনুগী ফি মখৈ লৌথোকখি, অদুগা মশমসু ককথৎখি। মহাক্কী মশমশিং অদুনা নুঙ মথক্তা তাখিদুনা নুঙশম ওইনা হৌখি। মরম অদুদগী নুঙশমবু শঙনুগী মশমনি হায়নরি।

নোংঙাল্লগা শঙনুগী মমানা মচানুপীগী খোঙ্গুল লীবকখি। মী খুদীংমক্লা মঙোন্দা মচানুপীবু উদে খঙদেদা হায়বকখি। মদুদা মমানা য়াম্না ব্রাজখি। মহাক্লা পামদা, ঈশিং শোকফমদা অমদি নারক মোংশোং পুম্বদা চৎলগা য়েংলুবদসু মচানুপীবু ফংবা কৌবদা লৈখিদ্রে। মহাক্লা তেংথা-তেংথাবগা খোঙলৈ খব থুনা লাকপা মতমদা লশিং মচেৎ-মচেৎ মথং-মথং নাইনা তাদুনা লৈবম্বদু উরম্মী। খুদম অদু উবদগী মহাক্লা মচানুপীনা থল্লম্বা খুদম ওইরমগনি খন্দুনা লশিং মচেৎশিং অদুগী মতুংইল্লগা লাকখি। মমৈথংদদি লশিং-লীকলম অদু মাঙখিবম্মী। অদুবু মহাক্লা খব লাপ্তক্লা য়েংলুবদা মচানুপীগী কোকখুম-ফি মচেৎ-মচেৎশিং অদু উবম্মী অদুগা মদুগী লীকলম অদুগী মতুংইল্লগা মচানুপীগী খোঙ্গুল অমুক লীবকখি। কোনোক ঈবেল মনাক্তা য়ৌরকপা মতমদা মচানুপী শঙনুগী চরৈ ফিশিং অদু থৌদু নুঙগী মথক্তা তাদুনা লৈবদু উবম্মী। মচানুপীগী চরৈ-ফিশিংদি লৈবম্মী মশাদি লৈবমখিদ্রে হায়দুনা মমানা থম্মোয শোক্লা তেংথাদুনা কপ্লকখি। শঙনু লৈমনা মমাগী মীকপখোলদু তাবদা মবুংঙো লাইনিংথৌ ব্রাংব্রেলদা মমা লাক্লে হায়দুনা হায়জবম্মী। শঙনুগী মমা অদুদি মচানুপী থোবকখিদ্রে হায়দুনা মথন্নায় থারগে হায়না থৌরাং তৌরকখি।

লাইনিংথৌ ব্রাংব্রেলনা মতাংচানা ঈশিং মনুংদগী ফাওগৎলক্লুনা মনেম্নোক্তা হায়রকখিঃ *ঈমা, কপকনু, নচানুপী অদু ঈবেল অসিগী মনুংদা য়াম্না নুংঙাইনা লৈ। হৌজিক্তি ঈমাগা নচানুপীগা তাইবঙ মী মশেল উনবগুম উনবা য়াববোই। নচানুপীগা উনখিগে হায়বগনা ঐগী ইতুং ইনবীরকউ লাও।* মচানুপী

### *ৰাংব্রেলকী অনাল নিংঙোল লৌবা*

উননীংবগী মৈতৈবা খাঙবা ওমদদুনা শঙনুগী ময়ানা ৰাংব্রেলগী মতুং ইল্লকখি। ৰাংব্রেলনা লাইগী শক্তি পুথোক্লুনা মনেম্বোকপু ঈশিং মনুংদা লম্বী ফাৎলগা খুদোংথীবা অমতা লৈইরম্বগী মচানুপীগী মনাক্তা পুরকখি। মনেম্বোক্লা ঈরোম্নুংদা সনাগী কোনুং, সনাগী য়ুম অদুগা সনাগী ফমফমনচিংবা ময়াম অমা উবদা য়াম্না ঙক্লম্মী। ৰাংব্রেলনা মহাক্কী সনাগী য়ুম অদুদা মনেম্বোকপু তরাম-তরাম ওক্লম্মী। মচানুপীনা ৰাংব্রেল লাইগী লৈমা অমা ওইনা লৈরম্না অদুদা মথৱায় ৱাজকরবী মমানা য়াম্না হরাওজরকখি। ৰাংব্রেলনা শঙনুগী মংকৎ ওইনা ৱাগী উতোং অমা মনেম্বোক্তা পীরগা হায়রকইঃ *ঐনা ঈমাদা উতোং অমা পীবিবসিনি। কবি অমতা ৱাবীগনু। ঈমানা উতোং অসি পুরগা ঈমাগী খুন্দা হনখ্রো। ঈমাগী খুন্দা যৌবগা পন অমা নীংথিনা শাবীরো। পন অদুগী মনুংদা চঙলগা উতোং অসি হাংদোকপীয়ু। উতোং অসিদগী থোবকপা শাশিং অদুগা ঈমানা অপাম-অপাম্বা পোৎশিংগা ওন্নরগা নুংঙাইনা চা-থক্লুনা লৈবীয়ু, ঈমা' মদুনা নচানুপীগী মমলনি।* মমৈথৎদদি মনেম্বোক্লা মচানুপীগী ফি অমতদি পীনীংই হায়বৰ্কখি। মদুদা ৰাংব্রেলনা ফি অদুদি শৃগ্নগী ৰাংব্রেল লাই হবাওবা মতমদা কৎপীয়ু হায়না মনেম্বোক্তা হাযজখি।

মদুগী মতুংদা ৰাংব্রেলগী মনেম্বোক্লা উতোং অদু পুরগা ময়ুমদা হল্লকখি। তৌগনু হাযববু তৌনীংবা য়েংগনু হায়ববু য়েংনীংবা মীওইবগী হৌনশানি। শঙনুগী মমানা ময়ুমলোমদা হল্লকপা মতমদা লমখাংদা উতোং অদু হাংদোক্লগা য়েংনীংমনখিদুনা হাংদোক্লুবদা উচেক অমা (লময়েন) হান্না পাইথোক্লকৰ্খি। অদুদগীদি মহাক্লা উতোং অদুগী মখুম অদু খুমজিল্লগা ময়ুমলোমদা অমুক লাকখি, অদুবু খবমুক চৎলগা মহাক্লা উতোং অদু মথং মথং হাংদোক্লুবদা লমওক, লমহূই, লমষণনচিংবা লমশা মখল মখল কয়া থোরক্লুনা চীংশিংদা লমশাশিং ওইনা মদোম মদোম লৈনখি।

মনেম্বোক্লা অমুক হন্না ৰাংব্রেলগী মনাক্তা তন্না লাক্লুনা হি-য়াইগী উতোং অদু মাঙখ্রে অনৌবা অমা পীবিয়ু হায়না নিরখি। মচানুপী শঙনু অমসুং ময়ানুপা ৰাংব্রেলনা হি-য়াই য়াওবা উতোং অমমুক শন্দং তরাগা লোয়ননা মঙোন্দা পীরগা হায়বকখিঃ *ঈমা! হন্দকমুক্তি উতোং অসি লমখাংদা মখুম হাংদোপীকবা*

য়াদ্রে। যুম যৌবিবো, অদুগা যুময়াইদা লেপ্লগা উতোং অসিগী মখুম হাংদোকপীয়ু। ব্রাংব্রেলনা হাযবকপা মতুংইন্না মনেম্বোক্লা উতোং অদু যুময়াইদা হাংদোক্লুবদা উতোং অদুদগী যুমদা যোক্কদবা শাশিং থোবকখি। অদুদগীদি অনালশিংনা শাশিংবু যুমদা যোক্লখি। অদুগা মদুদগী হৌদুনসু মীনা মচানুপীগী মমল লৌনবা হৌখি হায়নবি। অনাল খুল্লেন হাযবা খুল অদু ব্রাংব্রেলনা পীবা হি য়াইগী মপান্না অব্রাং-অপা লৈতবা খুল অমা ওইখিবনি হায়নৈ।

মদুগী মতুংদা শঙনু লৈমগী মমানা ব্রাংব্রেল লাই হবাওবা মতম মতমদা মচানুপী শঙনুগী মফি-মবোল কৎপা হৌখি। মদুদগীসু মীশিংনা মচানিঙ্ঙোনশিং লুহোংবদা অউনপোৎ পীনখি হায়নবি। শুগ্নু লাইশঙদা ব্রাংব্রেল লাই-হবাওবা খুদীংগী অনাল খুল্লেনগী মীশিংনা থায়নগী অনাল নুপীগী ফনেক অদুগা থোইদিংগুম্না মহয মবোংশিং কৎনবম্মী। মীতৈশিংনা ব্রাংব্রেল লাই হবাওবদা অনালশিংগী ফমফম নীংথিনা পীনবকখি। অনালশিংনা কৎলকপা পোৎশিং যাওদ্রবদি ব্রাংব্রেল লাই-হবাওবগী থৌবম অদু মপূংফাবা ওইনখিদে।

হৌজিক হৌজিকমক অনাল খুল্লেন্দা মীতৈগী লাই ব্রাংব্রেলগী লাইশঙ অম লৈ। লাইনিংথৌ বাংব্রেল অমসুং শঙনু লৈমা অনীবু মফম অদুদা লাৎনবি। লাইশঙ অদুদা নুঙদম অনীথক লৈঃ (১) খব চাউবা নুঙদম অদুনা ব্রাংব্রেলগা মহুৎ ওই, অদুগা (২) খব পীকপা নুঙদম অদুনা শঙনুগী মহুৎ ওই। শুগ্নুবোমদগী মীশিংনা চৈবাওবা নুমিৎতা মফম অদুদা চভুনা লাইনিংথৌ ব্রাংব্রেল অমসুং শঙনু লৈমা অনাবু খুৎম্না চৎনৈ। হৌজিক হৌজিকমক শুগ্নুদা অমদি সেবৌদা বাংব্রেলগী লাইশঙ অমমম লৈ।

শঙনু লৈমবু লাইনিংথৌ বাংব্রেলগী মবানযাইদা পুবকখিবা চহি অমগী মতুংদা ইবুংঙো মহাক্লা অনাল খুল্লেন্দা অমুক চৎখি, অদুগা মফম অদুদা মহাক্কী মহুৎশীনবা ওইনা নুঙজাও অমা থম্লমখি। মদুগী নুঙজাও অদু হৌজিক ফাওবা অনাল খুল্লেন্দা লৈবি। অনালশিংনা মদুবু পূজা তৌনবম্মী। নুঙজাও অদুনা অনাল খুল্লেনগী মীশিংদা যেক্লবাশিং নৎত্রগা খুদোংথীবশিং লাক্লে হায়না হান্না তাকপীবগী থবক তৌই হায়না থাজনৈ। লাইনিংথৌ ব্রাংব্রেলবু মীতৈ অমসুং অনালগী লাই ওইনা লাৎনখি।

মণিপুর সরকাবনা মণিপুর এন্সেন্ট এন্দ হিষ্টোরিকেল মোন্যুমেন্ট এন্দ আর্কিওলোজিকেল সাইটস এন্দ রিমেন্স এক্ট, ১৯৭৬কী মখাদা ইতিহাসকা শাগোন্নরক্লবা অনাল খুল্লেন্দা লৈরিবা ব্রাংব্রেলগী লাইশঙ, নুঙজাওনচিংবা অসিবু সরকারনা ঙাকশেল্লগদবা মরুওইবা হিষ্টোরিকেল মোন্যুমেন্টশিং অমদি মফমশিংনি হায়খ্রে। অদুবু চীন্না হায়বনা অমনি থবক ওইনা তৌবনা অমনি। চীনগা খুৎকা মান্নহনসি; মদু নৎত্রবদি ফজখ্রবা, নুংশিখ্রবা অমদি মমল য়াম্লবা ইতিহাসকী মরুওইরবা অরিবা পোৎশিং অসি মাঙখিবা য়াবগী চিংনবা লৈ। ❀

## ১১। কুঞ্জমালা

মোইবাংগী নিংথৌ লৈবাক্তা কাপোকথেল হায়না কৌবা খুঙ্গং অদুদা শ্রী থিংফুপা লৈরোন অমসুং শ্রীমতি অকীপ কৌবা মতৈ-মনাও অনীখক য়াম্না নুংশিননা লৈমিন্নবম্মী। মখোয় অনীগী ডাঙ্‌তোই (কুঞ্জমালা) কৌবী মশক মতৌ ফজখ্রবী মচানুপী অমা পোক্লম্মী। কুঞ্জমালাবু মোইরাংদা লৈবা মীতৈশিংনা নীংথিনা খঙলম্মী। মহাক্না চহি মবি/মঙা শুরকপা মতমদা মহাক্কী মমা অপোকপী লৈখিদে। মমানা লৈখিদবা নুমিৎ অদুদা মমাগী চহি ২৭ শুখি অদুগা মপাগীনা চহি ৩৭ শুখি। চহি মঙারোম মপা-মচা অনীখক্তা লৈমিন্নখি। মমৈথংদদি মপা থিংফুপানা হ্নাংকীপচোংবু (চহি ৩৫) মচানুপী কুঞ্জমালা য়েংশিনবীনবা লৌখি। ঈমুং-মনুংগী থবক পুম্নমক মপানা মমা অতোনবী অদুদা শীন্নখি। অদুবু কুঞ্জমালাগী অরাবা পুক্নি লাকখি। মহাকপু মমাতোন্না নুংশিবীবগী মহুত্তা ঈমুং-মনুংগী মীনাই অমা ওইনা শীজিন্নরকখি। মহাক্না মমান্নবীশিংগা তিন্নবা ফংজখিদে। মপানদি মচানুপীগী অরাবা অদু নীংথিনা খঙখিদে।

কুঞ্জমালাগী মতমদদি খুঙ্গংশিংদা শাথীরবা শা-কৈ অমদি উচেক রায়া য়াম্না লৈরম্মী। মমাতোন্না মহাকপু পামলৌদা হৌরিবা মহয়-মরোংশিংবু শা-উচেকশিংনা মাঙহনখিগদবদগী ঙাকথোক্লবা চাক্কা করিমতা পীজদবমথৈ থারম্মী। মহাক্না চৎনীং-চৎনীংদনা কপ্ল-কপ্লগা লৈখিদ্রবী মমা অপোকপীবু

কৌর-কৌরদুনা চৎলম্মী। নোংমদি মহাক্না উচেক ৱায়াশিংবু কৌরগা মহয়-মরোংশিং অদু মবুক থন্না পীজরম্মী অদুগা মহাক্না, মঙোন্দা চাক পীজরক্তুবসু, মখোয়না মবুক থন্না চাবদু উরগা পেঞ্জরম্মী, মহাক্কী অরাম্বদু কোকচরম্মী।

মপা-মপুগী চৎনবী মতুংইন্না মহয়-মরোং লোকপা লোইরগা কোম কাঙলুপকী ওইনা মার্চ থাদা ঈশ্বরনা মহয়-মরোং ওকনা পীবিরকপগীদমক্তা **ঠাইথর্লোম** হায়না খঙনবা হরাও-কুম্মৈ অমা পাঙথোক্করম্মী। মদুদা লৈশা-পাখঙশিংনা চান-থক্কবা পোৎলম কয়ামুক থৌরাং তৌনরম্মী। হরাও-কুম্মৈ অদুদা কুঞ্জমালা য়াওদবা য়াদে হায়দুনা মমান্নবীশিংনা হায়রম্মী, অদুবু মমা পোক্তবী অদুনা মহাকপু হরাও-কুম্মৈ অদু য়াওবা চৎহনখিদে। মরম অদুনা নুংঙাইতবা কুম্মৈ অদুদা কুঞ্জমালা যাওবা লাকখিদে। মদুদা মমান্নবীশিংনা মহাকপু ময়ুমদগী নমদুনা কুম্মৈ মফম তান্না পুরকখি। শাথীরবী মমাতোন অদুনা কুম্মৈ মফমদা লাক্লগা কুঞ্জমালাবু ফুর-ফুরদুনা ময়ুমদা চিংলগা পুরকখি অদুগা য়ুমগী কা অমদা পুশিল্লগা মহাক্কী অশাংবা মশমশিং অদুনা মহাকপু য়ুমগী য়ুম্বী অমদা চেৎনা পুল্লম্মী অদুগা মহাক্কী মফি-মবোলশিং লোইনা লৌথোক্লগা মহাক্না (মমা অতোনবী) হায়বা য়াগদ্রা য়াবোইদ্রা হাযনা হংলগা শাথীনা ফুখি। মমাতোন্না থীনা তৌমনবা অদুদা মহাক শির্নীংলম্মী।

মমৈথংদদি ফীভমনা য়াদবনিনা মমাতোন্না য়ানবা মহাক্না চৎলকখি। নোংমদি মহাক্না চহি ২০(কুন)বোম শুববা য়াইমা হায়না কৌবা পাখঙ অমা উনরুবদগী মখোয় অনী নুংশিনরকখি। নুপাসু নুপীসু তোমথিল ওইনা ফজবা ঙাক্তনি। মখোয অনী লৌন-লৈনসি হাযদুনা ৱাশকনখি।

নোংমদি কুঞ্জমালানা মহাক্কী মপুনীংবা হূই অদুগা লোয়ননা তেরা পাম্বী য়াম্না হৌবা **ফুনচোং** হায়না কৌবা উমং অদু ফাওনা থবক অমা চৎলম্মী। মফম অদু খোইরেনতাক খুঙ্গংদগী মাইল অমবোম চৎলগা লৈ। মফম অদুদা লৈবা থাংচীং-চীংশাংবু ঙাকশেল্লিবা শাথীরবা কৈ অদুনা কুঞ্জমালাগী হূই অদু লাক্লে হায়দুনা তান্নরকখি, অদুবু তাঞ্জা অমা চারুদুনা কুঞ্জমালাগী মথক্তা চোংশিলখি অদুগা মহাক্কী মখৌরীদা চীক্লগা মহাক্কী লুম্বু লুম্বু শাবা ঈ অদু চূপখি। মহাক্কী হূই অদুনা ময়ুমদা হল্লকপদা খুঞ্জাশিংনা কুঞ্জমালাবু কৈনা চারম্লগনি হায়না লৌনখি।

কুঞ্জমালানা ময়ুমদা শুকহল-হল্লক্রুবা মতম অদুদা চীং অমসুং তমগী খুঞ্জাশিংনা ড্রুম থীন্দুনা, পেরে-শিঙ্গা খোংদুনা অমদি মতীক-চাবা খুৎলায়শিং পায়দুনা কুঞ্জমালানা চৎখিবা মফম অদুদা মাবু থিবা চেনশিন্নরক্লম্মী। মতম অদুদা কুঞ্জমালাগী মপাদি নীংবকায়খিবদগী তৌফম খওখিরমদে। মহাক্তা মহাক্কী নুপীদা মচানুপী কদাইদা চৎখ্রবগে হংলম্মী। মদুদা মহাক্কী নুপীনা খুন্নকখিঃ *নহাক্কী হায়বা ইন্দবী নচানুপী অদুগী মরমদা ঐহাক করিমতা খঙজদে।* মদু তাবদা কুঞ্জমালাগী মপানা মহাক্কী ফত্তবী নুপী অতোনবী অদুবু মহাক্কী ময়ুমদগী তাম্থোকখি। খুঞ্জাশিং অদুনা কুঞ্জমালাগী অশিবা হকচাঙ অদু থেংনখি।

কুঞ্জমালানা শিরবা মতুংদদি মমাতোনগী মীওৎ-মীনৈদু থেংনখিদ্রে, অদুবু মহাক্কী নুংশিজরবা মপা, য়াইমা, মরূপ-মপাংশিং অমদি খুঞ্জাশিংগী আশাদি কায়খি। মহাকপু নুংশিজরিবা খুঞ্জাশিংনা মহাক্কী অশিবা হকচাঙ অদু পুরক্লগা কোম কাঙলুপকী চৎনবী মতুংইন্না খুঙ্গংগী ব্রাংমদা লৈরোন চনখি। শিফম-নাফম খঙদবমখৈ লমশি শিবা মীশিংগী হকচাঙশিংদি খুঙ্গংগী ব্রাংমদা লৈরোন চন্নরম্মী।

কুঞ্জমালাগী মপানা মোইরাংগী কোনুংদা লাক্লগা মহাক্কী মচানুপী শিবগী পাউ অদু মোইরাং নিংথৌদা তমজরম্মী। মোইরাং নিংথৌনা কোনুংগী ফম্লাইবশিং কৌবগা মীফম অমা ফম্লম্মী। মতম অদুদা থোংলেন্না মন্ত্রি ওইবম্মী। খম্বা অমসুং নোংবান অনীদা কৈ অদু ফারুনবা সনা য়াথং পীখি। খম্বা অমসুং নোংবান হায়বা মোইরাংগী অথৌবা অনীনা কুঞ্জমালাবু হাৎখিবা কৈ অদুবু ফাখি অদুগা মোইবাংগী নিংথৌদা কৎখি। মোইরাং নিংথৌনা মখোয় অনীদা মনা পীখি।

কুঞ্জমালাগী ব্রারী অসিনা চীংমী-তম্মীগী নকসিন্নবা মরী অদু তাকই। ❧

## ১২। *চোথেগা মীতৈগগী মরী*

চোথে হায়বা ফুরূপ অসিসু মমাংঙৈদগী হৌনা পাখঙবগী চাদা-নাউদানি হায়নরক্লি। চোথেশিংসি লাইনিংথৌ পাখঙবনা

নাউয়োক-নাউকোনবিরকপা **কাচোকতে** অমসুং নাউকোনবীরকপী **থানিদম** অনীগী চাদা-নাউদাশিংনি। মখোয় অনীগী মচানুপাশিংদিঃ **(১) কেয়াং (খিয়াং), (২) য়ুরুংপা, (৩) মকনপা, (৪) মরিমপা, (৫) অথাওপা, (৬) পারপা,** অমসুং **(৭) রাংসাইপানি**। মখোয় তরেৎকী মিংশিংবু লৌরগা শাগৈ তরেৎ লৈখি। মখোয় মখোযগী শিনফমসু তোঙান তোঙান তরেৎ থোক্লা খায়দোকখি। চোথেশিংনা শুরুংদগী থোরকখিবা মফম অদুবু **ছুহপীথোরাঙা** হায়না খঙনৈ। ঙসি চোথে হায়না খঙনরিবা ফুরূপ অসিগী মিংদি ইহান হান্না লাইনা শেম্বীখিবা **কাচোকতেদগী চোতে,** অদুগা **চোতেদগী** অমুক লোল থৈথরক্লুনা **চোথে** হায়না কৌখিবনি।

লাইনিংথৌ পাখঙবনা চোথে খুল্লাকপা **সুরৌ** (নুংকালাকপা) হায়বদুগী মচানুপী **দাইশিন** (খমলাংতাওবী) হায়বদুবু য়াম্না নুংশিনরগা লৌখি, অদুগা মখোয় অনীগী **মৈঙাই** হায়না কৌবা মচানুপা অমা পোকখি। লাইনিংথৌ পাখঙবনা চোথেশিংদা কান্নববা পাউতাক কয়া পীবিরম্বগীদমক্তা মখোযনা খুন্দাবা মফম খুদীংদা লাইনিংথৌ থংব্রায় পাখঙবগী খুভম থম্মি। লাইনিংথৌ পাখঙবনা চানবীবদগী চোথেশিংনা অৱাৎ-অপা লৈতনা য়াইফনা পাল্লম্মী হাযনৈ। চোথেশিংগী নিঙ্ঙোনশিংবু মীতৈনা লৌবম্মী অদুগা মীতৈগী নিঙ্ঙোনশিংবুসু চোথেশিংনা লৌরম্মী। মোইরাং কংলৈরোন্দা মোইরাংগী তবেৎশুবা নিংথৌদি চোথে থংব্রায় পাখঙবনি (থিংক্রি) হাযবফাওবা হায়নৈ। চোথে থংব্রায় পাখঙবনা লৌখিবা নুপী অদুগী মমিং **শুনুলেম্বী** কৌরম্মী। থংব্রায় পাখঙবনা মহাক্কী মতীক-মযাই পুথোক্লুনা কংলৈপাক অসিদা পাল্লম্মী। চোথেশিংগা মোইবাংগা চারৌ-মৌরৌনরম্বগী ৱারী কয়ামুক লৈ। হৌজিক হৌজিকমক চোথেশিংনা লাৎনবিবা লাইশিংসু চোথে থংব্রায় পাখঙবা অমসুং শুনুলেম্বীনি। মমাংঙৈদা মীতৈ নিংথৌশিংগা চোথেশিংগা অফবা মরী থম্নবম্মী। মমাংঙৈর্দাদ নিংথৌকোলগী অঙাং অমা পোকপা মতুংদা য়ুপান থাবদা চঙবা য়ু অদু নিংথৌগী মনাইশিং থাবগা চোথেদগী য়ু লৌহল্লম্মী। চোথেনা লুকমাই ফাওবা পান্দুনা লমাংদোং (বিষ্ণুপুর) কৈথেলদা য়ু য়োনবা মতম মতমদুগী নিংথৌশিংনা য়াহল্লম্মী।

হৌজিক-হৌজিক বিষ্ণুপুর চোথে লমলাংহুপি খুলগী লাই লোয়শঙদা লৈরিবা মীতৈ নিংথৌশিংনা লাইনিংথৌ পাখঙবদা কৎলম্বা ধাতুনা শাবা খুদৈশেল, কাওশেল, চীরোংনচিংবা পোৎলম কয়া অমা লৈরি। মদুদা নত্তনা উরিনতা (থৌবৈ) ফাল্গুপতসু নিংথৌনা পীরম্বা তোপ, তানচিংবা থমদুনা লৈরি। চোথেশিংনসু মীতৈ নিংথৌশিংদা চোথেগী ফি (কারে), লুবাক্রচিংবা খুদোলপোৎ ওইনা পীরম্মী। মীতৈ নিংথৌনা চোথেগী খুঞ্জাশিংবু অতোপ্পা ফুরূপশিংগী মীওইশিংনা লান্দাবা অমদি তাথীনা তৌবা য়াবোই হায়দুনা বিষ্ণুপুর চোথেগী চাইনপুংদা য়োৎ মপাক্তা হক্তুনা ইরম্মী। মদু মৈদিংঙু চন্দ্রকৃত্তি মহারাজ নৎত্রগা মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহ মহারাজগী মতমদা ওইরম্বা য়াই হায়না অখণ্ড-অতৈশিংনা মত পীনরি। অসুম্না চোথেশিংগা মীতৈ নিংথৌশিংগা থম্নরম্বা মরী অদু কয়ামুক নকসিন্নরম্বগে হায়ববু চোথেশিং খরনদি মখোয়বু সেদ্যুল ট্রাইব ওইনা সবকারনা শকখঙবীরমবদগীদি সেদ্যুল কাষ্ট ওইনা শকখঙবীবম্বনা হেন্না পামনরি। ঋ

## ১৩। কবুইগা মীতৈগগী মরী

মীহৌরোলগী ৱারীশিংবু পারগা অমদি তারগা কংলৈপাকসিদা খুন্দামিন্নরকপা মীতৈ, কবুই, তাংখুল, মাও, মবাম, অনাল, মরিং, মোযোন, মোনশাং, কোম্নচিংবা কাঙলুপ পূম্নমকসে নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নরকই অমসুং তৎন-থানবা য়াদ্রবা মরী অমা লৈনবকই হায়বা খঙই। ঐখোয়গী ঈপা-ঈপুগী মীহৌবোল ৱারীশিংদদি ঐখোয পূম্নমক অসি মফম অসিদা ইহান-হান্না তাইবঙ মী ওইনা শেমখিবনি হায়রি। মদুগী মথক্তসু ঐখোয়না লৈরিবা মফম অসি মালেমগী খোইদৌনিসু হায়রি।

কবুইগী মীহৌরোলগী ৱাবীদা মখোয়গী ঈশ্বর তীংকাও রাগ্বাং হায়বদুনা দম্পাপুইদা মীওইবা শেম্নবা হায়দুনা মতীক-মঙম পীরগা মঙোন্দা মীওইবা শেম্মু হায়খি। মদুগী মতুংইন্না দম্পাপুইনা ঈশিংগী জীব ঙমু, কংফালগী জীব

য়োংনচিংবা জীব কয়া অমা শেমলকখি। মখোয় অদুদি মী অমতা মান্দে হায়দুনা মখোয় মখোয়গী মফমশিংদা থাদোকখি। মমৈথংদা **তীংকাও রাখ্বাংনা ইবুংঙো** মহাক্কী শক্তম অদুবু য়েংহল্লগা মদুগা মান্নবা তাইবঙ মী শেমহনখি। অহানবা শেম্বা তাইবঙ মী অদুগী মমিংবু **তীংঙারাপু** হায়না কবুইশিংনা খঙনৈ। মীতৈগীসু মদুগা মান্ননা লাইনিংথৌগী মীতম লৌদুনা তাইবঙ মী পুথোকখি। মদুদগী মীসে অহানবদা মীতম হায়না কৌরম্বদগী অসুম-অসুম লোল থৈথরক্কুনা মমৈথংদা মীতৈ হায়নখি হায়রি। অদুগা অমরোমদা অমুক ঐখোয়সে অতোপ্পা মীশিংগা শওং-শাদা অমদি কুচু-কুমেন মান্নদবা তোঙানবা মী অতৈনি হায়দুনা মীতৈ হায়নখিবনিসু হায়নৈ।

মীহৌরোলগী মতুংইন্না কবুই হায়বা কাঙলুপ অসি **রমতিং কবিন** হায়বা মফম অদুদা লৈবা লৈখুন অমদগী থোরকপনি হায়রি। **রমতিং কবিন** হায়বসে হৌজিক্কী সেনাপতি জিলাগী মনুংদা লৈবা ওকলোং হায়বদুগী মনাক্তা লৈ। লৈখুন অদুগী থোরকফমদা নুঙপাক অচৌবা অমনা থিংদুনা লৈরম্মী। নুঙপাক অদু **মহৌ তাওবৈ** হায়না খঙনৈ। মীতৈ ঈপা-ঈপুগী রারীশিংদসু **মহৌ চীংদগী মী হৌই** হায়রি। **খমনুং য়ানুং** পুযাগী মতুংইন্না তাইবঙ মপু **তীংকাও রাখ্বাংনা** শন্দং লাবা অমা ওইনা শায়োল্লগা নুঙজাও অদু মচিনা রাইরগা ইপ্থোক্কুনা খমনুংদগী (লৈনুংদগী) মখোয়বু তাইবঙ ফাওহনখিবনি হায়। **অনাপোই** কৌবী নুপী অমনা কৈগী ময়েক মান্না হক্তুনা ফিশিং শাখি। মখোয়দু ইন্দুনা লৈনুংদগী মীশিংনা থোরকপদা কৈ অদুনা মাগী শাগৈনি অমদি মাগুম্বনি খন্দুনা মখোয়বু চাখিদে হায়না কবুইগী রারীদা হায়রি। শন্দংনা নুঙজাও ইপ্থোকপীদুনা মখোয়বু তাইবঙ ফাওহনখিবগীদমক্তা কবুইশিংনা শন্দং মকোক-মচিবু মখোয়গী জাতিগী খুদম ওইনখি। মীতৈ নিংথৌগী শঙ্গাইবেলদসু শন্দং মচিবু **কাঙ্গী** হায়না হাপ্নখি।

রারী অমসু থেংনৈ। চীংমী-তন্মীগী মমা-মপা অমতনি। মমা-মপা অদুনা মচা তরেৎ পোকখি। মখোয় অদুদিঃ **(১) থাঙ্গ্রাবা, (২) চক্রাবা, (৩) কবুইরু, (৪) শল্লম্বা, (৫) তরাওবা, (৬) খরম্বা** অমসুং **(৭) থেবচা**। মখোয় তরেৎকী তালোইশিংগী মমিংশিংনা **মকেংনু, চক্রিবী, লাগাংনু, তরাংবী, লৈফোনু, চরাংবী** অমসুং লৈনাওতাবীনি। কবুইরুনা মাগী নুপী লাগাংনুগা লোয়ননা

অৱাং- নোংচুপ পাংনা চৎখিদুনা কুরুমন্নচীং লাইখামচীংদা কাদুনা খুন্দাখি, অদুগা কবুইরুগী মমিং লৌদুনা চীং অদুগী মমিং **কবুইরু** চীং হায়না কৌখি হায়নৈ। মদুদগী লোল থৈথবক্তুনা হৌজিক্তি চীং অদুবু কৌব্রুচীং হায়না খঙনরে। হৌজিক কবুই হায়না খঙনরিবা চীংমীশিংসি কবুইকগী চাবোন-শুরোনশিংনি হায়নরি।

তাইবঙ মীনা মহৌচিংগী লৈখুন্দগী থোবক্লগা বাবাক তুরেলগী হৌফমদা খুনপানখি হায়নসু হায়নৈ। মফম অদু হৌজিক্কী লিযাই খুন্নৌনা লৈরিবা মফম অসিনি। মফম অদুদা মীগা লাইগা লৈমিন্নরম্মী। লাইগা মীগা অদুম লৈমিন্নবা যাবক্তবা মতমদা তাইবঙ মীশিংনা মহৌচীংশাংগী মাখেননচিংবা তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা শন্দোকখি। কবুইশিংনা মহৌচীংদগী বাবাক তুরেল তুংইল্লগা নোংচুপ মাযকৈদা **গোংফুংলিং (ওকলোং)** হাযবা চীংদোল অদুদা খুল শেমদুনা পানখি। **গোংফুংলিংদা** খুঞ্জাও- লৈচাউনা পানখিবা মবমনা খুল অদুবু **মকুই-লোংদি** নৎত্রগা **লোংদাই** হাযবদি অচৌবা খুল হাযনা খঙনখি। মতম অদুদা খুল অদুগী নিংথৌ **ডুইবগী** শন্দং শল্লুপ অমা মাঙখিবম্মী। নিংথৌ অদুনা মনাওইবুংঙো **চতিউবু** মাঙখিবা শন্দংশিং অদু থিহনখি। চতিউনা শন্দংশিং অদু থিবকপদা চীংজাও অমগী চীংদোন্দা লৈবম্মী। মনাওনুপানা শন্দংশিং অদু লৈবে হাযনা পাউ থ্যাখিবদ মযাম্বুংনা মফম অদুদা খুল অমা শেম্মু হাযরকখিবদগী খুল অমা **চতিউনা** শেমখি। কবুইগী অবিবা লোলদা শন্দংবু **কবুই** হায়না কৌই অদুগা খুলবুনা **লুৱা** হাযনা কৌই। শন্দংনা চাক্তোবা খুর্লানি হায়দুনা খুল অদুগী মমিংবু **কবুই লুৱা** (শন্দং-খুল) হায়না কৌখি। কৌব্রু চীংগোইবোন্নচিংবা মীতৈগী অবিবা ৱাবীশিংদা মহৌচীংগী লৈনুংদগী তাইবঙ ফাওবক্লগা কৌব্রুদা মীশিংনা হান্না খুন্দাখি হায়বি। **কৌব্রু থেলোলগী** লাতমশিংদা অসুম্না ইবিঃ

**অৱাং কৌবরু অসুপ্প**
**লৈম লাই খুন্দা অহানবা**
**ঈলিক মপান থাবিবা**
**নুংথ্রে মউ লিংলিবা।**

*নোংথ্রে মউ লিংলিবঃ* হৌজিক্কী মতম ফাওবদা চীংমীশিংনা ঙক্কী অমদি পাম্বোমগী লৈতেং ওইনা শীজিন্নবিবা লীক মক নোংথ্রে অসিবু পোকপীবদি কৌব্রু

চীংনি হায়বনি। মীগা লাইগা শম্নবিঙৈদগী হৌদুনা কৌব্রু চীংদা খুন্দাবকখি। অদুদগীদি মীশিংনা অসুম অসুম শন্দোবক্তুনা তম্পাক্তসু লাকখি। ঈশিংনা থূমদুনা লৈবম্বা তম্পাক্লা খব-খব কংলকপা মতমদদি কৌব্রু চীংথক্তা লৈবম্বদগী চীংখোঙ-চীংযাদা কুমথবকখি। খুনু-চক মতমদা কৌব্রু চীং অৱাংবদগী মীশিংনা অনেম্বা তম্পাক্তা কুমথবকখি।

মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখঙবগী লৈমগী মমিং ইনুং হাওবচনু কৌই। ইবুধৌ অসিনা চীংমী নিঙ্ঙোন অদু লৌবম্বগী ৱাবী লৈ। নিংথৌ তাবুংবসু চীংমী নিঙ্ঙোন লারা ৱাসাংনু লৌখি। ইৱেংবা নিংথৌসু চীংমী নিঙ্ঙোন লৌখি। মীতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু তাউথিংমাংগী তালোইগী মিংসু হাওনুখু কৌই। চবাইবোংবা নিংথৌসু চীংমী নিঙ্ঙোন লৌখি; পাইখোম্বসু মবাম নিঙ্ঙোন লৌখি। মীতৈগী অকুবা লাইবেম্বী নোংথাঙ লৈমগী মমিংসু হাওবৈমা শমপুবী কৌই। শক ১৪৭৮দা চৈথাখিবা মী অদুগী মমিং লোইতোংবম কবুই কৌই। কংলৈপাক্কী মযায ওইবা নংত্রগা খোইদৌগী মশক ওইবা মফম অসিবু কংলা হাযনা কৌই। কবুইগী অবিবা লোন্দা খোইদৌ নংত্রগা ময়ায় ওইবা মফম খুদীংমক কংলা হায়না কৌই। কংলৈ হাযবা ৱাহৈ অসিমকসু কবুইগী লোন্দা হান্না কংবা হায়বনি।

কাঙলুপ অমগী ফঙ্গা ৱাবী অমসুং লৈশেমলোলগী ৱাবীশিং অসি অতোপ্পা কাঙলুপ অমগী ফুঙ্গা ৱাবীশিংগী পুকৈদা চঙথোক-চঙশিন তৌনৈ। কবুই কৈওইবগী ৱাবী অদু মীতে ফুঙ্গা বাবীদা যাওবি, কাউনদ্রি। ৱাবী অসিদা মীতৈগা কবুইগা লৈনবা ৱাবী যাওবি। কবুই কৈওইবগী মচা কবুই তোম্বনা লৈবম্বা থাংজিং চীংজাওদা তাবম্বা কবুই খুন্দুগী প্রজাশিংগা মোইবাংদা পানখিবা মীতৈ নিংথৌ থাংতেক শুংনাইবগী প্রজাশিংগা যাম্না নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নবম্মী। পাখঙবনা যাইওল্লকপা শাথীববা পাউরিবাই কৌবা লাই অদুনা ওৎ-নৈবকপদা মোইবাংগী প্রজা পূন্নমক মাঙ তাকপা তাবম্মী। মদুদা কবুই তোম্বনা থৌনা যাম্না ফনা চোংখোবক্তুনা মহাক্কী অঙকপা মন্ত্রগী শক্তিনা মীনা ঙমফদ্রবা লাই অদুবু হাৎলগা মোইবাং নিংথৌ অমসুং মহাক্কী প্রজাশিংবু কনবীখি। মীতৈগা কবুইগগী মবক্তা লৈনবন্নিবা নুংশবগী মবী অদু কযাদা চেৎশিনখ্রবনো! মতীক চাববা কবুই

তোম্বগী মচা **কবুই শারাং (সলাং) মাইবা** হায়বদুসু লৈমা নিংথৌনা য়াম্না চানখিবা অথৌবনি। থাংজিং চীংজাওদা তাবা কবুই খুন্দা পোকখিবা মহাক্না লৈমা নিংথৌগী কোন্দা চাউখি। **শারাং** মাইবনা থাংজিং লাইদা শন্দং অরাংবা অমা কংখিবদগী মহাক **শারাং মাইবা** হায়না ফাওখি। মহাক্কী মিংবু অশৈবা কযানা হৌজিকফাওবা শৈথানরি। মীতৈ নিংথৌগী চীংমী মাইবা খবদি মাইচৌ মিংথোন ফংনখি। গবিবনিরাজ (পামহৈবা)গী মতমদা শিন্দোকখিবনি হায়নরিবা মীতৈ পুযা **রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক** অসিদা ইরিবা মাইচৌ অসিগী মমিং **অপাইননা** কৌই। মসিগী মিং অসি কবুইগী মিংনি।

নিংথৌশিংগী রারীশিংদা চীংমীশিংনা তম্পাক্কী নিংথৌশিং ওইখিবগী রাবীশিং লৈ। খুদম ওইনা হাযববদা মীতৈগী নিংথৌ তাউথিংমাং (২৪৬ ২৬৪) হাযবসে কবুইশিংগী রাবীদা কবুইনি হাযবি।

**লুরাং পূন্সিব**গী মচাশিংনা মরিং ওনখি; খুমন নিংথৌগী মচা খল্লাংবসু চীংমী ওনখি; মোইরাং নিংথৌ সনাহোংবগী মচাশিংসু চীংমীশিং ওনখি অদুগা নিংথৌ নোংথোনবগী হাক্তক্তা তম্মী কযামুক্না চীংমী ওনখিবগী রাবী কযামুকসু লৈবি। নোংদা লাইবেন পাখঙবনা পানখিবা চহি কযাগী মমাংদা **খাবা নোং-চেনবগী** প্রজা মযাম অমসু কবুই নুংনাং ওনখি, অদুগা শবাং লৈশাংথেমগী মবুধৌ **নুংথৌ য়ুমথংবগী** মযাম্বা **লমলেকশাংনা** চীংদা কাদুনা চীংমী ওনখি। মহাক্না ওইখিবা চীংমীদো মোইরাং **নিংথৌরোন লম্বুবনা** কবুইনি হাযবি। মতমগী মতুংইন্না কংলৈচাশিংনা চীং অমসুং তমদা খুদোংচাবা যেংদুনা লৈনখিবা ঙাক্তনি। তম্মীনা চীংমী ওনবা হাযবদু জাৎ ওনবা নত্তে। তমগী লৈশাবীনা চীংমী পাখঙদা লৈববু জাৎ ওনবনি হাযবসি লাল্লি। লৈবক-খুল্লক্কী থৌদোকশিংদি থম্বু-থমখো, লৈবাক্কী নিংথৌ অমসুং অঙম্বশিংনা চীংগী নুপীশিং লৌদুনা মখোয়গী তালোইশিং ওইখিবা কয়াদুনি। তম্মীনা চীংমী ওইখিবা হাযবা অসিদি করিশু নত্তে, সমুদ্রদগী মনিল ওইনা পাইখৎখিবা ঈশিংনা নোং ওইনা তারগা ঈশিংদা অমুক তিনখিবগী রাদনি, ওনবগী অর্থদু য়াওদে।

হৌজিক তম্পাক্তা লৈবিবা মীতৈশিংগী য়েক-সলাই তরেৎ লৈবগুম্না কবুইশিংগীসু য়েক-সলাই তরেৎ লৈ। মীতৈগীনা (১) মঙাং, (২) লুরাং,

(৩) খুমন, (৪) অঙোম, (৫) মোইরাং, (৬) খা-ঙানবা অমসুং (৭) সলাই সরাং লৈশাংথেমনি, অদুগা কবুইগীনা (১) কামৈ, (২) গাংমৈ, (৩) গোলমৈ, (৪) রোংমৈ, (৫) মরীংমৈ, (৬) পালমৈ অমসুং (৭) ফাউমৈনি। মীতৈগী নিংথৌজাগা কবুইগী কামৈগা, খুমনগা গোলমৈগা, অঙোমগা গাংমৈগা, লুৱাংগা রোংমৈগা মান্নে, অসিনচিংবা। মীতৈলোন্দা কবুই লোলগা মান্নবা ৱাহৈ য়াম্না য়াওই। মীতৈগী লাইহরাওবদসু কবুইগী লোল য়াম্না য়াওরিঃ

**নরুইখেঙ নরুই হোংমাই লৌ হৈ**

**হৈরাং মঙা লাঙ্গু তাউ**

**হৈ মেলে লাঙ্গু তাউ**

**হৈ মেলে লাঙ্গু তাউ**

**অনু খাই খাই খাই;** অসিনচিংবা।

ঈশৈ অসি কবুইগী লাইগা মীগা শম্নরিঙৈ মতমদা শকখিবা ঈশৈনি। কবুই চনু অমগী কাদা পাখঙবনা চঙদুনা কোয়রুবগী ৱারী অদুবু নীংশিংহল্লি।

চহি ২০০০ রোমগী শাংথ্রবা ইতিহাসকী মতম অসিদা কংলাদতা কোনুং ওইখিবা নত্তে। মীতৈ নিংথৌশিংনা মফম অমা অমদা কোনুং হোংবা খুদীংদা কবুই ঈপা-ঈপুগী ঈড়াং-থৌনি তৌনরম্মী। ধর্ম্মগী চৎনবী অমা ওইনা কবুইনা হান্না খুল শেম্লগা অফবা নুমিৎ অমা য়েংদুনা নিংথৌগী শঙ্গাইরেল শারগা কোনুং ওইনরম্মী। লমাংদোংদা (বিষ্ণুপুর) কোনুং ওইবা মতমদা চিনিখুল-কবুই, তৌবুল-কবুই, খোইচুমান-কবুইনচিংবগী খুলশিং শেমখি। শকাব্দ ১৭০৯গী কালেন থাদা চিংথংখোম্বা নিংথৌনা লমাংদোংদগী লাংথবান্দা (কাঞ্চিপুর) কোনুং হোংলকপা মতমদা নিংথৌনা খৌপুম-চীংদগী কবুই কৌরগা ঈপা-ঈপুগী চৎনবী মতুংইন্না কবুইবু হান্না খুন্দাহনখি, অদুগা নিংথৌগী শঙ্গাইরেল শাখি। লাংথবান্দা খৌপুম চীংগী কবুইশিংনা শেমখিবা খুল অদুবু হৌজিক ফাওবা লাংথবাল-খৌপুম হায়না খঙনরি। শক ১৭১৮গী শজিবু থাদা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা লাংথবাল থাদোক্লুনা খ্বাই-খুনফম-কোম্থৌজম য়ুম্ফমদা কোনুং হোংগৎখি। মফম অদুদসু কবুইবু হান্না খুল শেমহনখি। কোম্থৌজম

য়ুম্ফম-কোনুং হায়বদু হৌজিক্কি মণিপুর গভর্ণরগী রাজ-ভবন ওইরিবা মফম অসিদনি। মতম অদুদা নম্বুল তুরেল মপান্দা শেমখিবা কবুই খুল অদুনা হৌজিক কখুলোং হায়না লৈরিবসিনি।

চহি তরেৎ খুন্তাকপা (খৃঃ ১৮১৯-১৮২৬) মতমদদি তম্পাক্তা লৈবা কবুইসু মীতৈসু চীংদা চেন্দুনা লৈখি। গম্ভীরসিংহনা অমুক নিংথৌ ওইনা পাল্লরবা মতমদা চীংদা চেন্দুনা লৈখিবা কবুইসু মীতৈসু মখোয় মখোয়না হান্না লৈরম্বা মফম মফমদুদা অমুক হঞ্জিন্দুনা লৈনখি। ফৌশু-খুল কবুই, শঙশারোই কবুই অমদি মৈতাললোই কবুই হায়বা কবুই খুল অহুম্মক মীতৈ নিংথৌগীনি হায়দুনা সাহেবশিংনা খুলশিংদুগী য়ুমশিং মৈ থাদুনা তানখায়খি। পোলিটিকেল এজেন্ট মেজব মেক্সবেলনা তানখায়খিবা কবুইশিংদুবু তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা লৈহন্দুনা ব্রিটিশ সরকারগী থবক্তা শীজিন্নখি। ফৌশু-খুল কবুইবু মেজর মেক্সবেল বড সাহেবনা হৌজিক্কী মহাত্মা গান্ধি এভেন্যু মনাক্তা লৈহনখি। খুল অদুবু মেজর অদুনা য়াথং পীরগা লৈহনখি হায়দুনা মেজর খুল হায়না কৌখি। হৌজিক্কী কখুলোং হায়বা মফম অসিদা লৈরম্বা কবুই খুল অদুবুসু খৃঃ ১৮৯১গী ব্রিটিশকা মণিপুবগা লাল শোক্লবা মতম অদুদা মীতৈ নিংথৌগীনি হায়দুনা ব্রিটিশনা মৈ থাদোকখি। অদুবু মেজর মেক্সবেল সাহেবনা মখোয়বুসু শঙশারোই কবুইশিংগা পুন্না অমুক লৈহনখি। অদুদগীদি খুল অদুবু সাহেব মনাই কবুই খুল হায়না খঙনখি। মৈতাললোই কবুইশিংবুনা কৈশামথোং মনাক্তা লৈবা পুলিস-লেন হায়না খঙনরম্বা মফম অদুদা লৈহনখি, অদুগা খুল অদুবু পুলিস কবুই হায়না খঙনখি, অদুগা অমুক হৌজিক্লা কৈশামথোং কবুই হায়না খঙনবিবসিনি। লেমহৌরিবা কবুই খরদুনা বড সাহেবনা মিনুথোংগী অন্নাংদা খুল শেমদুনা লৈহনখি। মখোয়বুনা কংলা মনুংদা থল্লিবা সিফাই পলতোনগী থবক্তা শীজিন্নরম্মী। মবম অদুদগী খুল অদুবু পলতোন কবুই খুল হায়না খঙনরকখি। চুরাচান্দ মহারাজনা কবুই মীকোক মঙাখক কানপুরদা থাদুনা মুচিগী ট্রেইনীং থারম্মী। কানপুরদা ট্রেইনীং চৎলুবা কবুইশিং অদুবু কবো লৈকাই অমদি থাংমৈবন্দা লৈহনখি। মখোয়না লৈবা মফম অদুবু মুচি-কবুই খুল হায়না কৌখি, অদুগা হৌজিক্লা নমথল্লোং কবুই হায়নরিবসিনি।

## মণিপুরগী চীংমী-তম্মী

ভগবান শ্রীরামজিগী মূর্ত্তি মুণিপুরদা গবিরনিরাজনা পুরকখি, অদুবু শ্রীরামজিগী মনাই হনুমান ঠাকুরবু পুবা খোঙবুদুদি থুংলখিদ্রি। মনাই হনুমান য়াওদনা শ্রীরামজিবু কোনুংদা লেঙশিনহনবা যাদবনিনা লমখাংগী ওইনা শগোলবন্দা মহারাজনা লৈবা তাখি। শ্রীরামজি অমসুং মহারাজগী য়ারেকফম খুদক্তা শাখি। কবুই খব কৌবগা খুদক্তা খুল লিংদুনা মফম অদুদা মতম খব লৈখি। শ্রীরামজিগী মনাই হনুমান যৌবক্লবা মতুংদদি মহারাজনা শ্রীরামজি অমসুং হনুমানগী থৌগল ফংজদুনা কোনুংদা লেঙশিনখি। কবুইশিং অদুদি মফম অদুদা খুন্দাদুনা অদুম লৈহৌখি। অদুদগীদি মফম অদুবু ঙসিফাওবদা শগোলবন্দ রামজি কবুইখুল হায়না খঙনরি।

খৃঃ ১৮২৯দা অরানা মণিপুরদা লান্দাবকপদা গম্ভীরসিংহ মহারাজনা তমেংলোং চীং ফাওদুনা কাছার তান্না চেল্লম্মী। মহারাজবু তান্নবকপা অরাগী লান্মীশিংনা তোংজৈ মবিলদা লৈবা তাইরাং কবুই খুন্দা মীতৈ নিংথৌ হংবা মতমদা মীতৈ নিংথৌদি চৎখিবা কুইরে, তান্নবা ফংলরোই হায়না তাইবাং কবুইশিংনা মহারাজবু কন্নবা হায়জিল্লম্মী। অরাশিংনা মখোয়না পুরকপা শামু অদু মখোয়দা খব যেংবীরম্মু হায়দুনা থল্লম্মী। নুমিৎ খবনিগী মতুংদা মীতৈ মহারাজবু তান্নবা ফংদদুনা অরাগী লান্মীশিংদু হল্লক্লম্মী অদুগা মখোয়না থল্লমখিবা শামু অদু পীবো হায়রম্মী। মদুদা তাইবাং কবুইশিংনা মখোয়দি শামু শেন্নবা হৈতরাননা শামুদু চেনখ্রে হায়না হায়জিনখি। অরাশিংনা শামু অদু কোয়গি থিনকপদা চীংগী লোকখা অমদা শামুগী শক্দ-শয়াংশিং অদু তাদুনা লৈরম্লা থেংনখি। কবুইশিং অদুনা মীতৈ নিংথৌগী মীচঙ চঙদুনা শামু হাংখ্রিবনি হায়দুনা অরা লান্মীশিংনা তাইবাং কবুই ময়াম অমবু লীনা মখুরাকশিংদা ফাওবেং লেংলগা লানফা ওইনা কবো তান্না পুখি। মদুবু উহৌবা কবুইশিংনা থম্মোয় শোক্লা শক্লম্বা খুনুং-ঈশৈ হৌজিক ফাওবা লৈরি।

মতুংদা মীতৈ মহারাজনা অরাবু মায়থীবা পীবগা লানফা ওইনা কবোদা পুখিবা মীতৈশিং অমদি তাইবাং কবুইশিংদুবু কংলৈপাক অসিদা অমুক পুরকখি। তাইবাং কবুইশিং অদুনা পাম্বা মতুংইন্না মখোয়বু রাইথৌ মনাক্তা লৈবা নুঙগৈদা লৈহনখি। মখোয়বু লৈবাক নিংথৌগীদমক্তা অরাবা কয়া খাঙজখিবনি হায়দুনা

যাম্না নুংশিনা থম্মীখি, খাজনানচিংবা পূম্নমক কোকপীখি। মখোয়গী মথৌ অমখক্তংদি মফম অদুদা পানবা হৈনৌ অমা/অনীদংদি চীন্দম হৈ ওইনা মহারাজদা থিনবা তারম্মী। মতম খর লৈরগা নুঙগৈদগী চীংখমদা খুল হোংলক্লুনা লৈখি। চীংখম চীংগী মথক্তা লেপ্লগা কোয়না মীৎনা উবা ঙম্বা লম মখৈ মখোয়গী ওইজরো হায়দুনা মহারাজনা পীবিখি। অদুবু হৌজিক্তি মখোয়না লৈবিবা চীংদুম অদুমখক্তা মঙাইরে। মহারাজগী চীন্দম-হৈ ওইরম্বগী হৈনৌ পাম্বী অনীমদি হৌজিকফাওবা চীংখম চীংখোঙদা হৌদুনা মরোল থোক্তবমখৈ মীতৈ-কবুইগী ৱারী লীরি।

মীতৈগী ৱারীদা ইমা লৈমরেল শিদবীনা তাকপীদুনা পাখঙবনা অতিংকোক শিদবা মপুগী খুভম ফংখি। মদুগা মান্ননা কবুইগী ৱারীদসু কবুইগী লাইনিংথৌ **হায়পৌ রাম্বাংগী** খুভম অদুবু মমানা তাকপীদুনা মনাও অতোনবা অপৌনা ফংবা ঙমখি। মদুদা ময়াম্বা অহল **বিশনুনা** শাউরদুনা মনাওনুপানা নিংথৌ ওইনা পানবা লৈবাক্তুদা লৈররোই হায়দুনা বরাক তুরেল মরিল মতুং ইল্লগা কংলৈপাক্কী খা-নোংচুপ শম্থোং খমখৈগী অরোইবদা লৈবা পুবোন চীংগী শুরুং মনুংদা লৈখি। ঐখোয়না সনামহী খুরুম্বদা শম্থোং কাচিন্দা মায় ওল্লগা খুরুম্বসে ইবুধৌদুগী মায়কৈদা ওল্লগা খুরুম্বনি। মসিগী অথূপ্পা ৱারী অসি খঙলক্তুনা মহারাজ বোধচন্দ্রনা খৃঃ ১৯৪৭ জনুৱারিগী (ৱাকচিং ১৪) লৈবাকপোকপা নুমিত্তা অদুগা অমুকসু মথং চহিগী জনুৱারি ২৬ (ৱাকচিং ১৪) নিংথৌকাবা নুমিৎতা পুবোন চীংদা চত্তুনা লাই খুরুমখি। মফম অসি কবুইশিংগী থায়নগী লুনা নীংজবা লাইফমনি।

কবুইগী ৱারীগা মীতৈগী ৱারীগা য়াম্না নক্লবা মরমনা কাঙলুপ অনী অসি মান্নে। কবুইগী ৱারী অমদা কবুই গোনথং শাগৈগী দিলেংলু কৌবী মশক মতৌ য়াম্না ফজরবী লৈশাবী অমবু নোংলৈ-নুংশিৎনা পুখৎখ্রগা লাইনিংথৌ শোরাবেন্না লৌখি। লাইনিংথৌনা গোনথং শাগৈগী মীশিং অদুবু অশি-অনা থোক্তসনু হায়না বর পীবিখি। বব অদুগী মতুংইল্লগা গোনথং শাগৈগী মী অমতা অশি-অনা থোকখিদবা অদুদা গোনথংশিংনা অতোপ্পা শাগৈশিংগী অশি-অনা থোকপদা শানৈ-য়ুনৈরিবদু উবগা য়াম্না কল্লকচখি। মবম অদুনা

মখোযনা খোইনিং কৌবা উচেক অমা ফাবগা মদুনা অশিবা মী শাহন্দুনা শানৈ-যুনৈবম্মী। শা ষণ, ওকনচিংবা হাত্তুনা মৈদা লৌবগী মৈখুনা শোবাবেল যৌববদা লাইলৈমা দিলেংলুনা মপামদা কবিগী অব্রা-মৈখু খুবনো, অশি-অনাগা যাওব্রা হংজকগে হাযনা শোবাবেন্দা হায়জখি। মদুদা লাইনিংথৌ শোবাবেন্না দিলেংলুগী মপামদা মীশি-মীনা অমতা থোক্তে চৎখিনু হাযববফাওবদা মহাক্ক। ময়াখিদ্রবদা শোবাবেন্দগী সনাগী কৈবাক অমা থাদবিবগা মহাকপু মপামদা কুমহনখি। গোনথং শাগৈগী মীশি-মীনা অমতা থোক্লমখিদে, হবাও নুংঙাইনীংবগী শানৈ-যুনৈবা ওইবমখি। মবেনধৌ দিলেংলুনা তাঙনা অমুক্তং মালেমদা কুম্লকপদুদা শানৈ যুনৈবা যাওবিযু হাযদুনা গোনথংশিংনা মঙোন্দা যাম্না কন্না হাযর্জখি। শোবাবেন্নদি মহাকপু তাইবঙ চীঙাক চাবক্কনু হাযদুনা চেকশিনবাহৈ হাথবকখিবনি। অদুবু গোনথং শাগৈা পাখঙ লৈশাশিংনা তাবুশিংদগী ভৌবোং অহন অহনবা লৌথোক্লগা ফিজং মবোল তবেৎ খল্লম্মী অদুগা মবেনধৌগীদমক্তা অশেঙবা লাগী লাবৈদা যুকোক হৈথে। যুকোক অদুনা লাইলৈমগী মচানবান্দা হেক থেংবদা শোবাবেন্না তিণ শাৎখবক্লম্মী। যুকোক অদু লৈমাযদ থাদবল্লগা সনাগী কৈবাক তান্না লাইলেমনা চেল্লকপদা সনাগী কৈবাক অদুদি চিংখৎখিবনা হনাখ।

অদুদগীদি লাইলেমা দিলেংলুনা কোন্থৌজম লাইবেম্বী ওইনা বংলৈপাকসিদা লৈখি। গোনথংশিংনা কবুই খুল অমা ওইনা কোন্থৌজমদা লৈাখ মখোয অযাম্বনা মীতৈ ওইখ্রবদা মীতে ওইখ্রবা গোনথংশিংবু কোন্থৌ শাগৈ হাযনা লোন্থৈখির্বনি অদুগা মমৈথংদা কোন্থৌজম ওইখিবনি হাযনা হাযনৈ। কোন্থৌজম লাইবেম্বী হবাওবদা কোন্থৌজম কবুইনা লাইগী পোৎলমশিং পুবক্লিবফাওবা লাই হবাওবা যাবমখিদে। ইবেনধৌ লাইবেম্বীনা শোবাবেল কাবা যাদ্রবদা মচা অপাখক অমা শোবানেন্দা লৈহৌবা অদুনা মমা কৌদুনা যাম্না কন্না কপখি, থেম্বা যাখিদে। মবম অদুনা অঙাং অদুবু মালেমদা হায়বদি মমাগী মনাক্তা লৈহনখি। ঙসিদি মহাকপু ফোইজিং চীংদা ইবুধৌ খোবিফাবা হাযনা খঙনবগা লার্ৎলি। মফম অদুদসু ফোইজিং কবুই খুল হাযবা অমা লৈ।

মমাংঙৈদগী খুন্দামিন্নবকপা মীতৈ অমসুং কবুইগী মবক্তা ইনাৎকী ওইবা থৌবম কয়া পাঙথোকপদা অমদি চীঞ্জাক্তা মান্নবা কয়া লৈ। মীতৈ নিংথৌশিংনা চীংমী মতীক-মগুণ লৈবা অমদি থৌনা ফবা লৈববদি মখোয়বু কৌখৎলগা কোনুংগী ফম্নাইবা ওইহল্লম্মী। চীংমী অমাইবশিংসু নিংথৌগী অমাইবশিং ওইহল্লম্মী। নিংথৌগী মাইবা **হাও থারিক** কৈনৌ কবুইগী মশক নাইবা অমাইবনি। থাংমৈবন্দা লৈবা মুচি কবুইগী নিংতৌ মাইবদি কোনুংগী থাংগপাৎকী ঈশিং মথক্তা খুকম তোংলগা মখোঙনা লান্দুনা চৎলম্মী হায়নৈ।

ঐখোয়গী ঈপা-ঈপুগী ব্রাবীশিংদগী ঐখোয় চীংমী-তম্মী পুম্নমকসে হৌবকফম অমতদগী হৌবকপনি, য়েলহৌঙৈদগী মফম অসিদা খুন্দামিন্নবকপনি অমসুং ঈমা অমতগী মতম্বাক্তা খোমলাং থক্কুনা চাওমিন্নবকপনি হাযবশিংসে ঐখোয়না ময়েক শেংনা খঙলে। মবম অদুনা শওং-শাদা অমদি কুচু-কুমেন মান্নবা ঐখোয় ঈশেলসে হিবম কযাদা তৎন-থানবা যাদবনি।

## *১৪। মরিংগা মীতৈগগী মরী*

মবিং হায়বা চীংমী কাঙলুপ অসিসু **ব্রাশাফাথাগী কৃলবী শোঙ শোঙ** হায়না খঙনবা বর্মাগী (ম্যানমাবগী) **অঙগো** অমসুং **মোলবী** চীংশিংগী কাবক্তা লৈবা শুকং অমদগী থোবকখিবনি হাযনা থাজনবি। শুকংদগী **খুলপুব্রা, দাংশাংব্রা, তানতংঙা** অমসুং **তাকুংঙা** হাযবা সলাই মবি অসি শেম্নগা থোক্লকখি হাযনবি। মবিংগী ব্রাবীদা লৈনুংগী তাইবঙ অমসুং মালেমথক্কী তাইবঙ হাযদুনা তাইবঙ মখল অনী থোক্লা খায়দোক্লম্মী। সলাই মবি অদুনা মবিংগী খুলশিংগী পম্বোং শাবা, লম শেংদোকপা, ঈড়াৎ-থৌনিতৌবনচিংবা থবকশিং পাঙথোক্লম্মী।

মবিংগী ব্রাবীদা মীওই-লাইওই তৌবা অথৌবা নুপা অমা লৈবম্মী। মহাক্কী মমিংদি **ব্রাংমৈতিল** হাযনা কৌবম্মী। মহাক্কা মহাক্কী কাঙলুপপু শুকংদগী পুথোক্লগা মালেমথক্তা খুন্দাহনগে হায়না খল্লগা শুকংগী মখুম খুন্নিবা নুঙপাক

অদু ষণ অমসুং ইরোইদা হাংদোকউ হায়না থৌদাবম্মী। অদুবু মখোয়না নুঙপাক অদুবু হাংদোকপা ঙমখিদে। মমৈথংদা **রাংমৈতিললনা** চোথেশিংগী অরাংবা শন্দং লাবা অমা কৌবম্মী অদুগা নুঙপাক অদু হাংদোকউ হায়না থৌদারম্মী। শন্দং অদুনা খুমাং অনী খোত্তুনা খুদুং অনীনা কাওবগা চঙশিন্দুনা মচিশিংনা **রাইরগা** নুঙপাক অদু হাংদোকখি। শন্দং অদুগী মচি অনী অদুদি তেকপমক্তি তেক্তনা কোন্দুনা লৈখি। নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা শন্দংগী মচিশিং কোনখিবনি হায়নরি।

শুকং অদুগী মপান্দা **খোলুম পুইনু** হায়না কৌবা চাউববা কৈ হিংচাবা অমনা শুকংদগী হান্না থোবকখিবা মীশিংবু ফাবগা চাথোক্লম্মী। **রাংমৈতিললনা** পাউ অদু তাবদা শুকং মনুংদগী যেনবা অমা মপান্দা হুনগৎলকখি। কৈ হিংচাবা অদুনা যেনবা অদু ফানবা তান্নবিঙৈদা **রাংমৈতিললনা** কৈ অদুগী মঙক অদু থাঙশাংনা কক্কুনা হাৎখি। অদুদগীদি লৈখুন্দগী মী পৃম্নমক থোবক্লগা মাগী মাগী লৈননবা যুমশিং শানখি, লৌ-ইঙ্খোলশিং শেমখি, অদুগা মহয-মবোং য়াম্না লোক্কুনা নুংঙাইনা মালেমথক্তা খুন্দাখি।

শুকংদগী থোবকখিবা শকনাইবা **মোরিংঙা** হায়না কৌবা নুপা অদুগী মচানুপা নীপান পোকখি। মখোয় অদুদিঃ **(১) দংশারা, (২) চরাংঙা, (৩) তম্বাং, (৪) জোংলাম্মা, (৫) লংখক্লা, (৬) মকুংঙা, (৭) খ্রেয়া** অমসুং **(৮) মকুংতনতাং**। **মোরিংঙাগী** মিংদগী **মরিং** হায়বা মিং অসি লাকখি। মতুংদাদি মহাক্কী মচাশিংগী মিংশিং অদুনা শাগৈশিংগী মমিংশিং ওইখি। মীতৈগী যেক-সলাই তবেৎ লৈবগুম্না মরিংগীসু যেক সলাই তবেৎ লৈ। মখোয় অদুদিঃ **(১) দললা, (২) রজা, (৩) দিংথোহি, (৪) চোংদুর, (৫) মোইতক, (৬) সমলার** অমসুং **(৭) থাঙঙা**।

মরিংশিং অসি চান্দেল, সেনাপতি, উখ্রুল, অমদি ইম্ফাল ডিষ্ট্রিক্টশিংদা লৈ। মরিংগী লৈঙাক বিচাব নুংঙাইনবা হাযদুনা খুল অনী/অহুমগী ওইনা চীংশাংলাকপা হাযদুনা চীংশাং অদুগী মকোক-মক খল্লম্মী। খুল্লাকপা, মন্ত্রি, মীতৈলম্লুনচিংবা ফমশিং থম্মি। ফম্নাইবশিংগী যুমদা পাখঙ লৈশাশিংগী ফানশিং তোঙান-তোঙান লৈ। লৈশাশিংগী ফান্দা পাখঙশিং চঙহন্দে। পাখঙ অমগা লৈশা অমগা নুংশিনববদি পাখঙ-লৈশা অনী অদু লৌন-লৈনগনি, অদুগা নুপী

ময়ুমদা অনালশিংগুম চহি অহুম য়াওং ইন্দুনা লৈগনি। মমাগী খোম থকপগী মমল পীরবদি য়াওং ইন্দ্রবসু য়ানরম্মী।

মরিংশিংনা ঈমুং-মনুংগী ওইনা (১) **শুংলাই** (যাত্রা) অমসুং (২) **চোপচো** হায়বা লাই মখল অনীদু লাংলম্মী, অদুগা মপান্দনা খুল খুলদুবু কোল্লিবা লাইশিংবু লাংলম্মী। মীতৈশিংনসু ঈমুংগী লাইশিং অমদি মপানগী ওইবা খুলগী লাইশিং লাংনৈ। খুদম ওইনা হায়রবদা ফুনাল মরিংগী খুঞ্জাশিংনা **ফুনাল নিংথৌবু** লাংলি। ক্বারোক মরিংশিংনা মখোয়গী লমবু কোল্লিবা **ক্বারোক মহাদেববু** লাংলি। মীতৈনসু ক্বারোক মহাদেব খুরুম্বা চংনৈ। মরিংশিংগী খুনয়ায়দা লৈবা **লাহমাল** কৌবা লাইবু অশি-অনা ঙাকথোক্লবা লাই ওইনা লাংলি।

লমলোং খুরাইদা মীতৈশিংনা খুন্দাদ্রিঙৈদা মরিংশিংনা খুন্দারম্মী, অদুবু মতুংদদি চান্দেল জিলাগী লমলোং খুল্লেন্দা হোংখি। অদুগী মতুংদা হৌজিক্তি বর্মাগা ভারতকা তাইনফমদা অতোপ্পা লমলোং খুনৌ হায়বা অমসু লৈরে।

মরিংগা মীতৈগা মরী শম্নদুনা লাকখিবসি মতম কুইরে। হৌজিফাওবা মীতৈগা মরিংগা মরী য়াম্না নকনৈ হায়দুনা ব্রাহ্মী কয়া লীনরি। মীতৈগা মরিংগা লৌন-লৈনদুনা লৈনখিবা অমদি মীতৈনা মরিং ওইখিবা মরিংনা মীতৈ ওইখিবা কয়ানি, অদুগা খৃঃ ১৯৭০ অদুব্রাইদগীদি অমুক হেন্না মীতৈ নুপানা মরিং নিঙ্গোন অদুগা মরিং নুপানা মীতৈ নিঙ্গোন লৌদুনা লৈনখ্রে। ব্রাহৈ-ব্রাতাদা, পোৎকী মমিংশিংদা, চীঞ্জাকশিংদা, লাইনীং-লাইশোন্নচিংবদা মরিংগা মীতৈগা হৌজিকফাওবা খবমখৈদি মান্নদুনা লৈরি। মরম অদুনা কাঙলুপ অনী অসি মীহৌরোন্দগী হৌদুনা য়াম্না নক্লবা মরী অমা লৈনরকই। ❀

## *১৫। অনালগা মীতৈগা লৈনরকপা মরী*

অনালসু অতৈ অতোপ্পা ফুরূপশিংগুম্না **খোলদগী** (লৈখুন্দগী) থোরকখি হায়না থাজনরি। হ্যালে তুরেলগী মরুদা লৈবা **খুরচা** হায়না খঙনবা লৈখুন

অমদগী মখোয়না থোরকখিবনি হায়দুনা থায়নদগী মথং-মথং ৱারী লীনরক্লি। লৈখুন অদুগী থোরকফমদা **কোরকম** হায়না কৌবা হিংচাবা কৈজাও অমনা লৈখুন্দুদগী থোরকপা মীশিং চাগদবগী ঙাইদুনা লৈরম্মী। লৈখুন অদুদগী থোরকপা মী খরদি কৈজাও অদুনা হান্না চাপ্পবনি। কৈজাও অদুনা চাখিনি কিবদগী মখোয়না মপান্দা থোক্লকপা ঙমদবমখৈ লৈখুন মনুংদা লৈরম্মী। অদুবু **হান্সু** অমসুং **হান্থা** হায়না কৌবা অথৌবা অনীখক মখোয়গী মরক্তা য়াওরম্মী। মখোয় অনী অদুদি লাইগী ওইবা মতীক-মগুণ চেল্লম্মী। মখোয়দি শা-লান্দা শিবা কিদবদা নত্তনা বুদ্ধি-লৌশিংসু য়াম্না লৈরম্মী। মরম অদুনা মখোয়না হিংচাবা কৈজাও অদু হাৎননবা থৌরাং তৌরকখি।

নোংমদি অথৌবা অনী অদুনা উচেক (উরীৎ) ময়াম অমা খোল্লগা হিংচাবা কৈজাও অদুগী মমীৎ-মমায়নচিংবদা পাইশিন্দুনা পূময়োম য়োমশিনবীয়ু হায়না মখোয়দা হায়জরম্মী। চানীং-চানীংবা লৌবুক্কী মহয়-মরোংশিং লেম্না চাবা য়াগনি হায়বগী য়ানবা অমগী মখাদা উচেকশিং অদুনা কৈজাও অদুদা পাইশিন্দুনা মমীৎ-মমায় হেক খওদবমখৈ য়োমশিল্লম্মী, অদুগা মতম খরগী ওইনা কৈ অদুগী মমীৎ উহল্লমখিদে। কৈজাও অদুনা উচেক ময়াম অদুগা কন্না লাক্নরিঙৈ মতম অদুমক্তদা অথৌবা অনী অদুনা কৈজাও অদুবু হাৎখি। কৈজাও অদুবু হাৎলবা মতুংদদি লৈখুন্দুদা লৈরম্বা মী পূম্নমক্না মপান্দা নীংখাতম্না থোরকখি। মখোয় পূম্নমক কৈনা চারমগদবদগী নাম্থোকহৌই হায়দুনা মখোয়বু **অনাল** হায়না কৌখি হায়নৈ। অদুবু **নিংথৌরেল লম্বুবগী** মতুং ইন্নদি মণিপুরগী নিংথৌ পোইরৈতোননা লৈশাবী অমা চেল্লকপা মতমদা চীংমী শারগা চীংশাং পরেং অমদা লাকখি অদুগা অনানবা (অমোৎপা) মফম অমদা নাম্থুখি। নিংথৌ অদুগী নাম্থুফম অদুবু **অনাল** হায়না কৌখিবনি হায়রি। অতোপ্পা চীংমীশিংগা চাংদম্নবদা মখোয়না নানবা হেল্লি হায়দুনা মীতৈশিংনা মখোয়বু **অনাল** হায়না কৌখিবনি হায়নসু থাজনবা যাওই। অমবু ওইরে অমবু ওইরে **অনাল** হায়বা ৱাহৈ অসি মীতৈলোলগী **নানবা** নৎত্রগা **নাম্থোকপা** হায়বদুগা মরী শোয়দনা লৈনবমগনি।

**কোরকম** কৌবা কৈ অদু হাৎখিবা মতম অদুদদি মীওইবগী পূক্নি অদু চহি লীশিং অমা ওইবম্মী। চহি লীশিং অমা পূক্নিরম্মী হায়বসে থাজবা য়াই, মরমদি

সত্য যুগতা মীগী পূন্সিসে চহি লীশিং চামা, ত্রেতা যুগতনা চহি লীশিং তবা, দ্বাপুর যুগতনা চহি লীশিং অমা, অদুগা কলি যুগ অসিদনা চহি চামাখক্তনি হায়রি। মরম অদুদগী **হাল্লু** অমসুং **হাম্ম** কৌবা অনালগী অথৌবা অনী অদুগী মতম অদু দ্বাপুর যুগকী মতমদনি হায়বা তাকই।

মখোয়না লৈখুন্দগী থোরক্লবা মতুং খর লৈরগা কবো তম্পাক য়ৌবকখি। অদুদগীদি মখোযবু **(১) ফীউ, (২) কনজাম** অমদি **(৩) তেহ** হায়দুনা কাওলুপ মচা মচা অহুম খোক্লা খায়দোকখি। **ফীউ** অমসুং **কনজাম** হায়বা কাওলুপ মচা মচা অনীদুদি মফম অদুদা অদুম খুন্দাদুনা লৈহৌখি। **তেহনা** মফম অদু থাদোক্লুনা লাকখি। **তেহবু সুইটে, কাটে** অমসুং **পোইটে** হায়দুনা কাওলুপ মচা মচা অহুম অমুক খোক্লা খায়দোকখি। **সুইটে** অমসুং **কাটেনা** লৈহৌবগা **পোইটেনা** অরাং পাংনা লাক্লম্মী অদুগা অসুম অসুম মমৈথংদা কবোগী **চিন-হিলস** হাযবা মফম অদুদা লাক্লগা খুন্দাখি। অদুদগীদি **পোইটে** হাযবা কাওলুপ মচা অদুবু অমুক **(১) ফালম, (২) হালকা, (৩) কমপাল্লে, (৪) লুশাই** অমসুং **(৫) পকন** হাযনা ফুরূপ মচা মচা মঙা থোক্লা অমুক পীক্লা পীক্লা খায়দোকখি।

**পকন** হাযবা ফুরূপ অদুনা **হ্মালেরাল** হাযবা মফম অদুদা লাক্লম্মী অদুগা **সিমজোল** অমসুং **তেজোলদা** চহি অমবোম খুন্দাদুনা লৈখি। অদুদগীদি মখোযনা **অতুমজোল, ইজোল, রাবজোল, অঙথিলি, পীরঙ, থালোন, কাংপিলোন** হায়বা মফমশিং অদুদা খুন্দা খুন্দাদুনা মথং-মথং লাকখি। মখোয়না **কলেম্বুংদা** মতম কুইনা নুংঙাইনা লৈখি, অদুবু **পোই** হায়না কৌবা মিজো কাঙবু অমনা মখোয়গী য়ুম-কৈ, লম্থুম, সম্পত্তি পূম্নমক মুনবীবগা লোযননা মীহাৎ মীপূনসু তৌবম্মী। মদুদা খাঙবা ঙম্লক্তদুনা মখোয়না **কলেম্বুং** থাদোকখি। মখোয়না **কলেম্বুং** হায়বা মফম অদুদগী চেল্লক্লগা **তাঙসিউং** চীংদা খুন্দাখি। মফম অদুদা লৈবদা মীশি-মীনা য়াম্না থোকখি। মরম অদুদগী মখোয়না **পুখুবুংদা** চৎলগা খুন্দাবা হৌখি। মফম অদুদা লৈরিঙৈদা **পকন** হাযবা ফুরূপ অদুবু ফুরূপ মচা মচা অহুম থোক্লা অমুক খায়দোকখি। অহানবা ফুরূপ অদুনা অনাল **খুল্লেন** য়ৌখি। অনাল **খুল্লেন** হায়বা খুল অসি অহানবা ফুরূপ অদুনা লিংখৎখিবনি। অতোপ্পা ফুরূপ অদুনা **টুয়াং** তুরেল লাল্লগা **ব্রালপা** তান্না চৎখি, অদুগা

**হ্রালপাদগী রংসোম** হায়না খঙনরম্বা হৌজিক্কা **লমফৌ চক্র** হায়না খঙনরিবা মফম অদুদা খুন্দাখি। অতোপ্পা লেমহৌরিবা ফুরূপ মচা অদুনা অসুম অসুম লাকপদা **থাংলোন্দা** য়ুংলম্বা নুঙশিং অদু হৌজিকফাওবা লৈরি। মখোয়না মোইবাং **খুংথুমদা** লাক্লগা খুন্দাখি; অদুদগীদি **মালাংহাদা** অমুক খুন্দাখি। অদুগা মথংদা **উৎকাদা** খুন্দাদুনা লৈখি। **উৎকাদগী** শন্দংখোং লাল্লগা **খুবুং চীংদা** হায়বদি **খুবুং খুল্লেন্দা** খুন্দাখি।

**অনাল খুল্লেন, লমফৌ চক্র** অমদি **খুবুং খুল্লেন** হায়বা খুল অহুম অসিদগী হৌবগা অতোপ অতোপ্পা অনালশিংগী খুলশিং লিংখৎখি। হৌজিক হৌজিক মণিপুরদা অনালগী খুল মশীঙ ১১৩ লৈ অদুগা **ম্যানমারদনা** অনালগী খুল অহুম লৈ। অনালশিংনা মণিপুরদা লৈবকপা মতম যাম্না কুইবে। মীতৈগী লাই ব্রাংব্রেলনা অনাল নিঙ্ঙোন শঙনুবু লৌবগা নুপী মযুমদা চহি অহুম যাওং ইন্দুনা লৈবন্মী।

শৃগু লাইশঙদ' ব্রাংব্রেল লাই হবাওবদা অনালশিংনা থাযনগী অনাল নুপীগী ফনেক অমসুং থোইদিংনচিংবা মহয-মবোংশিং কৎনবর্ম্মী। মীতৈশিংনা ব্রাংব্রেল হবাওবদা লাকপা অনালশিংগী ফম্ফমশিং নীংথিনা পীনবকখি। অনালশিংনা কৎলকপা পোৎশিং যাওদ্রবদি লাই হবাওবগী থৌবম অদু মপৃংফাবা ওইনবমখিদে। হৌজিক হৌজিকমক অনাল খুল্লেনগী পম্লোং মনাক্তা লাইনিংথৌ ব্রাংব্রেল অমসুং শঙনু লৈমা অনীগী লাইশঙ অমা লৈ। মখোয অনীবু মফম অদুদা লাৎনবি। লাইশঙ অদুদা লাইনিংথৌ ব্রাংব্রেলগী মহুৎ ওইবা নুঙদূম অমা অদুগা শঙনু লৈমগী মহুৎ ওইবা নুঙদূম অমা নুঙদূম অনী লৈ। মীতৈশিংনা চৈবাওবা নুমিত্তা (মীতৈগী) মফম অদুদা লাইনিংথৌ ব্রাংব্রেল অমসুং শঙনু লৈমা অনীবু খুকুম্বা চৎনৈ। অসুম্না লাইনিংথৌ ব্রাংব্রেল অমসুং শঙনু লৈমবু মীতৈ অমসুং অনালগী লাইশিং ওইনা লাৎনখি।

বাবী অমগী মতুংইন্না মীতৈ নিংথৌ খাগেম্বগা অনাল খুল্লেনগী নিংথৌ প্রহ্লাংতে বুংয়ামপাগা য়াম্না নুংশিনবা মচিম্মনাওনি হায়বি। বুংয়ামপানা ময়াম্বনি, অদুগা খাগেম্বনা মনাওনি। ময়াম্বনা চীংগী হাওব-হাওববা পোথোকশিং পুরক্লগা মনাওদা অদুগা মনাওনা তমগী হাওব-হাওববা চানবা পোথোকশিং পুরগা

ময়াম্বদা যাম্না নুংশিনা পীনরম্মী। নিংথৌ খাগেম্বনা শীজিন্নবম্বা ঈশিং থক্লবা পাত্র অমদি মঙক্তা শীবম্বা লীকশিং অনাল খুল্লেনদগী ফংই।

মীতৈ লাইনসু অনাল নিঙ্গোন লৌবম্বগী খুদম ফংলে, অদুগা মীতৈগা অনালগা অনালগা মীতৈগা লৌন-লৈনবকপগী ঈচেলসু ঈনোৎ হাপকৎলক্মি। অদুগা অনালশিংনা তমদা খুন্দাবগা মীতৈ ওনখিদুনা মীতৈ খুলশিং ওইখিবগী ৱাবী কযামুকসু লৈবি। মবম অদুনা মমাংঙৈদগী লৈবক্লবা মীতৈগা অনালগগী মবীসে থদৎনবা লাক্লবা হৌনদে।

## ১৬। *কোমগা মীতৈগগী মরী*

কোম হায়বা কাঙলুপ অসি অতৈ অতোপ্পা কাঙলুপশিংগুম কোমদগী (লৈখুন্দগী) হৌবকাখিবনি হায়নবি। কোমদগী (লৈখুন্দগী) হৌবকাখিবনি হায়দুনা মখোযবু কোম কৌখিবনিসু হায়নৈ। মখোযনা লৈখুন্দগী থোবকপা মতমদা কৈ অমনা মখোযবু হাৎলগা চাগদবগী ঙাইদুনা লৈবম্মী, অদুগা থোবক থোবকপা কোমশিংবু হাৎলগা চাবম্মী। অদুবু কৈগী মউনগুম্না মলাং মবাংবা ফি ইল্লগা **কাবোংপানা** লৈখুন অদুদগী থোবকখি, মদুগা কৈ অদুনা মহাকপু মহাক্কা শক মান্নে হায়দুনা মরূপ শান্নবম্মী। মদুগী খুদোংচাবা অদু লৌবগা **সাইচেপা** কৌবা অতোপ্পা থৌনাফবা কোম নুপা অমনা লৈখুন্দুদগী থোবক্লগা কৈ অদুবু হাৎখি। **লৈৱোনপা** কৌবা কোম নুপা অমনা অমুক কৈ অদুগী মবৈ ককথৎখি অদগা মহাক্কী খ্বাঙদা যেৎপা ফিদা যোমশিনখি। মদুদগী মহাকপু **লৈৱোনপা** হায়না কৌখিবনি। মখোযনা কৈ অদু হাৎলবা মতুংদা নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা শানৈ-যুনৈবম্মী, অদুগা নুংঙাইনা ঈশৈ শক্লুনা জগোই শাবম্মী। **কাবোংপাগা** কৈ অদুগা মরূপ শান্নখিবদুনা মবম ওইবগা কৈনা **কাবোংপাগী** চাবোন শুবোনশিংবু চাখিদে, অদুগা **কাবোংপাগী** চাবোন-শুবোনশিংনসু কৈ হাৎখিদে হায়নৈ। মদুগী মতুংদদি **(১) কাবোংলা, (২) সাইচেলা, (৩) লৈৱোন, (৪) তেল্লেন, (৫) সর্তো, (৬) লুফেং**

অমসুং (৭) মাংতে হাযদুনা মীতৈগুম্না যেক সলাই তবেৎ থোকখি। কোম অমসুং মীতৈ অনীমক্কী কাঙলুপশিংদা যেক লৌনবা যাদে হায়বসে হৌজিক ফাওবা চৎনবি। মবম অদুদগী ঐখোযনা কোমগা মীতৈগা মবী লৈনৈ হাযবা খঙবা ঙম্লে।

কোমশিংদি চীংদা হৈনবা খব ৱাৎপা মরমনা মখোযনা মীতৈগী তম্পাক্তা নক্লবা চীংযা-তমযাদনা হেন্না খুন্দাই। মখোয অযাম্বনা তম্পাক্কী লৌ উই। মখোযগী থবক্তি লৌউবা, ইংখোল কোইবা, ময়েকথোকপা ফিনচিংবা শাবনি। কোমশিংনা মণিপুবগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা খুন্দাদুনা লৈ, অদুবু পাকচাউনা খুন্দাদুনা লৈবা হাযবদুদি ওইদে। কোম হাযবা কাঙলুপ অসিদি ঈশে শকপা অমদি শাদানবা পাম্বনি। মী অমতনা শা ১০০গা হাৎপা ঙম্লবদি মহাক্কী মোংফমদা নীংশিং নুংশ যুংনবম্মী।

মখোযনা মীতৈশিংগা নক্লবা অমদি মীতৈশিংগী মবক্তা মমাংঙৈদগী হৌনা লৈবকখি। নুপী হাযন শীংনবগী থবকসু মীতৈদৌনা নুপাগী মমা-মপানা তৌনৈ। নুপী মপামদা চহি অহুম যাওং ইনগদবনি হাযবা চৎনবী অদুসু লৈবম্মী। লৌ লিংবদা, লৌ খাওবদা, লৌ-য়েবদা অমদি ঈমুং অমগী থৌবম অমা থোকপদা কোমগীসু মীতৈগীসু খুৎলং-চৎপা চৎনৈ। অমগা অমগা নুংঙাইনা, নুংশিননা, হবাও-ত াম্না অমদি পূকচেল-খোযজেল তিন্ননা মতেং পাংনৈ। থকসি-খাসিগী ফজখ্রবা পূঙ্গি খুৎলেন অমসু কাঙলুপ অসিনা লেল্লি। কুচ্ কুমেন, চাবৌ মৌবৌনবা, যাহিপ-চাকচা অমসুং চৎনবোন্দা কাঙলুপ অনী অসি অয়াম্বনা মাম্লৈ।

কোমশিং অসি মমাংঙৈদা যাদু মন্ত্র যাম্না হৈবম্মী। মখোযনা লৈখুন্দগী থোবক্তুনা মালেমথক্তা খুন্দাববা মতুংদা লৈশাবী অমনা মপুবোইবা মশক খঙদনা **সেল্লেক** কৌবা মচানুপা অমা পোকখি। **সেল্লেক্তা খোইচুং তেপুগী** মচানুপী লৌবগা **ৱোনশোন** (ৱোনলুং) অমসুং **ৱোনখুপ** কৌবা মচানুপা অনীখক পোকখি। **সেল্লেক্তা** অশিবা মীবু হিংগৎহনবা ঙম্লম্মী। মহাক্তা মহাক্কী মচানুপা অমা শিবা মতমদা হিংগৎহনবা নংহৌদদুনা **তুইথিমরাং** (বৈতবনী) তুবেল মপান্দা মচাগী থবায ফাদুনা হিংগৎহন্নবা ঙাইদুনা লৈবম্মী। মহাক্তা মচানুপাগী

থৱায় ফাববা মতমদা মচাগী থৱাযনা মঙোন্দা হায়বকখিঃ *বাবা! ঐগী হন্দকপোক্কী পূক্লিদি লোইরে, ঈপানা ঐবু তিংগৎহনবা ঙম্লবোই; অদুমকপু ঐনা ঈমাগী গর্ভদা অমুক হঞ্জিল্লগা নুপামচা অমা ওইনা পোক্লক্কে অদুগা নুপামচা অদুগী মমিং অদু* ***রেঙম (রালঙম)*** *হায়না থোনবীয়ু।* মদুগী মতুংইন্না **সেল্লেক্লা** অনৌবা মচানুপা অমা ফংজখি, অদুগা মহাক্কী মমিংসু **রেঙম** হায়না থোনখি।

**রেঙমনা পাখঙ ফাবক্লবা মতমদা নুপী অমা লুহোংদুনা লৌবম্মী**, অদুগা মচানুপী অমা পোকখি। মচানুপী অদুগী মমিং থোনবগী থৌবম পাংথোক্লবগীদমক্তা **বেঙমনা** উমংদা শাতানবা চৎলম্মী। মহাক্লা উমংদা লাইনা মাযা তৌনগা ওনবা **বাংশাই** হাযনা কৌবা কৈ অমা থেংনবম্মী, অদুগা কৈ অদু মহাক্কী নুংশিববা মরূপ অমা ওইবকখি। মখোয অনীনা শা তানবদা শজন মঙ খাখ অফাবা শাশি, অদুগী শদূর্মশিং অদুবু **বেঙমনা** পুবদা পাদনবা হাযদুনা মহাক্কী মরূপ লাই-কৈ অদুনা উতোং অমদা মন্ত্র শোল্লগা হাপাচনবীবম্মী। লাই কৈ অদুনা মন্ত্র অদু **বেঙমদা** তম্বীবম্মী। মন্ত্র অদুগী মতেঙনা **বেঙমনা** চেলহাউবা (লা মখল অমা) মীপোৎ মবিবোম উতোং অমদা হাপচিনবদা হকোম-কোমনা থোকখি। **বেঙমনা** শদূর্মশিং অমদি লাশিং অদু মযুমদা পুবক্লগা মচানুপীগা মামং থোনখি। **রাংশাইনা বেঙমগীদমক** শদূমশিং অদু উতোং অমদা থাপুনা মপোৎ শেম্লীখি হাযবগীদমক্তা মন্ত্র অদুগী মমিং **পোৎশেম যাইকাপ** হায়। কৌখি। মদুগী মন্ত্র অদুবু শীজিন্নখিবা মীশিংবু মীতৈ অমসুং কোমশিংনা কিনখি। **বেঙমনা** অশিবা মীবু মপাগুম্না হিংগৎহনবা ঙম্লম্মী হাযনা থাজনৈ। অদুগা মহাক্লা **শুৱাই-ফৈনু** হাযনা কৌবী লাইবেম্বী অদুগা মতৈ মনাওগুম্না লৈমিন্নখি। লাইবেম্বী অদুনা মঙোন্দা অদুগুম্না অবোনবা মবী অদুবু কনামতদা হাযদোক্কনু হাযদুনা কন্না পাউমেনখি। অদুবু **বেঙমনা** মিংচৎ পাম্বদগী লাইবেম্বীবু মহাক্কী নুপী ওইনা লৌবা ঙমই হাযনা মী খবদা হাযদোকখি। মবম অদুদগী মহাক লাইবেম্বী অদুগী মখুত্তা মথৱায মাঙখি।

কোমশিংনা খৃষ্টিযান ওনখিদ্রিঙৈগী মমাংদা লাইবেল লাইবু লাৎলম্মী। খৃষ্ট পোক্লিঙৈগী চহি ৫০০ বোমগী মমাংদা কোম লৈশাবীশিংগী মবক্তগী **চোঙনু** কৌবী অমগা লাইবেল লাইগা নুংশিনবম্মী হাযনা থাজনৈ। থাযনা কোমশিংনা যেক্লবা

কাঙবুদা লান্দাবা চৎপদা ঈশিং চাউবদগী তুরেল লানবা ঙম্লমখিদে, অদুবু লাইরেল-লাই অদুনা উতৃপ ওল্লগা মখোয়বু তুরেলগী ৱাংমা য়ৌনবা লাম্থোকপীখি। মখোয়গী লুচিংবা নুপা অদুগী মমণ্ডদা য়েক্রবা জয় তৌগে হায়রবদি মহাকপু লাৎলু হায়না লাইরেল-লাই অদুনা তাকপীবম্বদগী মহাকপু কোমশিংনা লাৎখিবনি হায়না লৌনৈ। মসিগা মান্নবা মীতৈগী ফুঙ্গা ৱারীদসু য়াওরি।

মখোয়না স্বর্গ অমসুং নরক্কী ৱাখল খল্লি। হকচাঙনা শিরবসু আত্মাদি শিদে হায়বসি মখোয়না থাজে। ঈশ্বরনা ধর্ম্ম লৈবা অফবা মীশিংগীদমক্তা স্বর্গ শেম্বীবনি অদুগা ধর্ম্ম লৈতবা ফত্তবা মীশিংগীদমক্তা নরক শেম্বীবনি হায়বসিমসু মখোয়না য়াম্না কন্না থাজে। পাপ তৌরবাদ পাপকী চৈরাক ফংগনি হায়দুনা কোমশিংগী পৃক্লিংদা অকিবা ফাওই। মরম অদুনা মখোয়না হৌজিক্কী মতমগী ঈবাংদা য়াওদে।

কোমশিংনা মণিপুরদা লৈরিবা কাঙলুপ খুদীংমক্কী য়াইফনবা খল্লি। জার্ম্মান লান্দা ব্রিটিশ সরকারবু মতেং পাংনবা হায়দুনা মণিপুবনা পোৎ পুথোক-পুশিন তৌনবা কুলি ২০০০ ফ্রান্সতা থাবা তাখি। মণিপুরগী প্রজাশিংনা জার্ম্মান লান্দবু চৎপু চৎলবদি য়ুমদা হল্লক্লবোই শিখ্রনি হায়না খন্নবম্বা মতম অদুদা থৌনা ফরবা শ্রী ⁄তেব কিলোং (কারোং) কোমনা স্যার চুবাচান্দ মহারাজগী য়াথং মতুংইল্লগা মীকোক ৫০০না শাবা **লেবর কোম্পনিগী** লুচিংবা ওইদুনা মণিপুরগী মায়ঙাকপা ওইনা ফ্রান্সতা মথৱায় থাবা কিদবমখৈ চৎলম্মী। মখোয়না চহি অমখক্তগী ওইনা পোৎ-পুথোক-পুশিনগী থবক তৌগদবা ওইরম্মী। মখোয়গী থবক লোইববা মতুংদা শ্রী ⁄তেব কিলোং কোমনা মী তৰাগা লোয়ননা লণ্ডণদা চত্তুনা নিংথৌ জোর্জ ফাইভ উনখি। ব্রিটিশকীদমক্তা মথৱায় থাগে হাযদুনা মণিপুরগী মীশিংনা ফ্রান্সতা লাকপা অদুদা নিংথৌরেল জোর্জ ফাইভনা পেল্লদুনা চুবাচান্দ মহাবাজদা কেঃ সিঃ এসঃ আইঃ সিঃ বিঃ ঈঃ হায়বা উপাধি অদু পীখি। উপাধি পীৱগী চে অদুবু ⁄তেব কিলোং কোমনা লণ্ডণদগী মণিপুরদা পুরক্লগা মণিপুবগী অঙম-অথৌশিং অমদি মীচম প্রজাশিংগী মমাংদা পাথোক্তুনা নুংঙাইবা পাউ অদুবু মীয়ামদা খঙহনখি। মতম অদুদগী হৌদুনা মণিপুবগী মহারাজনা ⁄তেব কিলোংবু মণিপুবগী অখন্নবা মীশক অমা ওইনা লৌখি।

মতৌ অসুম তৌদুনা কোমগা মীতৈগা খুল্লোন-কৈবোন্নবগা নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নবকপগী অমসুং থবক তৌমিন্নবকপগী ফজপ্পবা ঈচেল অমাদি লেপ্তুনা চেল্লক্লি। খুলগী হৰাও-কুম্মৈনচিংবদা পাউ পীনদুনা চামিন-থকমিন্নবা অমদি খুদোলপোৎ পীনবনচিংবা অসি মমাংঙৈদগী হৌনা তৌনদুনা লাক্লি। হৌজিক্কী মতম অসিদা কোমগা মীতৈগগী লাইনীং লাইশোল, চৎনবী অমদি থাজনবা খবমখৈ তোঙান তোঙান লৈজববসু অমগা অমগা তোখায তানীংবগী রাখল্লোন লৈত্রি। ঐখোয পূম্নমক্না অমনা অমবু শকখঙ-মাযখঙনবগা লোযননা ঐখোযগী হৌবকফম অমসুং অপূনবা শক্তমবু নীংথিনা খঙবা দবকাব ওই। মসিদসু নত্তনা ধর্ম্মগী অখুবা মীৎযেং অমদি অচৌ-পীশক্কী বাখল থম্নদনা অমগা-অমগা চাবৌ মৌবৌনদুনা অদুগা অচান মীবান নাইদনা নুংশ-চান্ননা লৈমিন্নববদি ঐখোয পূম্নমক্কী ওইনা য়াইফগনি।

## ১৭। তাংখুলগা মীতৈগগী মরী

তাংখুল হাযবা কাঙলুপ অসিসু **শমশোক** লৈখুন্দগী থোবকপনি হাযনা লৌনবি। লৈনুংদগী হান্না থোকখিবা মী মখৈ কৈনা ফাদুনা চাখিবন্মী। মতৌ অসুম তৌনা মপান্দা থোকখি-থোকখিবা মীশিং অদুনা অমুক লৈখুন্দা চঙলক্রুবদা লৈখুন্দুদা লৈহৌবা মীশিংনা কিদুনা মপান্দা থোক্লবকখিদে। মখোয়গী মবক্তগী থৌনা ফবা নুপা অমনা তেন অমা পাযবগা মপান্দা থোকখি অদুগা কৈ অদুবু তেন্না কাপ্তুনা হাৎখি। কৈ শিখ্রবা মতুংদা লৈখুন্দগী মী খুদীংমক থোবকখি। মখোযনা লৈখুন্দগী থোবকপা মতমদা মখোযবু লুচিংবীবা অথৌবা অদুবু পোবগা অমদি মাঙদা তেন পাযবা নুপা অমা চৎহল্লগা থোবকখি। লুচিংবা অদুবু পোবগা মপান্দা থোক্লকখি হাযবগীদমক্তা মহাক্কী মমিং **ফোংশোক** হাযনা কৌখি। মখোযনা লৈখুন্দগী থোক্লকখিবা মতমদা মখোযগী থোক্লকফম **শমশোক** অদুবু কোনুং অমনি হাযনা শৈথাবগা ঈশৈ শকখি। মদুনা মবম ওইবগা মখোযবু **শমশোক** কোনুংদগী লাকখিবনি হাযনা খঙনখি।

**ফোংশোককী** মচিন্মনাও অহুম লৈবন্মী। মখোয় অদুদিঃ **কৈফুৎ, ঙায়াফুৎ** অমদি **লৈফুং**নি। মখোয মচিন্মনাও অহুম অদুগী ৱাখল তিন্নবকখিদে। অহলনা মণিপুবগী চীংখৈ পাংনা চৎখি, য়াইমনা অৱাং পাংনা চৎখি, অদুগা অতোনবা মনাওনুপা অদুনা তম্পাক্তা কুমখি। চীংখৈ পাংনা চৎখিবা অদুনা মহাক্না চৎখিবা লম্বী অদু খঙননবা হাযদুনা লফু পাম্বীশিং য়াল্লগা খুদম থল্লন্মী, অদুগা অৱাং পাংনা চৎখিবা য়াইমা অদুনা হৈমাং পাম্বীশিং যাল্লগা মহাক্না চৎখিবা লম্বী খঙননবা খুদম থল্লন্মী। কোন্না লাকপা মীশিংনা চীংখৈ পাংনা চৎখিবা মযাম্বা অদু থিবকপদা য়াম্লোকখিবা লফু পাম্বীশিং অদুদি থুনা মযোল চোংলম্বনা মবম ওইবগা লম্বী মাঙখি, লম্বী লম্মুক্লখি। মবম অদুনা মানা মানা যৌবা লমশিংদা খুলশিং শেম্লদুনা পান্নখি। অদুদগীদি তাংখুলশিং অদু লৈফম খেন্নবগী মতুংইন্না লোলসু খব খব খেননখি। মবম অদুদগীনি উখ্রুল লোন্না তাংখুল মযামগী খঙনবা লোল ওইনা শীজিন্নখিবসি। মচিন্মনাও অহুমগী অতোনবা অদুদি তম্পাক্তা মীতৈ ওইনা পানখিবনা হৌজিকফাওবা মীতৈশিংনা লাই হবাওবদা তাংখুলগী ফিজেৎ শেত্তুনা লাইমাংদা জগোই শানবি।

ৱাফম অমনা মমাংঙৈদগী হৌদুনা থাঙ্গাল, তাংখুল অমসুং মীতৈ হাযবা মচিন্মনাও অহুম অসি কংলৈপাক অসিদা লৈবকখি। মযাম্বা খ্বাইদগী অহল থাঙ্গালনা মাওদা খুন্দাখি অদুগা মনাও অনী অদুনা মাওদগী **খোঙতৈদা, খোঙতৈদগী কচাইদা, কচাইদগী ফুংথমদা** অদুগা অবোইবদা **তাংখুল হুন্দুংদা** খুন্দাখি। মনাও অতোনবা মীতৈনা মখা পাংনা কুমথবগা মহাক্কী লুনা তৌজবা ওকপী অদু থিবা লাকখি অদুগা হৌজিক্কা যাইগুংপোকপী কৌনবিবা **ওকনাওপোকপীদা** মহাক্কী ওকপীদুনা মচাশিং পোক্কুনা যাম্না নুংঙাইনা লৈবম্বা থেংনখি। অদুদগীদি মহাক্না মফম অদুদা খুন্দাখি।

মণিপুবদা লৈবিবা চীংমী তম্মী অনী অসি মমাংঙৈদগী লৈবক্লবা অপূনবা শক্তম অমনি। তাংখুলশিংনা খৃষ্টিযান ওইন্দ্রিঙৈগী মমাংদা যুমলাই সনামহী লাৎনবন্মী অদুগা উমংলাই লাত্তুনা চহি অমগী কালেন হবাওবা পাঙথোক্লন্মী। তাংখুল অমসুং মীতৈ হাযবা কাঙলুপ অনী অসি মচিন্মনাওনি হাযবগী খুদম কয়ামুক লৈখ্রে। খুদম অমা ওইনা হাযববদা মযাম্বা তাংখুলগা মনাও মীতৈগা

কায়নবমদাইদা লৈরুমফি খুদোল তমখিবদু মতম পুম্নমক্কী ওইনা কাউবা য়াদনা অদুম লৈহৌবগদবা খুদোল অমনি। তাংখুল অমদি মীতৈগী লুহোংবদা লৈরুমফি যাওদবা যাবমখিদে। অদুগা তাংখুলশিংনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম্ম লৌখিবদগী উমংলাই লাৎপা থাদোকখ্রবসু তমদা লৈবিবা মনাও মীতৈশিংনদি লাইহবাওবদা তাংখুল হাওবা শাবা য়াওদ্রবদি হবাওবা অদু লোইশিনবা য়াদে হায়বসিনা তাংখুলগা মীতৈগগী নকসিন্নবা মরী অদু তাকই। মখোয অনী মচিন্মনাওনি।

তাংখুলগী মপা-মপুশিংনা চীংদগী কুম্লক্লগা তম্পাক্তা খুন্দাখিবা কয়ানি। তাংখুলশিংনা মীতৈ ওনখিবসু কযানি। মোইবাংখোমদা তাংখুলশিংনা নুঙ যুংলম্মী। নুঙ অদু হৌজিক ফাওবা নীংথিনা থম্লি। অদুগা নুঙ অমনা মিউজিযম বোডকী ইম্ফাল ট্রেঝরি ওফিস মনাক্তা যুংলম্মী, অদুগা মদুদি ফুক্তোক্তুনা মাঙহনখ্রে। নুঙশিং অদু য়ুংলম্বদুনা মখোয়না খুন্দাবম্মী হাযবা তাকই।

ইংশোক ১৭৪০গী অদুৱাইদা কাচিদগী ৱোংহৈ তাংখুল কৌবা নুপা অমা তম্পাক্তা খুন্দাবা লাকখি হায়নৈ। মীতৈশিংনা মহাকপু ৱাংখৈ হায়না কৌখি হায়। হৌজিক্কি বাংখৈবাকপম অমসুং ৱাংখৈদা লৈবিবা মী খবদি মহাক্কী চাবোন-শুবোনশিংনি হায়বি। মতম অমদা শঞ্জেম্বোং মনাক্তসু তাংখুলশিং তাবম্মী। তাংখুল যুম্ফম মনাক্তা পুবৈবোম্বা লৈবম্মী। পামহৈবনা হিন্দু ধর্ম্ম শন্দোক্লকখিবা মতমদা হিন্দু ধর্ম্ম চৎলু হাযবা যাদবমখৈবু লোই থাবম্মী, মবর্মদি মখোযনা যু থক্কনু শা চাগনু হাযবা যাখিদে। পুবৈবোম্বনা মহাক্কী খুঞ্জাশিংগা লোযননা অন্দ্রোদা চৎখি অদুগা তাংখুলশিং অদুনা উখ্রুল জিলাগী নোংমন খুন্দা হোংখি। শওমবুং হাযবা খুল অসিদসু অহানবদা তাংখুলশিংনা খুন্দাবম্মী। খুল অসিগী অশেঙবা মমিংদি তাংখুলশিংনা শৈহোমফুং হাযনা কৌবম্মী মবমাদ মফম অসি ষণ-ইবোই শজিক পীজবদা খুদোং যাম্না চাবম্মী।

মীতৈ নিংথৌশিংনা তাংখুল নিঙ্গোনশিং লৌবগা নিংথৌগী লৈমা ওইনা কোনুংদা পুবকখিবা যাম্না য়াওখি। উখ্রুল জিলাগী তাকুং অমসুং হালাংগগী মবক্তা লৈবা **চামফুং** খুলগী খুল্লাকপগী মশক মতৌ যাম্না ফজখ্রবী **য়াওজলা** হাযনা কৌবী মচানুপী অমা লৈবম্মী। **য়াওজলা**গী ফজখ্রবা মশক অদুবু যেংনীংদুনা মীতৈ নিংথৌনা **চামফুং** খুন্দা লাকখি। অদুগা মীতৈ নিংথৌনা মহাকপু লৈমা

ওইনা পুবকখি। কংলা কোনুংদা য়ৌববা মতমদা মহাক্কী মমিং অদু **য়াওজলাদগী চীংথংলেম্বী** ওনখি। মহাক্কী মচানুপানা মীতৈ নিংথৌ ওইখি। অদুগা অমুকসু শীংকাপ অমসুং শীংথামবৌ খুলগী মবক্তা লৈবা **মপিথেলগী** চীংখোঙদা **কোইরিলেংগী** থোইদোক হেন্দোক্লা ফজখ্রবী **লুইয়িলা** হায়না কৌবী মচানুপী অমসু লৈবম্মী। মহাক মশক-মতৌ ফজবতা নত্তনা মহাক্কী মশম অদু অদুক্কী মতীক শাংলম্মী মদুদি মহাক্লা ফি-শাবা মতমদা মাগী মখ্বাংদগী চোম্থবকপা মশমশিং অদুদা ফল্লগা ফি শাবম্মী। মহাকপুসু মীতৈ নিংথৌনা লৌখি মদুগা মচানুপানা নিংথৌ খুত্তম ফংখি।

তাংখুল নুপাশিংনা মীতৈ নুপীশিং কয়াসু লৌনখি, হৌজিকসু লৌনবি। খুদম অমা ওইনা হায়ববদা **লেঙচান থীংগুম** হায়বা তাংখুল নুপা অদু যাম্না মমিং চৎলবা অমদি থৌনা যাম্না ফববা মীতৈ নিংথৌগী লাম্মী অমা ওইখি। মহাক **চমফুং** খুলদা লৈবা **ঈপাওশানগী** মচানুপা ওইবম্মী। মহাক্লা মরা লান্দা যাম্না থৌনাফনা লাল শোক্লখি অদুগা মহাক্কী মপান্না মীতৈ নিংথৌগী মায়পাকপা হায়বদু ওইখি। মহাক্লা মীতৈ নিংথৌগী লাম্মীশিংগী মনুংদা অফাওবা লাম্মী অমা ওইখি। মহাক্লা মীতৈ নিঙ্গোন অমা লৌবগা মীতৈ মবক্তা মীতৈগুম লৈখি। মহাক্লা মহাকপু নীংশিংনবা **চীংঙাবেন্দা** উয়ুং পাম্বী ময়াম অমা থাবম্মী।

হৌজিক্তি মীতৈনী ময়াম্বা তাংখুলনা নাগানি হায়খ্রে। হায়নীংবা অমা অমা হায়জববসু তাংখুলদি ঃ খুলনি, মীতৈগা মচিম্মনাওনি। মমিংদি ওইনীংবা অমা হেক্তা ওইজসনু হিংবদদি থম্মোযদা অমতা ওইনা হিংমিন্নসি। ধর্ম্মদি হোংবা যাই জাতিদি হোংনদে। মসিগা অচুম অবান থিদোকমিন্নবা ফৈ। ❀

## ১৮। *মরামগা মীতৈগগী মরী*

মবামগী মীহৌবোলগী ব্রাবীদা তাইবঙ মপুনা **ন'সেট** হায়না কৌবা তীল অমবু ইবংঙো মহাক্লা মখুৎ য়েৎনা পায়বগা মী ওল্লু হায়দুনা লৈবাক্তা হুন্দোকখিবা মতমদা মী ওনখি। মী অদু নুপা ওইখি অদুগা মহাক্কী মমিংনা

**মদোংকাসি** হায়না কৌখি। অদুদগীদি **ইবুংঙো** মহাক্না **অটিংপুই** হায়না কৌবী ঈশিংদা লৈবী তীল অমমুক মখুৎ ওয়না পায়রগা কংফান্দা মী ওল্লু হায়দুনা হুন্দোকখিবদা নুপী ওনখি। মহাক্কী মমিংবুনা **শমুতিং দাংপুই** হায়না কৌখি। মখোয় অনী লৌন-লৈনদুনা মচানুপা অনী পোকখি। মচানুপা অহলনা **রাবা** অদুগা মচানুপা অতোনবনা **ডিবা** হায়না কৌবম্মী।

তাইবঙ মপুনা মী শেমখ্রবা মতুংদা মীগী মীশীঙ অসি অসুম অসুম য়ামখৎলকখি অদুগা **মাখেংদা** (মাও) পূন্না লৈমিন্নবম্মী। মতম অদুদা চীংমী-তম্মী হাযদুনা কাঙলুপ অনী থোক্না খাযদোক্লমখিদে। মতম খর মফম অদুদা পূন্না লৈমিন্নবম্লগা কাঙবু কাঙবু নাইনা মাযকৈ তোঙান-তোঙানবদা চৎনখি। **টিংফিমারাবা** হাযবা নুপা অদুগা **মকিখঙবা** হায়বা নুপা অদুগা মখোয অনী অদুদি মখা মায়কৈবোমদা তৈমাং পান্নীশিং য়াল্ল-য়াল্লগা লন্নীদা মখোয চৎখিবগী খুদম ওইনা য়ুংদুনা থল্লম্লগা চৎখি। মখোয় অনীনা হৌজিক্কী মবামগী লম **নাগোংকুইদা** চহি খব লৈমিন্নবম্মী। মখোয অনীনা মফম অদুদা খুল পার্নখিবগী ঈশৈঃ

*Nadou Saraanadou*
*Nadou Apounii Nagongkui-sii*
*Tomkarai Tomkapat-nai*
*Tomkarai-nai ?*
*Apounii, Siikang-pui*
*Sangii Bairi-Sii*
*Ruiliit-nii*
*Sii Ruiliit Nadouduito ?*

ঈশৈ অসি থায়না মরামগী মপা-মপুশিংনা খুল হেক হেক তাবা মতমদুদা শর্কখিবনি।

**নাগোংকুইদা** চহি খর মচিম্মনাও লৈমিন্নববা মতুংদা **মকিখঙবনা** ময়াম্বা **টিংফিমারাববু** চীংদা পালহল্লম্লগা তম্পালোমদা কুমথবক্কুনা তম্পাক্তা পানখি। মচিম্মনাও অনী কায়নরমদাইদা মযাম্বনা মনাওদা অসুম্না হাযখিঃ *ঈনাও নঙনা*

*চহি খুদীংগী মেবা থাগী থাবুং নুমিৎতা তম্পাক্কগী মৈ চাউনা চাকহল্লগা মৈ হৌদুনা মৈখু বাংনা খুহল্লকউ। নযাম্বা ঐনা অৱাংবা চীংথক্কগী যেংথবকপদা মৈখু অদু উরবদি ঈনাও শিদ্রি হাযনা খঙগে।* মৈখু অসি যুম যাম্লকপগী মতুংইন্না যুম খুদীংদা মৈখু য়াম্না খুনবকাখি। মমৈথংদদি যুম নৎত্রগা যুম্নাক য়াম্মনখিবদগী মৈখু খুহং বা খুদোংচাবক্কদুনা **মেবা-হৌ-চোংবা** কুম্মেদা ওন্তোকখি।

মবামগা মীতৈগা মমাংঙৈদগী হৌদুনা থাদোক্লবা য়াদবা মবী অমা অদুম লৈবকখি। অৱা লালগী মতমদসু মী তৈ অযাম্বনা মবাম খুন্দা চঙজফম লৌখি। মীতৈশিংনা টুমুয়োন খল্লেন যৌনা চেনখি অদগা মীতৈ নুপী অযাম্বদি অঙম্বা চিংশাং নাপোমদা ওন্থখি, অদুগা মীতৈ নুপী তাফম চীং *(Makimeipwi Nluizang)* হাযবা মফম অদুদা ওন্থদনা শিনখি। অশোকপা নুপী মযাম অমদি মবাম খুঙ্গাশিংনা মযুম মযমদা পুশল্লগা লাযবেংবাবন্মা। মীতৈ নুপা নবদি নবাম নুপশিংনা লৌখি। মবামশিংগা মবক্কগী পাউ **কাংশাবাহ** কৌবা মবাম পাখঙ অমনা মীতৈ নুপা অমা লৌখি। মবামশিংনা মীতৈ নুপী অদুবু বিবী হায়না কৌবিন্মা। মখোয় অনীগী মচা তরেৎ পাকখি, অদুবু মপানা শাবা মতুংদা চহি খব মবামদা লৈবল্লগা মমানে মচাশিংনে তম্পাক্ত কুমথবকখি। মখোযনা চীংদা অমুক হনখিদ্রে। মচা তরেৎ অদুগী খাইদগী মহল অদুনা **খম্বা** হাযনা কৌখি। মবামগী বাবাদা হাওবম শাগোল মবামগা ঈ মবা লৈনে হাযনে।

মতম অমদা মীতৈশিংবু মবাম **নুংশেকপানা** মবামগা চংগাই অমদি খৌছাবোল তম্লখি। খৌছাবোল অদুদা লাইগা মীগা শম্নাবগীদা লাইদগী তনাখিবা খৌছাবোল। নুংশেকপাগী অশেঙবা মিংদি মবাম **নমশাকপা** হাযনা কৌখিবনি। মদুনা তাকপদি মবামগা মীতৈগা মবী যাম্না নকাসন্নবন্মী হাযবনি।

মবামগা নাবা অমা লৈ। মবাম খুল্লেন্দা তম্পাক্কগী চাহি ৮/৯ বোম শুববা নুপামচা অমনা চাকনিবা শাবগা লাকখি। মবাম নংথৌনা মহাকপু মচানুপ অমা ওহনা যোকখি অদুগা মহাক্কী মমিংবু **বাঙবা** হায়না মবামগী মিংবু থোনবিখি নংথৌ অদুগী **মকীনৈ** হাযনা কৌবী মচানুপী অমা লৈবন্মী। মতমগী মতুংইন্না অঙাং অনী অদু চাওবঙুনা পাখঙ/লৈশা ফাবকখি।

নোংমদি মখোয় অনীনা নুংশি-নুংওনগী ৱারী শানরম্মী। **ৱাঙবনা মকীনৈদা** লৌথূপ-লৌকোয় করিমতা লৈতবমখৈ হায়রকখিঃ *নুংশিবী, ঐগী থৱায় ওইরিবী, ঐহাক কনানো হায়বদু নঙোন্দা শেংনা হায়দোক্কে। মুন্না তাউ। ঐহাক্কী ঈপন পাইখোম্বা মহারাজনা মচা অমতা পোকচদবদগী মহাক্কী মনাও ইবুংঙো তোনসেনঙম্বগী মচানুপা ঐহাকপু সনা কোনুংদা পুখত্তুনা নিংথৌ খুভম পীনবগীদমক্তা থম্বীবনি। ঐহাক্না মফম অসিদা লাক্লিবসিদি করিগুম্বা অরোনবা থবক অমা পাঙথোকলু হায়দুনা থারকপনি। ঐহাক নিংথৌ ওইরগা নহাকপু মীতৈ কোনুংদা মহারাণী ওইহনগনি।* নোংমদি **ৱাঙবনা** (চরাইরোংবা) মহাক্কী অরোনবা থবক্কী ৱা অদু হায়দোক্লবা মতুংদা **মকীনৈবু** (নুংথিনচাইবীবু) চেল্লসি হায়দুনা হায়রম্মী। মদুদা **মকীনৈনা** মহাকপু মীতৈ কোনুংদা মহারাণী ওইনা থম্বীরোই তল্লি হায়দুনা য়াখিদে। অদুবু চরাইরোংবনা স্বর্গ (লাইরৈবাক), নুমিৎ অমসুং থা পল্লগা মহাকপু কৈদৌনুংদা থাদোক্লোই অদুগা মীতৈ কোনুংগী মহারাণীসু ওইহনগনি হায়দুনা ৱাশক্লম্মী। অদুদগীদি **মকীনৈনা** য়ারক্তুনা মহাক্কী অবোনবা থবক অদুদা মতেঙসু পাংবিরগা চরাইরোংবদা চেল্লকখি। কোইরেঙ্গৈ য়ৌরকপদদি **মকীনৈবু** কোনুংদা পুশিল্লবদি লৈবাক মীয়ামগী চরাঙনবা অমা থোক্লক্কনি কিবদগী কোংনুংগী মপান্দা য়ুম অমা শারগা থমখি। মহাক্না **মকীনৈবু** কোনুংদা পুশিনগনি অদুগা মহারাণী ওইহনগনি হায়বা ৱাশক অদুমদি কায়খি।

মতম অদুদদি **মকীনৈ** মীরোন্দুনা লৈরবা মতম ওইরম্মী। চরাইরোংবনা মহাক্কী নুংশিরবী নুপী **মকীনৈবু** করিমতা ৱাগনু হায়না থেমজখি অদুগা থাঙ্গাল শুরুংগী নিংথৌ **শাগোঙদা** নীংথিনা য়েংশিনবীয়ু হায়দুনা চেকশিন্না শীন্নরম্মী। চবাইরোংবনা মহাক্কী মচানুপা অমা পোক্লবা মতুংদা মহাক্কী নুপী অমসুং মচানুপা অদুগীদমক্তা লোন্না মতম-মতমগী ওইনা চানবা চীঞ্জাক অমদি শেংন-ইন্নবা ফিরোলশিং থারম্মী। মতীক-মগুণ লৈরবা মচানুপা অদু মপা মশক খঙদনা থাঙ্গাল শুরুংদা চাউরক্তুনা চহি নীপাল শুরকখি। মতম অদুদা চরাইরোংবা নিংথৌনা মহাক্কী মচানুপা অদুবু কোনুংদা পুরক্লবা থৌরাং অমা তৌরকখি। মহাক্না **হাওমচা লোয়শঙ** হায়না খঙনবা পীতৎ-পাতৎ থম্ফম

অমা শেন্নম্মী অদুগা মদুদা মহাক্কী মচানুপা অদুবু মহাক্কী মচানুপানি হায়বা খঙহন্দনা মমা-মপা লৈজদবা অঙাং খবগা থম্মখি। মহাক্কী মচানুপা অদু লোয়শঙ অদুদা চাউবকখি।

মতম খব লৈবগা মণিপুরগী নোংচুপলোমদগী চীংমীশিংনা মহারাজগী মথক্তা লান্দাবকখি। চরাইরোংবা মহারাজ মশামক যাওনা লাল অদু শোক্লখি; অদুগা মায়পাকখি। মহাক্না লানফমদগী মায়পাক্লগা কোনুংলোমদা হল্লকপদা শগোলবন্দা হৌবা খোংনাংপাম্বী অমগী মখাদা মহাক্কী লম্মী খবগা পোত্থাবিঙৈদা মহাক্কী মথক্তা বজ্র তবক্লনা শিখি। মতম অমদা মহাক্না মকীনৈবু কৈদৌনুংদা খাদোক্লোই অদুগা মহাকপু মহারাণী ওইহনগনি হায়দুনা স্বর্গ, নুমিৎ অমসুং থা পল্লগা ব্রাশকখি, অদুগা মহাক্না শশক অদু ঙাক্লা চৎপা ঙমাখদে। মবম অদুদগী মহাক্কী মথক্তা স্বর্গদগী বজ্র থাদবগা হাৎখিবনি হায়না থাজনৈ। মকীনৈগী মশানপানা মতুংদা মীতে নিংথৌ ওইখি।

মবামগা অবাং শেকমাইগা যাম্না মরী লৈনৈ। অবাং শেকমাইদা অনৌবা চহিগী চৈবাওবদা মবাম পন্দুনা লাইশোল তোঙনা শোক্লগা ঈডাৎ-পূজা তৌনবম্মী। শাক্ত লৈবা মবামগী বব ফীনাবয়ু অদুগী মবামনা চাহি অদদসু নাংশিববা ওইসনু হায়না চাহি খুদীংগী চৈবাওবগী লাইশোন্দা শোন্নবম্মী, মবামনা নংশাবিদবাদি শেকমাইনা যাইফবোই হায়না শেকমাইনা খঙ্গখি।

শেকমাইগী মখ দ লৈবা মহারাণী হায়বা খূল অদসু মমাংঙৈদা মবাম লম্বী হায়না কৌনবম্মী। মফম অদুদা মী অমতসু তাদ্রিঙৈ মতমদা মবামশি না। চৎথোক চৎশিন তৌবম্মা লম্বী ওইবম্মী। লম্বী অদু মবামদগী থাঙ্গাল শুকং, কৌব্রু চাংখোঙ, লৈমখোং, হাওচোংনাচংবা যৌবা মকওইবা মবাম লম্বী ওইবম্মী। হাওচোংদগী লৈমখোং যৌবা লম্বী অদু অযুক অমগী লম্বী ওইবম্মী। লম্বী অদুদা মীযাম্না চৎনবম্মী।

মবামগা মীতৈগা মমাংঙৈদগী যাম্না নর্কাসিন্নবা মরী অমা লৈবকই হায়বা আস ঐখোয়না হৌজিক্তি খঙলে। মবম অদুনা শোযখিবা অমদি লানখিবা কয়া যাওনখুবস্ কাউথোক্লবগা মরী অসি অমুক হেন্না চেৎশিন্নবা হোৎনমিন্নবসি। মদুনা পূন্নমক্কী যাইফবা হায়বদু ওইগনি। ❦

## ১১। *তরাওগী হৌরকফম অমসুং খুন্দাফমশিং*

তবাও হায়বা ফুরূপ অসিসু শুকুংদগী থোবকখিবা অবিবা ফুরূপশিংগী মনুংদা অমনি। তবাওশিংনা **তুকলৈখুর** হায়না কৌবা শুকুং অমদগী মপান্দা থোবকপা মতমদা কৈ অমনা চাগদবগী ঙাইদুনা লৈবম্মী। মখোযগী মবক্তগী **টিঅঙশা** হায়না কৌবা নুপা অমবু মহাক্না শুকুংদগী মপান্দা থোকখিবদা কৈনা চাখি হায়বগী ৱাবী লৈ। মখোযগী মবক্তা **খুলপু** হায়না কৌবা অথৌবা অমা যাওবম্মী। মহাক্না শুকুং অদুগী মপু ওইবকখি। মহাক্না **মাবকীঙ** হায়না কৌবা উপাম্বী অদুগী উশানা মকোক্তা হৌবা মটীশিং মান্না শেম্লগা মহাক্কী মকোক্তা হাপ্লম্মী অদুগা শুকুং অদুগী মপান্দা থোবকখি। কৈ অদুনা মহাকপু উবদা মঙোন্দগী হেন্না শক্তি লৈবা শা অমা থোবক্লে হায়না কিদুনা চেল্লম্মী। মদুগী খুদোংচাবদু লৌবগা **খুলপুনা** কৈ অদু তান্নবগা তানা থিন্দুনা হাংখি। **খুলপুনা** কৈ অদুবু তানা থিনবদা লাও খোংলগা শিখি হায়বগীদমক্তা মখোযগী ফুরূপ অদুবু **তবাও** হায়না কৌখি হায়নৈ। অতোপ্পা হায়নবা অমসু লৈ মদুদি মখোযনা মখোযগী যেক্লবা কৈ অদু শিখবা অদুদা যাম্না নুংঙাইখি হায়বগীদমক্তা মখোযবু **তবাও** হায়না কৌখিবনিসু হায়নৈ। **তবাও** হায়বদি *নুংঙাইবা মীয়ম* হায়বনি। মতৈশিংনা মখোয অসি **হৌবিচীং** হায়না খঙনবা অদুগা মোযোনশিংনা **তাশম্বুং** হায়না খঙনবা চীং অমগী শুকুংদগী খুম্থোবকখি হায়নৈ।

**খুলপুনা** কৈ হাংলগা শুকুংদগী লৈমাযথক্তা খুম্থোবক্লবা মতুংদা তবাওশিংগী থবক পূম্নমক **খুলপুনা** হান্না তৌবগা মঙ্গল ওইগনি অদুগা অতোপ্পা মীনা হান্না থবক তৌবা যাবোই নামুংই হায়না থিংখি। লৌ শেম্বা, যুম-যাত্রা হুনবা, চাক্লৌ তংবনচিংবা থবক অযাম্বা **খুলপুনা** হান্না তৌগদবনি হায়না লেপ্লখি। থবকশিং অদু হৌজিকফাওবা **খুলপুনা** তৌনবা যাওবি। মমৈথংদদি **খুলপু** হায়বা অসি ফম অমা ওইনা অসুম অসুম চংনবকখি।

**তরাও** হায়বা ফুরূপ অসি হৌজিক-হৌজিক মকওইনা মণিপুরগী খা-নোংপোক থংবা চান্দেল জিলাগী **তরাও লাইমনাই, লৈশোকচীং, খুবিংমুল, হৈককপোকপী** অমসুং উখ্রুল জিলাগী **সনাকৈথেলদা** খুন্দাবি।

মখোয় অসি মীশীঙ য়ামদবা অমদি লৈত-লায়ববা ফুব্দপ অমনি, অদুবু হোৎনবা কনবদগী হৌজিক্তি মখোযগী মবক্তগী মশক নাইবা মীওইশিং থোরক্লি। মখোযগী থবক্তি লৌউবা, থাংশাবা, লী-ব্রাগী ফক, ফকলোং, লোং অমদি মযেক নাইবা ফিশিং শাবনি। মখোযনা শাবা ফক অমদি ফকলোং মণিপুবগী মফম অযাম্বদা ফংই। মখোযদি লী ব্রাগী খুৎশা-লোনশাদা যাম্না হৈথোই শিংথোই। সবকাবনা মখোযগী লী-ব্রাগী খুৎশা-লোনশাদা মীৎযেং চঙবিববদি মখোযগী মমিং অসি মালেমগী কৈথেলদা ফজনা লৈগনি অদুগা মখোযগী শেম্মুমগী ফীভম ফগৎলক্কনি।

তবাওশিং অসি ঈ তিন্নবমখৈগী যেক-সলাই অমমম শাই। মীতৈগী চৎনবীশম মখোযসু যেক সলাই তিন্নবা মশেল লৌন লৈনবা যাদে। মখোযগী **খুলপুইন** সলাইবু নিংথৌজা, **কাতিমশা** সলাইবু খুমন অদুগা **চানাশা** সলাইবুনা সুবাং হযনা থংনৈ। মীতৈ অমসুং তরাও অনীমক্কী ওইনা যেক সলাই তিন্নবা লৌন লৈনবা যাদে হাযবাসি হৌজিকফাওবা চৎনাব। মবম অদুদগী এখোযনা খঙবা ভম্রে মদাদি ঐখোযসে অমগা অমগা মবী লৈনবকই।

পোইবেতোন খুম্বোক পুযানা তবাও হাযবা ফুব্দপ অসি মালেমগা অবিবা ফুব্দপশিংগা মনুংদা অমান হাযবদু তাকই। পোইবেতোন্না খুম্বোংকপদা মহক্কী মাশিংনা **শবোং** হাযবা ফিজেৎ অদু শেৎখি হাযনা পুযা অদুদা ইবি। **শবোং** হাযবা ফিজেৎ অসি নাৎকী। এবা ফিজেৎনি। ফিজেৎ অসি মণিপুবদা তবাওগী নুপাশিংদা নত্তনা মবিং নুপী অমসুং মীতৈ মাইবীশিংনা শেৎলে। **শবোং** হাযবা ফিজেৎ অমদি মদুগী মমিং মথা মান্নবন্নবা অসিনা তাকপদি ঐখোয অমতা ওইনা লেমিন্নবম্মা হাযবা তাকই।

**তবাওশিংনা** অনৌবা খুল অমা লিংবা মতমদা লম্বী ফবা, হব্রা নুংশিৎ ফবা, ঈশিং খোং লৈবা, মংফম মফম চাগদবা মফমশিং যেংখি। **খুলপুইন** সলাইনা উশেইগী উকা অমা, **কাতিমশা** সলাইনা থাংফেং নুঙ অমা অদুগা **চানাশা** সলাইনা যেনবা অমা পাযবগা লাইব্রা শোন্দুনা উকা অদু যুংগনি, থাংফেং নুঙ অদুনা উকা অদু নর্নসিন্দুনা থমগনি অদুগা মদুগী মথক্তা য়েনবা অদু থাদোক্কনি। অদুমহাযনা ঈডাৎ-পূজা তৌবগা অনৌবা খুল অমা লিংবগী থবক তৌনবম্মী।

তবাওশিংনা হৌবিচীংগী লৈখুন্দগী থোবক্তুনা অসুম অসুম লাকপদা কবোগী মফম অমদা খুন্দাখি। মফম অদুবু **সঙাইখুল** হাযনা থোনখি। খুল অদু ঈশিংখোং লাপ্পী অমসুং খুন্দাফম ফত্তে হাযদুনা পাখঙ-লৈশাশিংনা মূক্কম-মূক্কম শোন্নবকপদগী অতোপ্পা মফম অমদা খুন্দাবা তাখি। মখোযনা অসুম অসুম লাক্লগা **লুংখলমো** হাযনা কৌবা মফম অদুদা অমুক খুন্দাখি। মফম অদুদা খুন্দাবিঙৈদা **খুলপু তোখোল** অমসুং **চনাথপচা** মতৈ মনাওনা পোকচবী মশক মতৌ ফজখ্রবী **শঙখু** কৌবী লৈশাবী অদুনা শীং-চনবা চৎপদা তুমুবাকপগা থেংনখি অদুগা মখোয অনী নুংশিনবকখি। মখোয অনীগী নুংশি মবী অদু খুঞ্জাশিংনা খঙলকপদগী **লুংখলমো** হাযবা মফম অদু থাদোক্লগা **লুংপ্রা** হাযবা মফম অদুদা খুন্দাখি। মফম অদুদা লৈবঙৈদা **শঙখু** মশুংলাংগীদমক্তা লাল থেংনমনবদগী খাঙবা ঙম্লত্তদুনা মখোযনা **লুংপ্রা** থাদোক্লম্লগা **বাতেনফাই** হাযনা খঙনবা মফম অদুদা চৎলগা খুন্দাখি। মফম অদুদা লৈবিঙৈদা তবাওগী মা মশীঙ যাম্না যামখৎলকখি। মখোযগী মীযাম অদুগী শুদোংচাবা যেংলগা **ওইথৌ পামুল** হাযনা মখোযনা থোনখিবা খুল অদুদা অযুক লৈখি। মফম অদুদা লৈবিঙৈদা অতোপ্পা চাংগী ফুব্দপশিংনা মখোযদা কন্না শাঙনবকখি। মদুগীসু মথক্তা মখোযগী মবঙ্গা মত তিন্নবক্তবদগী অতোপ্পা কাঙবু অমা শেম্লগা মখোয অযাম্বনা **লৈশিনপা** হাযনা কৌবা লাযনবা নুপা অমগী কাঙবুবু হুন্দোক্লমলগা **ওইথৌ পামুল** থাদোক্লগা চৎখি। অদুদগীদি **তবাওগী** কাঙবু অনী থোকখি।

**ওইথৌ পামুল** থাদোক্তুনা লাকপা কাঙবু অদুনা চীংগী নাপোমদা যাম্না শাংনা অমদি ৱানা শোঙনা লাকপদা মখোযগী খোঙশিং অদু য়াম্না নাবক্তুনা খোঙথাংবা ঙম্লকখিদে। মবম অদুদগী মখোযনা মফম অদুদা পোত্থাখি। মখোয়না মখোঙশিং থাংবা ঙম্লক্তবদগী খোঙগী অনাবা খাঙবা ওইনা পোত্থাদুনা লৈখিবা মফম অদুবু **খোঙথাঙ** হাযনা থোনখিবনি হাযনবি। **খোঙথাঙদগী** মখোযনা অমুক চীংদোল লোম্না কাবগা **ৱাংখুপিদা** খুন্দাখি। মফম অদুদা মখোয়না খুন্দাবিঙৈদা অতোপ্পা চাংমী কাঙলুপশিংনা লান্দাবকপদগী অৱা অনা কযা নংখি। মবম অদুনা শংগাপ্পা কাংলুপশিংনা

লান্দারকপা থিংনবা হায়দুনা মখোয়গী খুল অদুগী অকোয়বদা তেংনৌ তিংখং থাদুনা পল শাখি অদুগা মমৈথংদা খুল অদুবু **তেংনৌপল** হায়না কৌখি। মতম খর লৈরগা তেংনৌপলদা শান্তি ওইনা লৈবা ঙমক্লক্তদুনা লাইমতোন চীংশাং নাপোমদা অরাং-নোংচুপ পাংনা **বুকথৌল** হায়বা মফম অদুদা খুন্দারখি। হৌজিক **তরাও চীংফৈ, তরাও লাইমনাই** হায়না খঙনরিবা মফমশিং অসি **বুকথৌল** হায়না খঙনরম্বা মফম অদুদা লৈবনি। **তরাও চীংফৈ** হায়না কৌখিবগী মতাংদা পোইরৈতোন খুম্হোক পুয়াগী লামায় ৩৮দা অসুম্না ইরিঃ

> **... অতোপ্পা চীং অমদি লোইবী হাও তরাও তরাও চীঙফৈ কৌবদি করিদগীনো? পোইরৈতোন্না করম্বা চীং শিদ-নাদবা খুল লৈরমগদ্রা হায়না থিরকপদা চকপা অঙাঙা কিশি লাই, কৌরী কাচল লাই, য়াওসু খুনদোল লাই, সেলচাউ পাপোকলাই লাইকারকলে। লরাই কোয়রেল, কোকচীক মায় ঙাঙনা চীক্লবগী নিংথম চন্দুনা মকোক চীক্লবগীদমক পোইরৈতোন্না মৈ য়াইদুনা মখদাঙনা খুকউদা শৌদুনা মমিৎ মনা ঙাঙনা তরাও তরাও (নীকন) খাঙলমই হায়বগী তরাও চীঙফৈ কৌখি।**

মফম অদুদা তরাওশিংনা খুন্দাদুনা লৈরিঙৈদা থোকখিবা থৌদোক কয়াগী ৱারীশিং লৈ। **শঙখু, কোন্দোং, ভুমুরাকপন**চিংবগী ৱারীশিং য়াম্না লৈ। **শঙখুরৈমা** নৎত্রগা **তরেৎনুবু** লাইওইনা লাৎনখিবগী ৱারীসু লৈ। অদুগা তরাওশিংনা ৱাদাংখু হায়না কৌবা মফম অমদা খুন্দাদুনা লৈরিঙৈ মতমদা য়েক-সলাই তিন্নবা **ইথংমলৈ** অমসুং **শিল্লোই শানৈ য়ুর** হাযবা শাবী-শানৌ অনীবু চৎনবীগী ৱাংমদা নুংশিনৈ হায়দুনা খুন্দগী তাম্হোকখি। মখোয় অনীনা কবোদা চেল্লগা **তাকলুই** হায়বা তুরেল অদুদা চোংথমিন্নরগা শিখি। মখোয় অনীগী অয়ৌবী নুংশিনবগী ৱারী অদুবু হৌজিকফাওবা কাউনদ্রি।

## *তরাওগী হৌরকফম অমসুং খুন্দাকফমশিং*

**ওইথৌ পামুলদা** হুন্দোক্লুনা থন্নমখিবা **লৈশিনপাগী** কাওবু অদুনসু অৱাং পাংনা চীংশাং পরেং অমদা লাক্লগা লাইমতোল চীংগী নোংচুপথংবা চীংমৈদা লৈবা ঈশিংখোং অমগী মনাক্তা য়ৌরকখি। মখোয়না মফম অদুবু **তুমপ্রা তুইহোংনা** হায়না থোনখি অদুগা মফম অদুদা খুন্দাখি। মফম অদু হৌজিক হৌজিক **লমকাং খুনৌগী** ঈশিংখোং ওইরিবা মফম অদুদনি। মফম অদুদা মতম খরা লৈরল্লগা মখোয়না পল্লেলগী মখাথংবদা লৈবা **লময়েং** চীংগী অৱাংথংবা চীংগোন্দা খুন্দাখি। মফম অদুবু চীংনা কোয়শিন্দুনা লৈ হায়বগীদমক মখোয়না **মুলকোয়** হায়না কৌখি। মফম অদুদা লৈরিবা ঈশিংখোং অদুবু মীতৈশিংনা হৌজিকফাওবা **তরাও ঈশিংখোং** হায়না খঙনরি। **মুলকোয়দা** লৈবিঙৈদা **তরাওগী** মী মশীঙ য়াম্না হেনগৎলকখি। মখোয়গী মবক্তগী মী কাওবু অমনা পল্লেলগী **লৈমনাই** চীংজিন্দা লৈবা তম্পাক্কী শরূক খরবু **সৌফাইখু** হায়না মমিং থোল্লগা মফম অদুদা খুন্দাখি। **সৌফাইখু** হাযবা অসিদি তরাওশিংগী লোন্দা **তম্পাক্তা তারবা খুল** হায়বনি।

তরাও কাওবু অমনা ককচিংগী খুলয়ায়গী খোঙনাং অৱাংবা হৌরম্ফমদা থবক লঙবা ওইনা লৈরম্মী। মতম অদুদা মখোয়না ককচিংবু **রুংমুখু** হায়না কৌরম্মী। **রুংমুখু** হায়বদি **চীংখাদা উবা খুল** হায়বনি। অৱা-লান্দা পল্লেলগী পল অসি থোনখিবদা তরাওশিংনা মরুওইনা য়াওখি। মখোয়না ককচিংদা লৈরিঙৈদা ককচিংগী খোংনাং মবি ফাংবা হায়না খঙনখিবা মফম অদুদা তরাওগী লৈশা-পাখঙশিংনা চহি লোইরকপদা পাঙথোকপা **কুমতুংরমৱাল** হায়বা কুম্মৈগী থৌরম অদু পাঙথোক্লম্মী। ককচিংদা মীতৈগী ঔগ্রী হঙ্গেম চোংবা উরুবদা তরাওশিংনা মখোয়গী জগোইদা ঔগ্রীগী শাথেক-খুথেক খর হাপচিনখি। তরাওগী জগোই অসি হৌজিক মমিং য়াম্না চৎলি।

মীতৈগা তরাওগা নুংশি-চান্নবা লৈমিন্নরকখি। *শক ১৭১৬, থোকচোম কোইবগী কুম (১৭৯৪ ইং)*— **ৱাকচীংগী তরেৎনি পানবা নিংথৌকাবদা পল্লেল তরাও অনীমনা শামুগণ্ডা অমা ফাদুনা মহারাজদা কৎলৈয়ে** *(চৈঃ কুমঃ লাঃ ১৫৫)। শক ১৭৯৪ হাওরোংবা দেবগী কুম*

*(১৮৭২ ইং)*— **লাংবনগী ২১নি পানবা নিংথৌকাবদা তরাও শঙখুরৈমগী লাইফমদা কেগে মানবীদা নৌনম শাৎতুনা পানববু শ্রীযুৎতা কৎলে।** *(চৈঃ কুমঃ লাঃ ৪০৬)।* মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্লে মদুদি মীতৈগা তরাওগা য়াম্না নুংশিনবা মরী অমা থম্লখি।

তরাওশিংনা পল্লেল মনাক্তা অমদি তেংনৌপলদা **(ব্রাংপীখু)** খুন্দারিঙৈদা অতোপ্পা চীংমী কাঙলুপশিংনা তোইনা লান্দারকখি; অদুনা মরম ওইদুনা মখোয়গী মীশীঙ য়াম্না হন্থরকখি। অতোপ্পা লাইবকথীবা থৌদোক অমনা মখোয়না **মুলকোয়দা** খুন্দাদুনা লৈরিঙৈদা খোঙ-হাম্বগী লাইচৎ অমা লাকখি। লাইচৎ অদুবু থিংননবগী ঈদাক-লাংথক্লচিংবা লৈতবা মবম্না খুঙ্গং অদুগী মী মশীঙ তম্থায অমবোম শিখি। চহি ২০০০গী মমাংদগী খুন্দারক্লবা তবাওশিংনা মীশীঙ য়ামদবগী মকওইবা মরমশিংদি মখোযনা শা-লাল অমদি লায়না-লাযচৎ কয়া থেংনখিবদগীনি। মদুগীসু মথক্তা তরাও কাঙবু খরদি মীতৈ নিংথৌশিংনা মীতৈ ওলহনখিবসু যাওখি। মীতৈগী সিংগাম শাগৈদা তরাওগী মী য়াম্না য়াওখি। *(শাগৈ-সলাই য়ুমদাবা-কৈরোই লামায ১৭৩)।*

শা-লাল অমদি লায়না-লাইচৎ লৈতবা মফম থিবকপদা তবাও কাঙবু অমনা চান্দেল খুলগী (মহা তম্পাক) **কোইরেং** হাযনা লৈবম্বা মফম অদুদা খুল শেমদুনা লৈখি। মফম অদুদা মতম খব লৈরম্লগা মখোয়না অহানবদা লৈমিন্নবমখিবা তবাও কাঙবু অদুনা তারিবা **বুকথৌলদা** (তরাও লাইমনাই) অমুক হন্না লৈমিন্নখি। অদুদগীদি মফম অদুদা তরাওগী মী মশীঙ য়াম্না য়ামখৎলকখি। ইং ১৯৭৪গী অদুব্রাইদা তবাও লাইমনাইদগী য়ুম্নাক খবা খায়দোক্লগা উখ্রুল জিলাগী সনাকৈথেলদা খুন্দাখি। অদুদগী ইং ১৯৮৪গী অদুব্রাইদনা তবাও খব অমুক সনাকৈথেল থাদোক্লম্লগা পল্লেল মনীং লাইবেনশিবীদা **খুরিংমুল** হায়বা খুল অমা শেম্লগা খুন্দাখি। অতোপ্পা তরাও কাঙবু খরনসু তবাও লাইমনাইদগী পল্লেলগী মখাথংবদা লৈবা **লৈশোক চীংদা** খুন্দাখি। অদুগা অতোপ্পা তরাও কাঙবু অমনসু **হৈকককপোকপীদা** খুন্দাখি। অসুম তৌদুনা তরাওশিংনা কংলৈপাক অসিদা মতম কুইনদগী লৈরক্লি অদুগা মখোয়গা মীতৈগসু অফবা মরী থম্লক্লি। ❧

## ২০। আইমোলগী হৌরকফম অমসুং খুন্দাফমশিং

**আইমোল** হায়বা ফুরূপ অসি মোঙ্গোলিয়াগী মফম অমদগী খুন্থোক্লকপনি হায়না থাজনৈ। ফুরূপ অসিসু অতৈ ফুরূপশিংগুম্না শুরুংদগী থোরকখিবনি হায়না থাজনরি। শুরুংদগী থোবকখি হায়বা অসি লৈনুংদগী থোরকখি হায়বা নত্তে। চীংশিংগী মরক্তা উমং-ঋামং ওইনা লৈবা নুমিৎকী মঙাল ফংদবা অদুগুম্বা শুকখ্রবা লোকচপ অদুদগী থোরকখিবনি হায়বনি। মখোয়না শুরুংদা লৈরিঙৈদা শুরুংগী থোকফমদা হিংচাবা কৈ অচৌবা অমনা থোরক-থোরকপা মী মখে চাগদবগী লুমদুনা লৈরম্মী। অহানবদা শুকং অদুদগী থোকখিবা মী খরদি কৈ অদুনা চাখি। মরম অদুনা মখোয়না শুকং মনুংদা কিদ্না অদুম লৈখি।

আইমোলগী অরিবা ৱাবীদা ফি হাযবা অসি অহানবদা লৈবমখিদে। নুপানা **ফাইফোক** হাযনা খঙনবা উনা মখল অমা শেৎলম্মী অদুগা নুপীগীনা **বুঅঙনা** হাযবদি খোংনাং মনানা ফনেক ওইনা শেৎলম্মী। অদুবু মখোযগী মবক্তগী **খোরথাংপী** হাযনা কৌবী য়াম্না হৈশিংবী নুপী অমা যাওরম্মী। মহাক্না কৈ অদু উরুবদগী কৈগী ময়েক লৌরগা ফি অমা শাখি অদুগা ফি অদুগী মমিংনা **শাইপুইখুপ** হায়না কৌখি অদুগা লাইবেলগী মযেক লৌরগা শাখিবা ফি অদুনা **লাজিঅঙ** হায়না কৌখি। মহাক্না কৈগী মযেক লৌবগা শাখিবা ফি **শাইপুইখুপপু** মপুবোইবা **লালৈখুপতা** ইনবীবম্মী। অদুগা মপুবোইবা অদুনা শুরুংদগী থোক্লকপা মতমদা কৈ অদুনা মহাকপু কৈগী শাগৈনি খন্দুনা চাবীখিদে। মদুগী খুদোংচাবা অদু লৌবগা মহাক্না কৈ অদুবু হাৎখি। অদুদগীদি শুরুং মনুংদা লৈহৌখিবা মীশিং অদুনা মপান্দা থোরকখি। অশিবা কৈ অদুবু মখোয ময়ামগী মমাংদা (শুমাংদা) থন্নগা থাং-তেন পাযদুনা জগোই শাখি অমসুং মখাগী ঈশৈ অসি শকখিঃ

**অলু অইএ লুঅইএ কোলকৈ তেপা লুঅইএ**
**লুঅইএ লুঅইএ কোলকৈ তেপা লুঅইএ।**

আইমোলশিংনা খুল অমা শেম্বা মতমদা খুল ওইগদৌবিবা মফম অদুগী মথকলোমদা যেনবা অমবু কবিগুম্বা পোলাংগুম্বা পোৎশক অমনা খুমদুনা

থমগনি, য়েনবা অমবুনা মখারোমদা খুমদুনা থমগনি; অদুগা চেং মচং তরেৎনা মফম অহুমদা ফুমদুনা থমগনি। করিগুম্বা মথকলোমদা থল্লিবা য়েনবা অদুনা খোংলক্লবদি খুম্হুক চাওখৎকনি অদুগা মখারোমদা থল্লিবা য়েনবা অদুনা খোংলক্লগনা খুনখা চাওখৎকনি হায়না লৌনরম্মী। অদুগা করিগুম্বা চেং মচংশিং অদুনা করিমতা তৌরমদ্রবদি ফৈ অদুগা করিগুম্বা ককচেংগুম্বনগা চারম্লবদি ফত্তে, অশি-অনা থোক্কনি হায়না লৌনরম্মী। অসুম্না মখোয়গী খুল তানবগী খুদম চাংদম য়েংনরম্মী।

আইমোলশিংনা অহানবদা **খোখেংয়োল** হায়বা মফম অমদা লৈরম্মী। মফম অদুদা লৈরিঙৈদা **পুওল** হায়না খঙনবা কাঙলুপ অমনা লান্দারকপদগী খাঙবা ঙম্লক্তুনা লাঞ্জেল্লকখি। **কুংনৈলাল** হায়বা লুচিংবা নুপা অদুগী মতুংইল্লগা **শৈটুঅল** হায়বা মফম অদুদা চৎলম্মী। মখোয়না চাইনাগী চীংশাং পরেংদা **খুঅরখুও** হায়বা খুল অমা শেমদুনা খুন্দাখিবা মতম অদু চাইনাগী মতীক-মগুণ লৈববা নিংথৌ **সিব্রাংটিনা** পাল্লম্বা ২৫০ বিঃসিঃ অদুব্রাইদনি। নিংথৌ **সিব্রাংটিনা গ্রেট ব্রাল ওফ চাইনা** শাগৎলকখিবা মতমদা লমদম অদুগী চীংশাং পরেংদা খুন্দারম্বা চীংমীশিংবু নমদুনা থবক শুহল্লম্মী। মদুগী মীওৎ-মীনৈ অদুদগী নাম্থোক্লবা হায়দুনা চীংমী ফুরূপ-ফুরূপ মায়কৈ কয়াদা চেম্থোকনরকখি। মখোয়শিং অদুগী মব‌ঃ আইমোলশিংসু য়াওখি।

আইমোলশিং অদুনা কাবোগী শুক্লবা উমং ফাওদুনা মথং মথং খুম্থোক্লক্লগা চিন হিলস যৌরকখি অদুগা মফম অদুদা মতম শাংনা লৈবম্মী। মফম অদুদা খুন্দাবিঙৈদা আইমোলশিংনা **খোখেং** হায়বা খুল অমা শেম্লম্মী। আইমোল [illegible]**খো** হায়বদি *খুল* হায়বনি, অদুগা **খেং** হাযবনা *পুখম* হায়বনি। খুল অদুবু অব্রাংনা চীংশিংনা কোয়শিনর্বান অদুগা ময়ায়দনা লৈতেম মান্নবা পুখমগী মওং মানবা তম্পাক অমগুম্না লৈবনি হায়দুনা **খোখেং** কৌখি। আইমোলশিংগী খুল্লাকপশিং অমদি লুপলাকপশিংনা শিবা মতমদা মপা-মপুনা **খোখেং** খুল শেম্নম্বগী ঈশৈ শক্লে।

অতোপ্পা ফুরূপশিংনা লান্দারকপদা আইমোলশিংনা **খোখেং**দগী লাঞ্জেল্লক্তুনা লুসাই হিলসতা লাক্লগা মতম শাংনা খুন্দাদুনা লৈখি। মফম অদুগী

চীংগী অতোংবা নাপোমদা **আই** হায়না কৌবা য়াইওং পান্নী মানবা মবানা তুমনৌ মানবা পান্নী ময়াম অমা হৌবম্মী। মদু ঈডাৎ পূজা তৌবদা যাম্না কান্নবা পান্নীশিং ওইরম্মী। **আই** হাযবা পান্নী অসিগী মতেঙদগী আইমোলশিংনা লাইরা-তিনরাদা মমিং চৎলম্মী। মখোয়গী লোন্দা চীংগী নাপোমবু **মুওল** হায়না কৌই। মফম অদুবু **আই** হৌবা মফমনি অদুগা চীংগী নাপোমনি হাযদুনা **আইমুওল** হায়না কৌখি। আইমোল হাযবিবা মিং অসিমক **আইমুওলদা** নীংতম্না খুন্দা লৈতাদুনা লৈবম্মী হাযবগী লোলথৈবগা আইমোল হায়না কৌখিবনি হায়নবি।

**আইমুওলদা** মতম শাংনা নীংতম্না লৈবম্লবসু লুসাই লান্দা মখোয়না তখেল (ত্রিপুরা) গী লম যৌনা লাঞ্জেল্লকাখি, অদগা মখম অদুগা **বাংরেলবুং** কৌবা চীং অমদা খুন্দাখি। আইমোলশিংগী ঈশৈদা **বাংবেলবুংখো** হায়না খুল মখমগী মায়মাংবু পল্ল পল্লগা ঈশৈদা শৈহান্নি। নোংচুপ ত্রিপুরাদা লৈবা **খোবাই** হায়বা মফম অদুদা **খোবাইদুং** হায়না কৌনা তখেল অমা লৈবম্মী। তখেল অদুদা [illegible] মাপনম্নাখিদে, অদুগা আইমোলগী **পাতিঅল** হায়না কৌবা নুপা অমনা তখেল হাদুদা যাই থাকবগী মফম অদুগী নিংথৌ **কাব্রেনা** মাংভান্দা লাইহুং পাউচংখি হায়বগা খাবী লৈ তখেল লান্দা অমুক আইমোলশিংনা ভিবিরাম যৌনা লাঞ্জেল্লকাখি মফম অদুদা মখোয় খন্নমুক লৈহৌখি অদগা মখোয়গী লৈফমদগী খা **আইমোল** হায়না খঙনখি। মফম অদ হান্দোক্লা চৎখিবা বাইবু অদুনা **চল্লোকপানাচিংবশিংগী** লমজিং নখাদা অসুম অসুম চৎলকাখি। মখোয়না মণিপুরগী খা থংবা চীংগী উমংশিংদা ফাওবগা মায়কৈ অহুম মণিপা চেংনা চংশিল্লবাখি। মখোয়না মণিপুরদা চংশিল্লকগা খুন্দাখি হায়বগী ব্রাকম অস মৈদিংঙু পামহৈখোম্বনা পাল্লম্বা খৃঃ ১৬৬৬-১৬৯৭কী চেক চৌথাংলকপগীদা ফংই। *(চৈঃ কুমঃ লাঃ ৩৮)।* মখোয়না মপুংওইনা মণিপুরগী হৈবোক চিংশাং অমদ লাইমনাই চীংশাং অনীগী তাইনফম **তুসাবোক** তবেলগী মব লৈফমগা চাংমায়দা খুন্দাখি। খুঙ্গং অদুবু **আইমোল ভিলেজ** অদুগা মথক্কী অবাংবা চিংবুনা **আইমোল পিক** অদুগা মফম অদুদগী কবো ভেলি তাবা খোঙ লম্বী অদুবুনা **আইমোল পাস** হায়না খঙনখি।

## *মণিপুরগী চীংমী-তম্মী*

মচোয মচোয মণিপুরদা চঙলকখিবা আইমোল খবনা **লিরা চংনিংদগী** পুকম চোথেশিংনা তাবিবা মহা তুবেলনা মযায ফাওনা চেল্লিবা **তমসা** হাযনা খঙনবন্না মফম অদুদা খুন্দাখি। মখোয খবনা অমুক মণিপুরগী খা-নোংচুপ পাংনা চঙলক্লুনা **খৌবুম ভেল্লিগা** তাইনবা তমেংলোং ডিষ্ট্রিক্টকী চীংগী নাপোম অমদা খন্দাখি। অদুদগী মখোযনা মথং মথং খুল হোংলক্লুনা **ঈচম তুইখাংদা** খুন্দাখি। অদুদগী অমুক অনকপা চীং কাদুনা ইবেংবমগী নোংচুপ-চীংমাযদা **তুইখাং আইমোল ভিলেজ** শেমদুনা লম চাউনা কল্লগা খুন্দাখি। মখোযনা মণিপুরদা মখোযগী হেন্না খুদোংচাবা যেংদুনা **তমসানচিংবা** খুলশিংদগী লাক্লগা পল্লেলগী নোংপোক চীংখোঙ-চীংযাদা **খোলোই খোলেন্দগী** হোংদোকখিবা আইমোলশিংগা মথং মথং পবেং শানা **সেংমাই** তুবেল অমসুং **তুসাবোল** তুবেলগী মপান্দা তাখি।

মণিপুরদা লৈবিবা আইমোলশিংগী খুল মশীঙদি ১৭নি। চান্দেল জিলাদা খুল ১৪ লৈ। মখোয অদুদিঃ **(১) আইমোল খুল্লেন, (২) আইমোল চান্দোনপোক, (৩) আইমোল ঙাইরোং, (৪) আইমোল খোদমফাই, (৫) আইমোল তম্পাক, (৬) আইমোল চীংনুংহুৎ, (৭) আইমোল খুয়াই, (৮) আইমোল শাতু, (৯) আইমোল কুম্বীবৈ, (১০) উনাপান, (১১) খুদেংথাবী, (১২) আইমোল খাতাইমোল, (১৩) আইমোল তুইখাং** অমসুং **(১৪) আইমোল লুইচুলবুং**। চুরাচান্দপুর জিলাগী মনুংদা **খা আইমোল ভিলেজ** হাযবা অমগা সেনাপতি জিলাদনা **তুইখাং আইমোল** হাযনা খঙনবা খুল অমগা লৈ। আইমোলশিংগী মী মশীঙনা ১২,০০০ বোমান।

চহি কযাগী মমাংদগী হৌদনা কংলেপাক অসিদা লৈমিন্নবক্লুবা আইমোলশিংগী মী মশীঙ যাম্মন্দবগী মবমদি মখোযনা খব খব নক্লবা চীংগী ফুরূপশিংদা তিনাশনখিবদগীনি। মদুগীসু মথক্তা মখোয খবসু মীতৈদা তিনখিদুনা মীতৈগী যুম্নাকশিং লৌখি। হৌজিক্তি ভারত সরকারবনা সেদ্যুল ট্রাইব ২৯ মশক খঙবীখিবদা আইমোলশিংসু যাওখ্রে। হৌজিক্তি আইমোলশিংগী ওইবা নাৎকী শেংলবা শক্রম অমা মণিপুরদা লৈজবে। মখোযনা মণিপুরদা লৈবা কাঙলুপ খুদীংমক্কা নুংশি-চান্নানা লৈমিন্নবক্লি। অপীকপা ফুরূপ অসি চাওখৎনবা ঐখোযনা হোৎনফম থোকই।

## ২১। মোয়োনগী খুন্থোক্লোন

অতৈ-অতৈ ফুরূপশিংগুম্না মোয়োনশিংসু খুরদগী হায়বদি শুরুংদগী থোবকখিবনি হায়না থাজনবি। মখোযনা শুরুংদা লৈরিঙৈদা মখোয়গী থোরকফম অদুদা কৈ অচৌবা অমনা থোরক থোরকপা মী মখৈ চাগদবগী ঙাইদুনা লৈরম্মী। মপান্দা থোকখিবা মী খরদি কৈ অদুনা চাখি। মখোয়গী পা-পু ওইখিবা মিনথি অমসুং থাংজাম অনীনা লমজিংদুনা শুরুং মনুংদা লৈরিবা মীশিং অদুবু মপান্দা পুথোবকখি অদুগা লৌশিং কয়া অমা পুথোক্লুনা কৈ অদু হাংখি। লমজিংবা অনী অদুদগী চথরকপা মচা মশুশিংদিঃ




ঝারী অমনা অমুক হাযবি মর্দুদি মখোয়না শুরুং মনুংদা লৈরিঙৈদা কৈ অদুবু করম্না হাংসিগে হাযদুনা মখোয়গী মবক্তগী মী নীপান্না বুদ্ধি লৌশিং কযা অমা পুথোক্লুরকখি। মখোয় নীপান অর্দুদিঃ (১) লাবুল, (২) অঙশা, (৩) থোমপুং, (৪) মীরাং, (৫) শেকাপ, (৬) মিনথি, (৭) থংয়াম অমসুং (৮) মিরুংনি। মখোয় নীপান্না কৈ অদু হাংনবা থৌরাং তৌবকখি। কৈ হাংননবা নিয়মনা থোমপুংনা শেল্লম্মী। শেকাপনা লীরুংগা য়োংকা পুথোকখি। মিনথিনা যেন পুথোকখি। থংয়ামনা উচেক ময়াম অমা পুথোকখি, অদুগা অঙশানা তেন শেমখি।

## মণিপুরগী চীংমী-তম্মী

অহানবদা মিনথিগী যেন থাদোকখি। যেন্না মপান্দা খোংলক্লগা মপান্দা কৈ লৈতে হাযবা অদুগা খোংলক্লগনা মপান্দা কৈ লৈ হাযবা খঙনরম্মী। নোংমদি মিনথিনা মহাক্কী যেন অদু শুকং অদুগী মপান্দা থাদোকখিবদা খোংলকখি। মবম অদুদগী মখোযনা মপান্দা কৈ লৈতে হাযনা খঙখি। মতম অদুদা উচেকশিংসু মচা-মশু কৈনা চাথোকখিবদগী শাউদুনা কোয়পাই পাইদুনা লৈবম্মী। মীরাংনা লীকং তেন পাযদুনা শুকংদগী থোবককখি। কৈ অদুনা লাক্লগা মীরাং হেক উবদা মতাকপু চাগদবগী মঙোন্দা চেনশিনলকখি। মতাং অদুদা উচেক মযাম অদুনা কৈ অদুগী মথক্তা কন্না কন্না খোংজিল্লগা ওমশিল্লম্মী। মদুগী খুদোংচাবা অদু নৌবগা মীরাংনা তেন কাপ্লগা কৈ অদুবু হাংখি। অদুদগীদি শুকংদগী মী পুম্নমক্না থোনক্লগা মখোযগী থোবককফম অদুবু নঙজাও অমনা য়াংখি, অদুগা হাশিবা কৈ অদুগী মকোক অদু মদুদা যান্দুনা থম্মখি।

আইন শেন্না থোমপুংনা কৈ হাংপা নপা মীরাংদা খুনপু লৈপু হাযবা মিংথোল অমা পীখি। থোমপুংনা হযাখ মদুদি মীরাংনা কৈ হাংখিবদগী মখোয় পুমমক শুন নমো হেক্তুনা মালেমগী লমযদা খুদাকক্পা লেমখিনা, মবম চদুনা পুলগা হেক পুম্নমক মীবাংনা চান্না। তৌবদি মঙ্গল ওইগনি। অদুগা মংগোল্পা মী অমনা 'তৌবগনি' ওইনা ওইথক ফংলাই, নামগনি। অদুদগীদি খুনগী মবক শন্নবা মীবা লংনা অতোপ্পা মী অমনা হাপ্পা তৌরম্মে।

মখোযনা শুকংদগী থোকখিদুনা মনাংদা হান্না থোককখিগা কৈনা চাখিবা মী মশা অদু অমনা নম্মু, খুদিংমগী শিখিবা মী মশাংগী মতুংইন্না নংগী লাশিং পুংজ্না। থোমপুংনা মমা দা পুবকখিনি, নুংশিং অদ মশাং থাবগা শিখিবা মী নোংচুপথংগী মনাক্তা কউবশিংনা অশিবা মীগী মশাং মতুংইন্না মাংলা থাদনা মংলা থাদনা পাম্বুংমা লাউংবা হংলম্মী। নুংশিং অদুগী মশাং থাবগা খুন অমদা চতিগী মশিংদা মশাং তাবনা হাযবদু খঙনরম্মী।

খুনপুগী মশাং মতৌসু ফজবা মচৌক মগুণসু যাম্না লৈবা মচানুপা অমা পোকখি। মহাক্না মমিংদি বিনিতি হাযনা কৌখি। অমবোমদনা থোমপুংগী নুপী সাংমাবনা মশক ফজবী দাংখঙ হাযনা কৌবী মচানুপী অমা পোকখি। সাংমাবনা মচানুপাবু বিনিতিনা শীনংখি। মহাক্না বিনিতিগী ফজববু শৈথাবগা

মখাগী ঈশৈ অসি শকখিঃ

**হে আ এ শুরে এ দাংখণ্ড ও চুংনা হংশুএ**

**হে আ এ রিনি শিমফে আ ভুমতেলকুং ও**

**চুংনা হংশু শুরে এঃ**

*(য়েংউ দাংখণ্ড ওঃ নুমিৎ থোক্লকপগী*

*ফজখ্রবা মণ্ডালগা রিনিতিগী ফজবা ফিজেৎ-লৈতেংগা চপ*

*মান্নে।)*

ঈশৈ অসি মোন জাতিনা য়ু-হোংবা মতমদা শক্লখি।

রিনিতিদি তেন কাপ্লদা খুৎ য়াম্না চুম্বা মীশক অমা ওইরমখি। মরম অদুনা মঙোন্দা **শেফিক** হায়বা উপাধি অদু পীখি। **শেফিক** হায়বদি খ্বাইদগী হেন্না তেন কাপ্পা হৈবা হায়বনি। **দাংখণ্ডগা রিনিতি** শেফিককা মখোয় অনী লুহোংখি। মখোয় অনীগী মচা তরূক পোকখিঃ **(১) আরেন(রুএল =অহানবা পোকপা), (২)ব্রাংলাল, (৩) চিনির, (৪)** নুংচির্মানচংবা। মখোযগী মচা অদুনা মমৈথংদা শাগে নীপান থোকখি। **শিমফু**উনা মচা তরূক অমগা পোকখি। মখোয অদুদিঃ **(১) বুংজির, (২) চারু, (৩) শিরবুম, (৪) থুরিপ, (৫) ঙারু** অমসুং **(৬) লাংলোম**। মখোয অনীগী মচাশিংগী মিংশিং লৌবগা মোন জাতিগী শাগে তবামরি ওইখি। ফম্নাইবশিংসু তরাম্নবি লৈরম্মী। মখোয় অদুদিঃ **(১) ইরুংপা (নিংথৌ), (২) সেনাপতি, (৩) খুলাক, (৪) রুংলাক, (৫) মেনত্রি, (৬) পাখঙলাক, (৭) চীংশাংলাক, (৮) ব্রাংখ্রাক, (৯) মীতৈলম্বু, (১০) য়ুপাল, (১১) নহারাক, (১২) লাংচিং, (১৩) শেরুং** অমসুং **(১৪) কৈরুং**। মখোযবু সেবা তৌননবা **চাংলোই** হায়বা মী মরি অমসু থম্লর্ম্মী।

মখোয়না খুল অনৌবা অমা শেম্বা মতমদা খুল শেমগদবা মফম অদুদা **খুনপুনা** চৎলগা চেং মচং অহুম নীংথিনা শেমদুনা মন্ত্র শোল্লগা পূন্না থমগনি, অদুগা মিনিট কুনমুক্কী মতুংদা খুল অদুদা খুন্দাবদা য়াইফগদবা ওইরবদি চেং মচংশিং অদু লেঙদনা পূন্না অদুম লৈরমগনি, নৎত্রবদি ফত্তে হায়না লৌনরম্মী। মদুগী মথক্তসু অমুক য়েরূম থোংলগা খুদম-চাংদমসু য়েংনরম্মী। য়েরূম অদুগী

মচীন পীক্লা হুত্তোক্লগা মৈগী মথক্তা থমদুনা খুনপুনা মন্ত্র শোনগনি। য়েব্দমগী মহী অদুনা মপান্দা কাপখৎলক্লবদি মফম অদুদা খুন্দাবদা যাইফগনি, নৎত্রবদি ফত্তে হায়না লৌনবম্মী।

মোযোন কাণ্ডলুপ অসিগী মিংবু বুজুর হায়না খণ্ডনবম্মী। শুকংদগী হান্না থোকখিবা মখোয়গী মবক্তগী মী মখৈবু হিংচাবা কৈ অদুনা হাৎখি অদুগা মখোযদগী থোবককখিবা ঈনা ঈচেল নাইনা লৈমাযদা চেল্লকখিবদু উবদা মখোযনা মফম অদুবু শীজুর হায়না কৌখি। শী হায়বদি ঈ হায়বনি, অদুগা জুর হায়বনা ঈনা চেনবগী মখোলবুনি। কৈনা হাৎখিবা মখোযগী মীশিং অদুগী ঈ অদুবু নাংশিংলগা মখোযগী কাণ্ডলুপকী মিংবু বুজুব হায়না কৌখি, অদুগা মমৈথংদা মোযোন হায়না কৌখিবনি। মোযোনশিংনা জুব হায়বা বাহৈ অসি মযামগী ওইনা পাম্লনা চৎনৈ। খুদম ওইনা হায়ববদা শীজূব, তুংফুউজূব, তুংফৈজূব, খূংজূব হায়বনচিংবশিং অসি মখোযগী খুলশিংগী মমিংশিংনি। ***Now, the name of their Women Union is Bujuur Sanuw Ruwkheb, Even** the Apex Body of the tribe called Movon Naga Council was renamed as **Bujuur Aanchung Puuh.***

মোযোনশিংনা শীজূবদগী মথং মথং লাক্তুনা তূংফূউজূবনচিংবদা লাক্তুনা আবকান যৌবকখি, মদগা খুল মথং মথং মিং থোল্লগা লাকখি। মখোযনা অসুম অসুম লাক্তুনা বংলেনগা থুংলখি। মখোযনা কংলৈপাক্তা থুংলখিবা মতম অদুদা তম্পাক্তা মোবাং কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মোবাংগী অর্থাদঃ মো হায়বগা মপানা অহানবা পোকপা মচানুপাবু খণ্ডনৈ, অদুগা রাংনা অথৌববু খণ্ডনৈ। মোবাংনা পানবা লম অদুবু নিংথৌনী মিং লৌবগা মোবাং হায়না খণ্ডনখি অদুগা মতুংদদি মোবাংদগী মোইবাং হায়না কৌখি হায়দুনা মখোযনা হায়নবি। মোনশিংনা মোইবাংদগী নোংপোক পাংনা লাক্লগা লিশা হায়বা মফম অদুদা খুন্দাখি। অদুদগীদি মখোযনা চীংদা কাখত্তুনা খোংয়োন, মীতোংনচিংবদা খুন্দাখি। অদুদগীদি মখোযনা চীংখাদা কোমলাথাবীগুম্বা খুলশিংদা লৈবকখি। মোযোনশিংসি মতম কুইনদগী হৌদুনা মীতৈশিংগা নুংশি-চান্নবা হিংমিন্নবকই অমসুং থবক তৌমিন্নবকই। মসিগী ঈচেল অসি লেপ্তুনা চেলহনবা ওন্নবা লাক্লসি।

## ২২। *মোয়োনগী লিরবা ৱারী অমা*

চীং অমসুং তম হায়না খায়খিবগী মোয়োনশিংগী লিরবা ৱারী অমা লৈঃ মোয়োন লুখ্রাবী অমগী মশক-মতৌ ফজরবী তোনুউ হায়না কৌবী মচানুপী অমা লৈরম্মী। তোনুউনা পামলৌদা থবক শৃদুনা লৈবিঙৈদা লাইবেলনা ওনবা মশক ফজপ্রবা পাখঙ অমা লাকখি। মখোয় অনী হেক উনবমক্তদা য়াম্না নুংশিনরকখি। মখোযনা নুমিৎ খুদীংগী উনরম্মী অদুগা নুংশি-ৱারী শানরম্মী। লাইরেলদগী ওনবা পাখঙ অদুনা তোনুউ হেক উবা মতমদা বাঁশী খোংদুনা মহাকপু কৌরগা মখাগী ঈশৈ অসি শক্লম্মীঃ

*Lunghaah O vaklo, vaklo*
*Nangnuw eesaeniikoncha*
*tinlu tinlae tumte*
*Lunghaah O vaklo, vaklo*
*(ওঃ ঐগী নুংশিববী শানৌও, লাকপীরো, লাকপীবো*
*নহাক্কী নমানা নহাকপু চৈরবদি উথক্তা কাখত্তুনা*
*উশাদা তোংলগা শান্নমিন্নসি, অদুগা বাঁশী খোংসি.*
*ওঃ ঐগী নুংশিরবী শানৌও, লাকপীবো, লাকপীরো।)*

মখোয়গী নুংশিনবগী অযৌবী মবী অদু মমা লুপ্রাবী অদুনা খঙলকখি। মমা অদুনা পাখঙ অদু মী নত্তে লাইবেলনি হায়বদু খঙখি। মবম অদুনা মহাক্লা মখোয অনী অদু কাযনখিনবা থৌবাং অমা তৌবকখি। পাখঙ অদুনা খ্বাইদগী হৈনদবা পোৎশকশিং অদু কবি কাবনো অমুক্তা হংলকউ হায়দুনা মমানা মচানুপীদা হায়রম্মী। মচানুপী অদুনা লৌথূপ-লৌকোয লৈতবমখৈ পাখঙ অদুদা ৱাহং অদু হংলম্মী অদুগা পাখঙ অদুনসু মহাকপু নুংশিমনবদগী মহাক্লা (পাখঙ) খ্বাইদগী হৈনদবা পোৎশকশিংদি য়াইঙংগা মুকথ্রুবীগনি হায়দুনা পূকচেল শেংনা হায়দোক্লকখি। মদু খঙলবা মতুংদা মমা লুখ্রাবী অদুনা পোৎশক অনী অদু কৃপ্না শুগায়রগা ফি মচেৎ অমদা যোমশিন্দুনা মখোয় অনীগী উনফম লৌশঙ অদুদা য়াল্লগা থন্নম্মী। মদুগী মতুংদা মখোয অনীনা লৌশঙ মনুংদা উনবা মতমদা

লাইবেলনা ওনবা নুপা অদুনা য়ান্দুনা লৈবিবা পোৎশক অদু শোকউবদগী খুদক্তা লমলক্কী লাইবেল ওনখি অদুগা নক্কবা উমং অদুদা চঙশিনখি। মদু উবদা তোনুউনা যাম্না ঙক্লম্মী অদুগা নুংশিবা কায়নবগী মৈচাক ফংখি।

মতম খব লৈবগা তোনুউগী লিল মচা তব্দক পোকখি। মহাক্না মচাশিং অদুবু অচৌবা চফু অমগী মনুংদা লোত্তুনা থমলগা নুমিৎ খুদীংগী মহাক্কী মখোম পীথক্লম্মী। মহাক্কী মমানা মদু খঙলত্তুনা চফু মনুং অদুদা ঈশিং অশাবা হৈজিল্লম্মী। মচা তব্দক অদুগী মনুংদগী মবিদি শিখি, অদুগা মচা অনী অমনা চফু মনুংদগী চোংথোকহৌদুনা হিংহৌই। তোনুউনা মযুমদা হল্লকপদদি মচা মবি শিদুনা লৈবম্মদু উবম্মী অদুগা হিংহৌবা মচা অনী অদুনা যুমগী কাচিন অমদগী থাবক্লগা মখাগী ঈশৈ অসি শক্লকখিঃ

*"A puw ingo Chuurunsa ibukka*
*Karuw kortertaai"*
*(ইবোক্না ঈশিং অশাবা হৈজিনবিবে*
*অদুগা ইশমশিং কেনখ্রে।)*

মখোং অনীনা মপু, মবৈ ফাবক্লবা মতমদদি অহল অদুনা চীংদা মমাগা লৈহৌখ অদুগা অত্তোনবা অদুনা তম্পাক্তা কুমথদুনা অদুম লৈখি। চীং অমসু ওম হায়বা অসি মাচং ও অনী অসিগী হাক্তক্তগী লৈখিবনি হায়নবি। ৭৮

## ২৩। *মাওগী বারীদা মীতৈ*

ঈশ্বরনা জগৎ অসি শেমখি। ইবুঙো মহাক্না নুপী অমা (অহানবা নুপী) শেম্লগা মাওদা লৈবা মাখ্রীফী (হৌজিক্না মাখেল) হায়না কৌনবা মফম অদুদা থম্লম্মী। মাও লোন্দা মাখ্রীফী হায়বসি ঈশ্বরগা মীগা অবোইবা ওইনা রাবী শানখিবা অশেংবা মফম অদুবু খঙনৈ। লৈশাবী অদুগী মমিংদি *Dzilli-A Mosii A* হায়না কৌবম্মী। মহাক্না মফম অদুদা চাহি কযামুক মথন্তা লৈবম্মী। নোংমদি মহাক্ন প্রার্থনা তৌদুনা লৈবিঙেদা নোংথক্তগী অত্তৌবা নোং-মপৈ

অমনা পাইথবক্লগা মহাকপু কুপশিনবিখি। অদুদগীদি মহাক মালেমদা মপুবোইবা লৈতনা মীবোনখি অদুগা মচানুপা অহুম পোকখি। মখোয় অদুদিঃ (১) **অলাফা**, (২) **টুতুও** অমসুং (৩) **মেমেও**। ময়াম্বা অনী অমসুং মখোয়গী মচা-মশুশিংনা মালেমগী অতোপ্পা তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা চত্তুনা লৈখি। অদুগা খ্বাইগী অতোনবা মনাওনুপা **মেমেওনা মাম্রীফীদা** অদুম লৈহৌখি। **মেমেওনা** স্বগগী ফজম্রবী নুপী অমা লৌবগা মচানুপা অহুম পোকখি। মখোয অদুদিঃ **খেফিও**, **চোবো** অমসুং **শীপফো**। মচিম্নাও অহুম অদুনা **অলাফা** অমসুং **টুতুও**গী মচা-মশুশিং লৌবম্মী। মখোয়গী মী মশীঙ নোংমা নোংমগী অসুম হেনগৎলকপদগী **খেফিও** অমসুং **চোবো**গী কাঙবু অনীদুদি **মাম্রীফী** থাদোক্তুনা তোঙান তোঙানবা মাযকৈশিংদা খুন্দাকনবা চৎনখি। খ্বাইদগী অতোনবা মনাওনুপা **শীপফোনা মাম্রীফীদা** লৈহৌখি। মহাক্না মচানুপা অহুম ফংজখি। মখোয অহুম অদু চীংমী তম্মীশিংগী মপা মপুনি। মখোযগী মমিংশিংদিঃ (১) **ইমেপফোপে**, (২) **কোলাপফোপে** অমসুং (৩) **মিক্রীপফোপে**। মখোয অহুম অদুনা মচা-মশুশিং পোক্তুনা **মাম্রীফীদা** মতম শাংনা অদুম লৈবকপদগী মী মশীঙ যাম্না যামখৎলকখি। মবম অদুনা **ইমেপফোপেগী** মচা-মশুশিংনা **মাম্রীফীদা** অদুম লৈহৌবগা মনাওনুপা অনীগী মচা মশুশিংনা তোঙান-তোঙানবা মায়কৈশিংদা চৎখিদুনা খুন্দাখি। **মিক্রীপফোপেগী** মচা মশুশিংনা (মীতৈশিংনা) মখাবোমদা কুমথবকপা মতমদা **মাথান** খুলগী চীং মচা অমগী মথক্তা পোথাবগা মখোযগী চাকযোমশিং অদু হাংদোক্লগা চাবম্মী। মদুগী চীং অদুবু মাওগী অহলশিংনা **মিক্রী টৌদু** কৌবম্মী। **মিক্রী** হাযর্বাদি মীতৈ হাযবনি অদুগা **টৌদু** হাযবনা লম চৎপগী চাকযোম চাফম হাযবনি। হৌজিকফাওবা চীং মচা অদুবু **মিক্রী টৌদু** হাযনা কৌনবি।

মীতৈশিং অদুনা **মিক্রী টৌদুদ**া চাকযোম চাবা লোইবগা মখাবোমদা কুমথবকখি। অদুদগীদি মখোয়গী লম্বী মাঙখি। মবম অদুনা মীতৈশিং অদুনা হৌজিক্কী সেনাপতি সহবগী নোংপোকথংববোমদা লৈবা অপীকপা চীংশাং অমগী মথক্তা কাখৎখি, অদুগা মফম অদুদা মতম খব লৈখি। মফম অদুবু মীতৈগী পা-পুশিংনা লম্বী মাঙখিবদগী কপখি হাযদুনা **ক্রাফী** হাযনা কৌখি। মখোযনা

ক্রান্সীগী চীংদোন্দগী য়েংথবকপদা ইম্ফাল তুরেল উবকখি। অদুদগীদি মখোয়না ইম্ফাল তুবেল য়ৌনা লাক্লগা কংলৈপাক্কী মফমশিংদা খুন্দাখি। মাও, মীতৈ, কবুই, তাংখুল হায়বনচিংবা ফুরূপশিং অসি কনাসু অতোপ্পা অমা য়াওদে; হৌবকফম অমদগী হৌরক্লগা তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা শন্দোকখিবনি। ❀

## ২৪। গাংটেগী খুন্থোক্লোন অমসুং মণিপুর

গাংটে হায়বা ফুরূপ অসিনা মোঙ্গোলিয়াদগী চাইনাদা চঙলক্লগা চাইনাগী মাইল ১৫০০ শাংবা লানবন অদুদা যৌবকখি। অদুদগীদি মখোয়না চাইনাগা বর্মাগা লোন্নবা মবক গাং হায়বা মফম অদুদা যৌবকখি। মফম অদুদা লাইবেল (পাখঙবা) লাৎনবন্মী। পাখঙবনা বব পীবিবদগী মখোয়না য়াম্না নুংঙাই যাইফনা মফম অদুদা পাল্লন্মী। গাংমীশিং অদুনা পাখঙবা লাৎলবমখোদ অতোপ্পা ফুরূপশিংনা মখোয়বু খুদুমচনবা ঙমখিদে, অদুগা নোংমা নোংমগী অসুম হীবম খুদীংদা চাওখৎলক্লন্মী।

অদুবু মতমগী মতুংইন্না মখোয়গী নহাবোলশিংগী ব্রাখল হোংলকখি। পাখঙববু পূজা তৌবা যাদে হায়না মখোয়না ব্রাবেপ্পখি। মদুদা পাখঙবনা গাংমীশিংগী মমঙদা অসুম্না তাকপীবন্মীঃ

> **হে গাং লমগী খুঙ্গাশিং! ঐনা হায়বা ব্রাসে য়াম্না মুন্না তাজৌ। ঐবু পূজা তৌবা লেপকনু, নৎত্রবদি নখোয়বু অবাবা কয়া পীরগা ব্রাহনগনি।**

গাংগী নহাবোলশিংনা পাখঙবগী চেকশন-ব্রা অদু তাবিখিদে। মবম অদুনা গাং ফুরূপকী মাঙতাক্লীংঙাই ওইবা ফীভম অমা লাকখি। মখোয়গী চাউখৎপগী থাক অদু অসুম অসুম হন্থবকখি, অদুগা অতোপ্পা ফুরূপশিংনা মখোয়দা লান্দাবা হৌবকখি। মদুদা খাওবা ঙম্লক্তদুনা মখোয়না মখোয়গী নুংশিববা গাং লৈবাক অদুবু মপূক্লিং য়াম্না নুংশিনা থাদোকপা তাখি। মখোয়না মখোয়গী লৈবাক অদু থাদোক্লীংদ থাদোক্লীংদনা থাদোক্লগা

বর্মাগী মন্দলে তম্পাক্তা য়ৌরকখি অদুগা মফম অদুদা তম্পাক-লৌ উরগা লৈরম্বা **ভোতিয়াশিংগা** কন্না লাম্নোক্লখি। লান্দা মহৈ মহৈ হাৎনরিঙৈ মতম অদুদা গাংমীশিং অদুনা **শোয়দৎলে, শোয়দৎলে, লাল্লু চোমাই শোয়দৎলে** হায়দুনা লাল ঙম্বগী ঈশৈ শকখি। মখোয়না চিন-হিলসকা লোন্নবা মফম অমদা অকনবা তেঙ্গোল অমগসু লাম্নোক্লখি। মদুদসু গাংমীশিংনা লাল জয় ওইখি।

মখোয়না টিদ্দিমগী চীং য়ৌরকপদা লম অদুগী ফুরূপ অমগসু লাল থেংনখি। লাম্ফম অদুদা অঙম্বা অমা নাইনখিদে অদুবু অশি-অনাদি য়াম্না য়াওনখি। মফম অদুদা মখোয়না খুন্দাখি। মখোয়গী নিংথৌগী য়ুম অচৌবা অমা শাবা তাখি। লম তবাদগী তাদবা য়ুম অদুগী য়াংলেন খাংবদা তেকপা য়ারোই হায়দুনা মীয়াম্না ফৈজা শারগা উজাও তুরকপদা ঙাকলম্মী। মদুদা মী ময়াম অমা উজাও অদুনা নন্দুনা শিখি। মদু পাখঙবনা শাউখিবদগী ঙাইহাক্কী ওইনা মখোয়গী বুদ্ধি-লৌশিং চোয়হল্লগা থোকহনখিবনি। য়াখল য়াওদবগী থৌদোক অমসু থোকখিঃ তুবেলগী অচৌবা ঈবেল অমদা ঙা ফাননবগীদমক্তা মখোয় ময়াম ঈরেলদুদা পীক থন্না চোংথববদি ঙাশিংগী লৈফম লৈরক্তদুনা তোর্বান্দা চোংখৎলক্কনি অদুগা মখোয়বু য়াম্না নুংঙাইনা ফাগনি হায়না লান্না খল্লগা মখোয় ময়াম অমা অচৌবা ঈরেল অদুদা চোংথখি অদুগা ঈরাক্লদুনা শিখি।

পাখঙবনা শাউখিবদগী গাংমীশিংবু মাঙহননবা থৌদোক কয়া থোকহনখি। থৌদোকশিং অদুগী মনুংদা গাংমী নুপা ময়াম অমা নুংগাই অমদা চোংথদুনা শিখিবগী য়ারী অমা লৈঃ **তিন মিৎ** হায়বা গাংমীশিংগী খুল অমদা চীংদুম তরেৎ থুংনা য়ুম তারম্মী। খুল অদুগী নিংথৌনা নোংমদি *পোই* হায়বা ফুরূপ অদুনা লান্দারক্কদৌরে লাম্মী অপূম্বা লানবন্দগী থোরক্লো হায়দুনা লাল-পাউ পীরম্মী। লুন্মাং গাংটৈনা লাল অদুগী লুচিংবা ওইনা থোরকখি। অরা-নুংঙাইগী চীংখোঙদা ময়াম্না কেম্প শাদুনা লৈখি। অদুবু অহিংদা লুচিংবা অদুনা তূম্বা মতমদা মঙ অমা মঙলম্মী। মমঙ অদুদা পাখঙবনা খঙহল্লকখিঃ *নহাক্কী লাম্মী তেঙ্গোল অসি ঙসিগী নোংঙান্দ্রিঙৈদা চীংথক্তা হোংগত্লনা লৈহল্লু, নৎত্রবদি য়েক্লবশিংনা চীংথক্তগী লান্দারকপদা নখোয় খুদোংথীবা ফংগনি।*

## *মণিপুরগী চীংমী-তম্মী*

লুন্মাং অমসুং মহাক্কী লান্মী পূন্নমক পাখঙবগী অশাউবগী লাংদা থুখি। মখোয়না চীংথক তান্না হোঙ্গৎখি। লৈচিন যাম্না থাবকখি। লৈচিন অদুবু মখোয়দা ঈশিং ওইনা উহনখি। লান্মীশিং অদুনা ঈশিং অদু কনানা হান্না লানগনি হায়না হংনবকখি। মদুদা লুন্মাংনা মহাক্না হান্না লাল্লগে হায়না চোংখোবকখি। লুন্মাংনা মহাক্কী লান্মীশিং অদুদা হায়বকখিঃ *তাবিয়্‌' অথৌবা লান্মী পূন্নমক ! তুং হনবীগনু, গাং মচা ওইনা পোক্লক্লগা তুং হল্লবদি হিংনা হিংনা শিববনি। হৌজিক্তি ঐহাক্না হান্না তুবেল অসিদা চোংথবগে অদুগা তুবেল ন্নাংমা যৌবগা উচেক্কী খোঞ্জেল লৌদুনা কুউ কুউ হায়না খোংলক্কে, অদুদগীদি নখোয় মযাম্না তুবেলসিদা চোংথবগা ঐনা লৈবা তুবেল ন্নাংমদা ঈবোইদুনা লাক্কদবনি।* বাহৈ হবসি হায়বন্নগা লুন্মাংনা মবৈবাক্কীদমক্তান হায়দুনা নুংগাই অদদা চোংথাখি।

মতো অদ যৌবকপদা পাখঙবনা নুংগাই অদুগী ন্নাংমদা উচেক্কী খোঞ্জেল লৌবগা কুউ কুউ হায়না খোংলকপি। মদুদা লান্মীশিং অদুনা নুংগাইদা চোংথবগা শাখ। নংগাই অদু অশিবা হকচাঙশিংনা পীক থনখিবদনা মরম ওইবগা এং বোয়া চোংথাখিবা গাংমা শবদি হিংহৌখি। গাংগী নুপা মযাম অমা শিখ্রনা মতংদদি গা গী নুপা মযাম অমা লখ্রাবাশিং ওইহৌখি। মখোয় খবনা মাগা মাগা নপাম লমদমদ চৎনাখ, অদুগা খবনা লুসাই, পোই, জৌ, চিন, অনাললন্চিংবা ওন্নগা লৈনখি।

গাংটে অয়াম্বন সাই হিলসতা চঙ্খ, অদুগা খবনা ত্রিপুরাদা, খবং শামদা, খবনা বর্মাদা চৎখি। লুসাই হিলসতগী লাক্লগা মণিপুরগা টুবায় এরিয়াগা খাংপোকশঙ মচা মচা শাবগা লৈনকখি। অমবোমদনা মখোয়গী কাঙবু খবনা টিদ্দিমদগা মণিপুরবোমদা লাক্লুনা ইম্ফাল তুবেল মতুং ইল্লগা শৃগ্নগা লমদা যৌনকখ

মখোয়না মণিপুরগী চাং মান্দা চতি চা কয়ামুক খুন্দাদুনা লৈবকখি, অদুগা মখোয়গী। মবওংগা কাঙবু খবনা খৃঃ ১৮০০গী অদুবাইদা তম্পাক্তা খন্দাবা হৌখি। খোংজোম লান্দা গাংটে পাখঙ কয়ানা পাওনাগী মতেঙ পাংখি। মহারাজ চন্দ্রকৃত্তিনা অকাম হাওগা লাঙ্গোক্লবদা গাংটে যাম্না যাওখি। মহারাজনা টিদ্দিমদগা হল্লবপদা সিফাইশিং ন্নাংলকপদগী অন্নাবা কয়া নংখি। মদুদা পু

**ওংজাথাং** গাংটেনা (খানপী নিংথৌ) গাং পাখণ্ড অকনবা তবাবু চেং মপোং ফানা পুহল্লগা **ভুইখেং** তান্না চৎলগা মীতৈ মহাবাজবু ওকখি। মহাবাজনা তৌবীমল খণ্ডবা উৎপা ওইনা মহাকপু মেজব হাপ্লগা খা নোংচুপ মোইবাংগী নিংথি-চীংদোম্দা অকামহাও অমদি লুসাইনা লান্দবক্কদববু ঙাকহনখি। মহাক্কী সিফাই ১০০০ লৈবম্মী অদুগা মহাক্কী মখাদা পু **জাওনখুপ** গাংটেনা সেকেণ্ড কমান্দব ওইবম্মী। পু জাওনখুপতি সেকেণ্ড কমান্দব ওইবখক্তা নত্তনা মণিপুব মহাবাজনা মহাক্কী মহুৎ শিল্লগা লুসাই লৈবাক্তা বাজদূত ওইনসু থাখি। মসিদগী ঐখোযনা খণ্ডবা ঙল্লে মদুদি মীতৈ নিংথৌগা গাংটে ফুব্দপকা যাম্না থাজনবা মবী অমা লৈনখি।

মণিপুবগী লৈঙাক শাসন্দা গাংটে ফুব্দপপু অকবা তাঞ্জাদা থাজবা যাবা ফুব্দপ অমনি হাযদুনা শকখণ্ডলকখি। মণিপুব শেম্বদা গাংটৈশিংগী মতেং যাম্না যাওখি অমসুং যাওবি। মণিপুবগী ইহান হানবা এসেমব্লি ইলেক্সন ১৯৪৮দা গাংটে মচা অনী (১) ডাঃ এলঃ কমপু অমসুং (২) শ্রী হোলখোপাও কাখি। ডাঃ এলঃ কমপুনা এদভাইজবি কাউন্সিলগী (১৯৫৩-১৯৫৭) এদভাইজবসু ওইখি। মতম কুইনা নীংশিংদুনা লৈহৌবগদবা কিম গাংটেসু খৃ ১৯৯৮দা মণিপুবগী নুপীগী অহানবা এমঃ পিঃ ওইনা কাখি। মবম অদুনা মণিপুব শেমগৎ শাগৎপদা গাংটৈশিংনা শব্দক যাই।

## *২৫। থাঙ্গাল জেনেরেল*

থাঙ্গাল জেনেবেলবু থাঙ্গাল মেঞ্জোব হাযনা মীযাম্না পাম্লনা কৌনখি। মহাক্লা গম্ভীবসিংহ মহাবাজ হাক্তক্তগী কুলচন্দ্র মহাবাজ হাক্তকফাওবা মণিপুব লৈবাক্কী সেবা তৌবম্মী। মহাক থাঙ্গাল শুকংগী খুল্লাকপগী মনাওনুপা **শাবাইঙম্বগী** মচানুপা অহলনি অদুগা মহাক্কী অহানবা মমিংদি **লুংথৌবু** হাযনা কৌবম্মী। মহাক্লা খৃঃ ১৮১৪দা পোকখি অদুগা মশাগী চহি ১৬ শুবকপা মতম খৃঃ ১৮৩০দা মহাকপু মণিপুব সনা কোনুংদা যুববাজনা পুবকখি।

## মণিপুরগী চীংমী-তম্মী

থাঙ্গালদগী থাঙ্গাল মেঙ্গোব, অদুগা থাঙ্গাল মেঙ্গোবদগী থাঙ্গাল জেনেবেল কৌখিবা লুংথৌবুসি মণিপুরগী চাউথোকচনীংঙাই ওইবা অথৌবা অমনি। অঙাং ওইবিডৈদগী হৌদুনা মহাক অসি থৌনা য়াম্না লৈবকখি। মহাক্কী থৌনা-লিংজেলবু উবগা খুঙ্গাশিংনা মহাকপু য়াম্না লুনা অমদি ৱাংনা খন্নখি। গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মতমদা মণিপুর সনা কোনুংগী যুবরাজনা ঈকৌ মনাক্তা লৈবা শামুকোমদগী লমগী শামু ফাবা লাক্লম্মী। থাঙ্গাল শুকংগী খুল্লাকপনা মহাক্কী মনাওনুপাগী মচানুপা লুংথৌবুবু শামু ফাবা লাকপশিং অদুদা লমজিং পীননবগীদমক্তা থারম্মী। যুবরাজ অমসুং মহাক্কী মীশিং অদুনা থাঙ্গাল শুকংদা লৈবা ঈবুধৌ পাখঙবব্ খুরুম্বা লাকখি। মদুদা লুংথৌবুনা মখোযগী সেবা নীংথিনা তৌখি, অদুগা মদুদা যুবরাজনা যাম্না পেনাখ। লুংথৌবুনা যুবরাজ অমসুং মহাক্কী মীশিংবু শামু ফাবগী থবক অদুদা লমজিংলম্মী। লুংথৌবু মথন্তনা শামু অমোম অমা শামু মচাগা লোয়নননা ফাবকখি। মহাক্কী অঙকপা মতৌ অমসুং থবক্তু উবদা যুবরাজনা মহাকপু সনা কোনুংদা পুবা পাল্লম্মী। মরম অদুনা মহাক্না থাঙ্গাল শুকংগী খুল্লাকপা অমসুং লুংথৌবুগী মমা মপাদা হায়জবগা মহাকপু সনা কোনুং তান্না পুবক্লগা মীতৈ শাগৈদা তিলহনখি। অদুম তৌদুনা মহাকপু কাঙাবম লাইযাম লাৎপা অমসু, থাঙ্গাল মেঙ্গোব হায়না খঙনখি। মহাক্না চহি ৬০ রোম মতম শাংনা সনা কো◌ ◌া থবক তৌবকপনা মীতৈ শাগৈদা তিন্দুনা অদুম লৈখি। মীতৈ পুযানা হায়রি গম্ভীরসিংহ মহারাজ হাক্তক্তা থাঙ্গালগী খুল্লাকপগী মনাওনুপাগী মচানুপা অমবু সনা কোনুংদা পুবক্তুনা নিংথৌজা সলাইদা লৌখৎখি, মাগী য়ুম্নাক্তী কাঙাবম ওইখি।

খৃঃ ১৮৮৫দা মণিপুরগী অহানবা ওইনা ইংলিশ স্কুল অমা লিংখৎখিবসি থাঙ্গাল জেনেবেলগী মপান্দগীনি। স্কুল অদুগী মমিংদি জোনষ্টোন ইংলিশ স্কুল হায়না কৌখি। মসিগী মতাংদা ৱাবী অমা লৈঃ থাঙ্গাল মেঙ্গোব অসি মণিপুর মহারাজনা জেনেবেল ফমদা কাহনখ্রবনি, অদুবু জোনষ্টোন সাহেবনদি *মেঙ্গোবা মেঙ্গোবা* হায়না অদুম মকৌখি। মদুদা থাঙ্গাল জেনেবেলনা মহাকপু জেনেবেল ওইববফাওবদা কবিগী *মেঙ্গোবা মেঙ্গোবা* হায়না কৌরীবিবনো হায়দুনা জোনষ্টোন সাহেবতা হংজখি। মদুদা সাহেব অদুনা

হায়রকখিঃ

> *You have long wanted to be addressed as 'General', and I told you that when you did something worthy of it I shall do so. Now the day that Maharaj gives his consent to an English School being established, I shall address you as 'General'.*

মতম অদুদদি ইংলিশ তম্বা হায়বসি মাংই হায়দুনা তমহনখিদে। অদুবু থাঙ্গাল জেনরেলগী শক্তিদগী মতম খর লৈরগা মহাক্না মহারাজদগী ইংলিশ স্কুল লীংখত্তুনা ইংলিশ তম্বা য়ারে হায়বগী অয়াবা লৌরকখি। অদুদগীদি খুদক্তা জোনস্টোন সাহেবনা ফম্নম্বদগী হৌগৎলক্লগা থাঙ্গাল মেঞ্জোরগী মখুৎ শোক্লম্মী অদুগা তবাম-তরাম 'জেনরেল' হায়না কৌরদুনা মহাকপু য়াম্না থাগৎলম্মী। মণিপুরদা ইংলিশ স্কুল লীংখৎলমদ্রবদি মণিপুরগী হৌজিক্কী চাওখৎপগী থাক অসি য়ৌরম্লোই। মরম অদুনা থাঙ্গাল জেনরেলবু কাউবা য়াদে।

মহাক্না লম্বী-থোংশিং শেম্বদসু থৱায় য়াম্না য়াওখি। খৃঃ ১৮৮০দা ইম্ফালদগী মাও য়ৌবফাওবগী লম্বী শেম্বা অদুদা মহাক্না মরুওইনা য়াওখি। মহাক্না মণিপুরগী ফীভম অমদি মফম খুদীং খঙলম্মী। মহাক্কী মতমদা মহাক্কী অয়াবা য়াওদনা নৎত্রগা মহাক খঙদনা মণিপুরদা থৌদোক অমতা থোকখিদে হায়বা য়াই। মহাক্না মণিপুরগী ভূগোল নীংথিনা খঙলম্মী। মহাক্না ইংরেজী লোল খঙজদ্রবসু ইংরেজী লোলগী ম্যেপ য়েংলগা মণিপুরগী খুল খুদীংমক্কী মফম তাকপা ঙমখি। মহাক্কী অতোপ্পা অঙকপা শক্তিশিংদি সাহেবশিংগী খঙদবা য়াদবা ৱাহৈশিং, চৎনবী অমদি চৎন-পথাপশিংবু খঙলম্মী। মহাক্কী শক্তি, মতীকচাবা মগুণশিং অমদি থবক-ঙম্বা মতৌ অদু য়েংলগা মঙোন্দা মতম অদুগী খ্বাইদগী ৱাংবা উপাধি **তাংবল্লোয়** হায়বদু পীখি।

খৃঃ ১৮৩৪দা গম্ভীরসিংহ মহারাজনা লৈখিদ্রবা মতমদা মচাইবুংঙো চন্দ্রকৃত্তিনা মশাগী চহি অনী শুরকপা মতমদা নিংথৌ ওইখি, অদুগা মহাকপু

নিংথেম পীশক হায়না খঙনখি। নিংথৌনা অঙাং ওইবনিনা লৈঙাকপগী থবক্তি নবসিংহ সেনাপতিনা পুবম্মী। মতাং অসিদা মহারাণী কুমুদিনীগী থৌশিল খবদগী নর্বসিংহবু হাংনবা থৌবাং তৌখি। মহাক্কী থৌশিল (যবৌ) অদুনা মায়পাক্তবদা মহাক্কী মচাইবুংঙো চন্দ্রকৃত্তি পুদুনা কাছাড়দা চেনখি অদুগা মদুদা থাঙ্গালসু যাওখি। খঃ ১৮৫০দা হায়বদি নবসিংহনা শিববা মতুংদা মখোয়না মণিপুরদা হল্লক খ, অদুগা চন্দ্রকৃত্তিনা নিংথৌগী থবক পায়বকখি। মহাক্কা নিংথৌ চৎখিবদি থাঙ্গাল থাওবমদ্রবদি যাম্না বানা থোকলমগনি হায়নৈ। চন্দ্রকৃত্তিনা শক্তি পা ঙাক্রবা মতম অদুদদি থাঙ্গালনা মণিপুরগী লৈঙাক-শাসনদা মবু ওইনা মশিং অমা চেক্ত বখি।

চাংমাং তম্মাসু ওইরিবা থাঙ্গাল জেনরেলনা চাং তম অনীগী যাংখ্ৰাদ্রিমক্ত ৩০, ১৩।০৮ ১৮৯১ ইংদা য়াংসু শগাই কাবনা মথবায কংথোকখি।

## ২৫। *চীংমী তম্মীগী মরী থম্লিংবা অন্দ্রো*

অন্দ্রো হায়না ন অসি মাহৌবোলদগী হৌনা মশাগী চৎনবী ঙাক্লা চৎলিনা অমাদ মৈবুং তৌবনা অবিবা চকপা খুলনি। মথায থাযনদগী খুন্দাদুনা লৈবক্লবা অন্দ্রোনা মশাগী চৎনবোলবু ঙাক্লা মথাগী থৌবমশিং অসি পাঙথোকই।

(১) কুমলাক লমদাইবা, (২) লম হাইবা,
(৩) লাইশা তানবা (৪) পোকপা শিবগী থৌবম, অমসুং
(৫) তকং লাংবা

**(১) কুমলাক লমদাইবা ঃ** চহি অমগী মেবাগী ইবাই নুমিৎ অমদা কুমলাক লমদাইবা হায়বা থৌবম অসি পাঙথোকই। থৌবম অসি পাঙথোকপদা চাংমী ঈচিল ঈনাওশিংনা যাম্না হবাও হবাওনা মখোয়গী লৈজবা যেননচিংবা পুবকই অদুগা অন্দ্রোদা লৈবা মীশিংনসু যেক্তম, যুনচিংবা পুথোক্তুনা

চীংমী-তম্মী পূন্না মচিম্মনাওগুম চামিন-থকমিন্নে। মখোয়না হরাও-তয়াম্না ৱারী-ৱাতাই শামিন্নববা মতুংদা খুদোলপোৎ পীনৈ। মখোয়না চীংমী-তম্মী অমতনি হায়বদু উৎলি।

**(২) লম হাইবা ঃ** চহি খুদীংগী লাংবন থাগী অহানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা চকপা খুল অসিগী খুঞ্জাশিংনা লম-তু শেংদোকপগী থবক তৌই। থবক অদু য়াম্না থৱায় য়াওনা নুংঙাইনা তৌই। চীংমীশিংনসু থবক অদুদা মতেং পাংবা লাক্লে। লম-তু শেংদোকপগী থবক অদু লোইরগা চীংদগী উসোই খাংদুনা চীংমী-তম্মী অনীমক্না উসোই-সিংজু শুদুনা চামিন্নে।

**(৩) লাইশা তানবা ঃ** লাইশা তানবা চৎত্রিঙৈগী মমাংদা চীংমী-তম্মী অনীমক্না শা তানবা চৎকনি হায়বা খঙনৈ অদুগা শা তানবা চৎমিন্নে। শা অমা ফাদ্রিবফাওবা লাইশা তাল্লম্মী অদুগা লাইশা অদু ফারক্লগা ঈবুধৌ পনমদা কৎলি অদুগা ময়াম থোংলগা চামিন্নে।

**(৪) পোকপা শিবগী থৌরম ঃ** অন্দ্রোগী ঈম্নুং অমগী মনুংদা মী অমা পোকপা অর্মদি শিবগী থৌরমশিং পাঙথোকপদা চীংমী ঈচিন-ঈনাওশিংসু য়াওই অদুগা অৱা-নুংঙাই শরূক য়ামিন্নে। হৌজিক ফাওবা চীংমী-তম্মী অমতা ওইবগী অপূনবা শক্তম অদু উৎলি।

**(৫) তরুং-লাংবা ঃ** মমাংঙৈদা অন্দ্রো লৈশা-পাখঙগী হবাও-কুম্মৈ অমা ওইনা তরুং-লাংবগী থৌরম পাঙথোক্লম্মী। লৈশাবীশিংনা সমশিং পূরগা পাখঙশিংনা থাংজৌশিং পায়রগা চীংদা কামিন্নদুনা তরুং হেক্লম্মী। লৈশাবীশিংগী মমাশিংনা মখোয়না হেক্লক্লিবা তরুংশিং অদু মখোয়গী মরীমতাশিংদা যেল্লগা যেন অমমম পূরক্লম্মী। যেনশিং অদু লৈশা-পাখঙশিংগী পূনফম খুলগী লমবুগী য়ুমদা পুবল্লগা লৈশা-পাখঙশিং চাক-চানরম্মী। মদুদা চীংগী লৈশা-পাখঙশিংসু য়াওরম্মী। চাক চাবা লোইরগা পেনা ঈশৈ তাদুনা লৈশা-পাখঙগী অচৌবা হরাও-কুম্মৈ অমা ওইনরম্মী। মদু য়াওশঙগী মহুত্তা তৌনরম্লনি।

থৌরমশিং অদুবু য়েংলুরগা অন্দ্রো হায়বা অরিবা খুল অসি চীংমী-তম্মী অনীগী নক্লবা মরী থল্লিবা চকপা খুল অর্মনি হায়দবা ঙমদে। অদুগা ঙসিফাওবা য়োক্লনা থল্লিবা অন্দ্রোগী মৈ অসিনা মরোল লোন্দনা চীংমী-তম্মীগী হৌরকফম তাক্লি।

## ২৭। মীতৈ নিংথৌশিংনা চীংমী নিঙ্গোনশিং লৌখিবা

ইং ৯৮৪ দগী ১০৬৪ ফাওবদা পানখিবা লাইরেন মৈদিংঙুনা উখুল নিংথৌগী মচানুপী তাংখুল নিঙ্গোন হাওবৈমা লৌদুনা লৈমবেল ওইহনখি, অদুগা চীংমী-তম্মী পোৎ লান্নদুনা নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নখি। মৈদিংঙু লোইযাম্বা, লোইতোংবা, ইৱান-থাবা, সুবোম্বা, সবানবনচিংবনা চীংমী নিঙ্গোনশিং লৌখি। ইং কুমজা ১৩৫৯ দগী ১৩৯৪ ফাওবদা পানখিবা মীতৈ নিংথৌ তাবুংবনসু উখুল নিংথৌগী মচানুপী তাংখুল নিঙ্গোন লাবা লাশাংনু লৌবগা মহাকপু লৈমবেল ওইহনখি। লাবা লাশাংনু হার্যবিবী লৈমবেল অসি লাইগী মথুন চেনবানি, মবম অদনা মহাক্না নোংপোক ইবৈমা ওইনা শাইওন্দুনা মাঙখি, অদুগা তৌজক ফাওনা ইবৈমা লইবেন্নী হায়দনা লাৎনবি। ইবেংবা নিংথৌনসু চীংমী নিঙ্গোন লৌখি। মীতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু তাউনিংমাংগী তালোইসু হাওনুখু লৌই। ইং কুমজা ১৫২১দা মুযাম্বনা মশাগী চহি ১৫ শুবকপা মতমদা মীতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখি। মহাক্কী লৈমশিংগী মনুংদা চীংমী নিঙ্গোনসু যাওখি। ইং কুমজা ১৬৬৬ দগী ১৬৯৭ ফাওবা পানখিবা মীতৈ নিংথৌ পাইখোম্বসু মবাম খুল্লাকপগী মচানুপী ইংগাল্লে লৌদুনা চনাইখোংবা পোকখি। চনাইখোংবগী লৈমা মবিগী মনুংদগী চিংমী নিঙ্গোন নুংথিল চাইবীনা পামহৈবা পোকখি, অসিনচিংবা।

## ২৮। নিংথৌ পামহৈবগী মতমদা

নিংথৌ পামহৈবগী মতমদা (১৭০৯-১৭৪৮) ঈবৈপাক্কী মিং কংলৈপাকপু মণিপুর হায়না ওন্থোকখিবগা লোয়ননা কংলৈবোল শেমদোক শেমজিন তৌখি। খৃঃ ১৭১৬ ফাইবেলগী ১৩নি পানবা থাংজা নুমিংতা ময়াং লম্বোইবা শান্তিদাসনা লাংথবান কোনুংদা থুংলখি। মহাক্না লম অসিগী চৎনবোল নীংথিনা খওলম্মী। মবম অদুনা মহাক্না মণিপুরদা ময়াং

লাইনীং চৎনহন্নবা হোৎনবদা খুদোংচাবা যাম্না ফংখি। পামহৈবনা বামান্দী ধর্ম্ম হেক লৌখিবগা মীয়ান মচা শান্তিদাসনা হাযবা খুদীংমক ইন্দুনা কংলৈচা'শিংবু মযাংগী ধর্ম্ম, চৎনবী অমসুং লাইনীংদা পুশিন্নবা কন্না লাক্লবকখি। হিন্দু ধর্ম্মবু লৌ হাযবা যাদবা মীশিংবু হাৎপা-তূপ্পা, থৌবী যানবা, ঈশিংদা লূপশিনবীবা, ইম্থোকপীবনচিংবা তৌখি। মীচম প্রজাশিংদদা নত্তনা ললহান্বা কৌবা মাযচৌ অমবু বামান্দী ধর্ম্ম লৌ হাযবা য়াদবগীদমক্তা মওক্তা থৌবী হুক্কুনা হাৎনবগী থৌবাং তৌখি, অদুবু চীংঙু খোংনাংথাবনা কনবাখিবদগী মহাক শিখিদে। মীতৈ নিংথৌ পামহৈবনা শান্তিদাস লম্বোইবগী মৱা লৌবগা তৌনীংবতা তৌখি। সনা কোন্নুংদা অশেম্বা পুযা কযা ইখি। শেমদোক্কবা পুযা কযাব্ **শঙ্গাই-ফম্মাং** পুবাণ হাযনা খণ্ডনখি। মযাং লম্বোইবনা মীতৈ মাযচৌশিংগী মহুৎ শিল্লকখি, অদুগা মীতৈগী মীহৈবোন পযাশিংবু মমৈ মকোক খণ্ডহনখিদে মীতৈ মযেক্কা মহুত্তা বঙ্গালী মযেক ওইনা চংনহনখি। মমল যাম্লবা তি যাই চেল্লবা পুযা কযাবু কংলা উত্না নমাংদা ইং ১৭২৯গী শগোলশেন নমিৎতা মী পোলোইবগুম শী খন চানবং খন্দুনা মীম চাদোকখি মবানা হাবমনাখিদুনা শান্তিদাস মশাদা লোযথং খনা নাখি মহাক্কী অনাবা মদু ফবা চুমদদুনা মহাক্না মমৈংদা চীংঙু খোংনাংথবা মাযচৌ অথোইবগী মহম্মদা অনাবা হনবগী মবম পুম্নমক চংজৈ তি যাই চেল্লবা পযাশিংবু মৈ থাখিবসি নিংথৌ পামহৈবগী মরমদানি। ৭

## *২১। স্যার উইলিয়ম পেটিগ্রিয়ুনা মণিপুরদা*

খৃঃ ১৮৯৪গী ফেব্রুযাবী তাং ৬তা স্যাব উইলিযম পেটিগ্রিযুনা মণিপুব লৈবাক অসিদা লাকখি। মহাক স্কোটলেণ্ডদা খৃঃ ১৮৬৯গী জনুযাবী ৫দা পোকখি। মহাক্না কাছাবদগী মীতৈলোল তম্লগা মণিপুবদা লাকখিবনি। মহাক্না মণিপুবদা খৃষ্টিয়ান ধর্ম্ম শন্দোকপা হৌবকখি। যযেংদগী অঙোম পোবোম সিংতনা মীতৈগী ওইনা ইহান-হান্না খৃষ্টিযান ধর্ম্ম লৌখি। খৃঃ ১৯০৫দা যাইস্কুল লোকলাউবুংদা পেটিগ্রিযু লৈবম্মী। মীতৈমখৈ খৃষ্টিযান ধর্ম্ম লৌখিবা তাবে

হায়দুনা চুরাচান্দ মহারাজনা থিংখিবদগী পেটিগ্রিয়ু সাহেবকী হেড-কোর্টর উখ্রুলদা হোংখি। মীতৈ মচা অঙোম পোরোমশিংনা মতেং পাংলগা পেটিগ্রিয়ু সাহেবনা মণিপুরদা খৃষ্টিয়ান ধর্ম্ম শন্দোকখি। ✿

## ৩০। হাও হায়রগা নুংঙাইজরম্বদগী শাউরকখিবা

তম্মীশিংনা হিন্দু অদুগা চীংমীশিংনা খৃষ্টিয়ান ওইখিবদগী চীংমী-তম্মী মচিম্মনাও ওইবগী নুংশিনবা মরী অদু তৎনবা হৌখি। মতুংদদি চীংমী-তম্মী মচিম্মনাওনি হায়বফাওবা কাউথোক্লখিদুনা মপা-মপু মশক খণ্ডবা শা-ষনগুম ওইরক্কদৌরে। চীংমী-তম্মী লৌন-লৈনবা য়ারম্বসু য়াদে, মাংই হায়জিন্দুনা লৈবাক অসিদা নুংশি-চান্নবা লৈমিন্নরকপা কাঙলুপ্পাশিংগী মরক্তা য়েংথীননবা শীনখিবা অদু ঐখোয় চীং-তম অনীগীদমক লাইবক য়াম্না থীবনি। চীংমী অমসুং তম্মী হায়দুনা লৈফমনা খায়াখিবতনি; চীংমীনা তম্মী ওইনীংবা মতমদা তমগী য়ুম্নাক লৌরগা তম্মী-মীতৈ ওইনা অদুম লৈনখি অদুগা তম্মীনসু চীংদা কারগা চীংমী ওইনা লৈনখিবসু য়াম্না য়াওখি। চীংমী পাখঙনা তমগী লৈশাবী লৌনরম্মী অদুগা তমগী নুপানস চীংগী নুপী লৌনরম্মী। মদুগীদমক্তা কারিনতা অথিংবা লৈরমাখদে। ঐখোয় অমতনি। চীংমী-তম্মী অনীগী মরক্তা চরৌ-মৌরৌনবগী ইঙ্গো অসি হৌসি ঙরাংতগী নত্তে, পারোল-পুবোল কয়া কয়াদগী হৌনা অতেং-অথম নাইদ্রবা ঈচেলগুম চেল্লক্লবনি হায়বসি ঐখোয়না খঙই। অদুগা হৌজিক্তা অমুকসু ঈথক-ঈপোম নাইনা চেনখৎলক্লবনি।

মকওইনা লৈবাক অসিদা হিন্দু ধর্ম্ম পুশিন্নবা হোৎনখিবা মতমদা ধর্ম্মনা য়াদবা মীওৎ-মীনৈ কয়া ভৌখি অদুগা কাহেন্না অমাং-অশেং খায়দুনা ঈগী মরীদা চীংমী-তম্মী নুংশিনদনবা হু-কামশিনখি। কংলৈপাক অসিগী চীংমী-তম্মী অনীমক নতম অমদা অমতা ওইনা লৈমিন্নরম্মী হায়বসিদি চুম্লবনি। মপান্দগী লাকপা ঈথিলনা নৎত্রগা ধর্ম্ম অমনা ধর্ম্ম অমবু নমথরগা মথক থোংবা তান্নখিবগী চৈথেং অমনা ঐখোয় চীংমী-তম্মী ঈচিন-ঈনাওবু য়েংথীনহনখিবগী

মবম ওইখিদবা নত্তে। হৌজিক্তি চীংমী-তন্মী নুংশিনবক্তদুনা ঙমখৈ কাযবা যাবগী অকিবা লৈবক্লে। ঙমখৈ ঙাক্লনবা লাক্লবদা মীশি-মীনা কয়াসু নংখ্রে। হৌজিক্কী লুববা তানফম আসদদি ঐখোয পূন্না ঐখোয়গী অমতা ওইবা হৌবকফম অদু খঙমিন্নবগা লান্নখিবা পূম্নমক চুমথোক্লদুনা মহৌশা মহৌশাগুম নুংশি চান্ননা লৈমিন্ননবা হোৎনমিন্নবসি।

মমাংঙৈদদি তন্মীশিংবুনা তন্মী মীতৈ কৌবগা চীংমীশিংবুনা 'হাও' হাযনা কৌবগা মতম শাংনা নুংশি-চান্ননা চাবৌ মৌবৌনদুনা লৈমিন্নবন্মী, অবৈ-লৈত যেন্নদুনা চামিন্নবন্মী। হিন্দু ধর্ম্মবু তন্মীশিংদা নম্ফুদা লৌহনখিবদগা চীংমী হাওশিংবু মাংই, চাওখত্তে অমসুং হন্থবা কাঙলুপনি হাযদুনা ইপ্লোকপাখি। অদুক যান্না নুংশিনবন্না চীংমী-তন্মী বু মতম অদুগী মযাং সাধু চেং-চঙবনা মীতৈ নিংথৌ ইনাসন্দুনা হাওগা মীতৈগা শোক্ল-পন্নবা যাদে, মাংই; কবিগুল্লা শোক্ল-পন্নদুনা চামিন-থকমিন্নরমলবদি মরু কোকথোক্লগা শুন্-য়াইঙং তৈগনি, লোক্তাক্তা থাদরগা ঙাশিংগী মচীঞ্জাক ওইহনগনি হায়বনচিংবা অহকপা য়াথং পীহল্লন্মী। নিংথৌগী চৈবাক কিজবদগী চীংমী-তন্মী কযানা অবাবা খাংখি। চীংমীশিংনা ঈকাই-নুংশি যান্ননা 'হাও' হাযবগা নুংঙাইজবন্দদগী শাউবকাখিবদু মতাং অদুৱাইদা ওইখি। চীংমীশিংনা মীতৈ লোইনমকপুদি শাউবীগন, মবমদি মীতৈ কয়াসু নিংথৌগী মীওৎ মীনৈ খাঙবা ঙমদদুনা মীতৈ ওইখিদবা কযাসু যাওখি। মুন্না হেক খম্থকুববদি অমাং-অশেং খাযদুনা চীংমী-তন্মী নুংশিনদনবা কন্না শীল্লমখিবা নিংথৌ পামহৈবা হাযবা অদু হাও নঙ্গোন নুংথিলচাইবীগী মচানুপানি। খৃঃ ১৭০৪দা মশা মথক্তগী ওইনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌজখিবা চবাইবোংবা মহাবাজনদি লৈবাক মীয়াম্বু নমদুনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌহনখিদে।

## ৩১। *চীংগী ফুঙ্গা-ৱারীশিংদা চীংমী-তন্মী*

চীংগী কাঙলুপ কয়াগী ফুঙ্গা ৱাবীশিংদা চীংমীগা তন্মীগা মবী যান্না নকসিন্ননা লৈনৈ হাযবা তাকলি। মবামগী ফুঙ্গা ৱাবীদা মবামসু অহানবদা মাখেল

হাযবা মফম অদুদা লৈবম্বদগী মবামদা লাকখিবনি হাযবি। মবামগী মচিম্মনাও অনীখক লৈবম্মী। ময়াম্বগী মমিংনা **তিংফি মরাম্বা** অদুগা মনাওনুপাগী মমিংনা **মাকিক খাঙানবা** হায়না কৌবম্মী। মখোয় মচিম্মনাও অনীনা খুল হোংলক্তুনা মতম খব *নাগোনকুই* হাযনা কৌবা মফম অদুদা লৈবম্মী। *নাগোনকুইদগী* মনাওনুপা *মাকিক খাঙানবনা* তমদা কুম্লক্লগা মীতৈ ওইখি। কবুইশিংগী ফুঙ্গা বাবীদসু মদু মঙাই। মখোয়না মহৌ চীংগী লৈখুন্দগী হৌবকখি হাযনা ৱাবীদা যাওবি। কবুই তোম্বনা লৈবম্বা থাংজিং চীংজাওদা তাবম্বা কবুই খুঙ্গাশিংদুগা মোইবাংদা পানখিবা মীতৈ নিংথৌশিংগা যাম্না নুংশিননা তোংন তিন্নবম্বগী ৱাবীসু লৈ। হুন্দুং তাংখুলগী ৱাবীদসু মীতৈগা তাংখুলগা নাচম্মনাওনি হাযনা ৱাবী লীনবি। মবিংশিংনা খুন্দাবিবা মফমশিং অসিসু মীতৈগী যেলহৌংগী ৱাবীশিংগা অদুক্কী মতাক নর্কাসিন্নবা মবী লৈনৈ।

কবুইগী বোংমেকাই অমসুং মহাক্কী লাংবুং হুইগী ৱাবীদা নুমিৎ অমসুং থা অনীবু হুইনা শাউবগা মচীন্না উমই অদুগা মালেম লৈবাক আসন মর্মশিনহন্দুনা গ্রহণ লাকই হাযনা হাযনবি। মবম অদুনা কবুইশিংনা গ্রহণ লাকপা মতমদা **সি লাংবুং তাউ তাউ** হাযনা লাউর্নবি। অদুগা মীতৈশিংনসু হুইনা নুমিৎ অমসুং থাবু উম্বা মতমদা গ্রহণ লাকই হাযদুনা হুইদা **থাবো, থাবো,** উম্লগনু হাযনা লাউনাব। অনালগী ফুঙ্গা ৱাবীদসু বালঙমগী হুইনা বালঙম্বু নীংশিং নীংশ লকপা মতমদা নুমিৎ থাবু শাউদুনা হেক হেক উমই. অদুগা গ্রহণ থোকহল্লে হাযনা থাজর্নবি।

তাংখুলগী ফঙ্গা ৱাবী অমসু লৈঃ থাযনা থাযনা মমাংঙৈদা হুন্দুং খুল্লাকপগী অনৌবা পোকচবা মশক মতৌ ফজববী লৈশাবী অমা লৈবম্মী। নোংমা লেশাবা অদুনা মতোমতা পামলৌ উবা চৎপদা ইখঙ খঙহৌদনা কুডাক অমা পাইশিল্লক্লগা মহাক্কী খোইদৌদা তোংখ কুডাক মদ তাম্থোকপসু যাখিদে, অদুবু ঙাংহক তোংলল্লগা মশা মতোমতা পাইথোকচখি। কুডাক তোংলম্বা নুমিৎ অদুদগী হৈদুনা লৈশাবী অদু মশা বাইশংখিদ্রে। মম মপানা মহাক্কী ফীভম অদুবু কবিগুম্বা মতমদা হঙলক্লবদি মহাকপু চৈবীগানি অমদি ফুবীগানি কিজবদগী মহাক্কা তুম্বা অমদি চাবা খংখিদে।

নোংমা মহাক্না মতোমতা পামলৌদা লাক্লগা মশাদা ইল্লিবা ফি অদু লৈবাক্তা থাবগা মথৱায ৱানা লাউবকখিঃ **ঐবু খঙহন্দনা মীরোলহল্লিবা নহাক মী ওইরবসু লাই ওইরবসু থোকপীরক্লো অদুগা ঐনা থাজরিবা ফি অসিগী মথক্তা ফম্বিরক্লো।** মহাকপু মীবোলহল্লিবা লাই অদুনা লিল অমগী মশক লৌদুনা লাক্লগা ফি অদুগী মথক্তা মবৈ-মবৈ তাশিল্লগা লৈবখি। মদুদা লৈশাবী অদুনা যাম্না কিবম্মী। লৈশাবী অদুগী অকিবগী মওং মতৌ অদু উবদা লিল অদুনা খঙহৌদনা মশক মতৌ য়াম্না ফজববা পাখঙ অমা ওইনা শক-উৎলকখি। অদুদগীদি মখোয অনী ফম্মিন্নখি অদুগা যাম্না নুংশিননা ৱাবী ৱাতাই শান্নবগা চাম্মিন-থকমিন্নখি।

লৈশাবী অদুনা মীবোলবা থা তবেৎকুম্না শুবকপা মতমদদি হাযদোক্তবা যাদ্দুনা মমাদা হায়দোক্লকখি, অদুগা মপার্দাদি মমানসু কিদুনা হায়দোকখিদে। নোংমাদ্দ মপানা মচানুপীগী মীবোনবগী ফীভম অদু উকবদা যাম্না শাউখি। মহাক্না মহাক্কী মচানুপী কৌবগা মহাক্কী নুপা অদু কননো হাযনা হংলকখি। মচানুপীনা মহাক্কী নুপাদ মী নত্তে লাইনি হাযবক্লবদা মপানা থাজদদুনা লাই অদু মশক যেংগে কৌ হাযবকখি। মচানুপীনা মহাক্কী মপুবোইবা লাই অদুবু হন্না হন্না কৌজবদা থোকপীনকখিদ্রে। মদুদা মপানা মহাকপু মচান-থীদুনা পঙঙাঙ ঙাঙর্বনি খল্লগা ফু চৈবম্মী। মপানা মচানুপী অদুদা হাযবকখিঃ *নহাক্না হযেংগী নুমিৎতা নহাকপু মীবোলহল্লিবা নুপা অদু মীবু ওইবো লাইবু ওইবো পুথোকপা ঙমদ্রবদি নহাকপু হাৎকনি।* মচানুপী অদুনা মপাগী অকনবা যাথং অদু তাবদা নুংশাথীখি। নুমিৎ অদু মহাক চাবা হেল্লম্মী অদুগা কপ্ল-কপ্লগা লৈবম্বদগী ঙাইহাক তূমথখি। মহাক্কী মমঙদা লাই অদুনা লাক্লগা হায়বকখিঃ *ইবেম্মা, নহাক্না ঐহাকপু কৌবদা ঐনা লাকখিদবদি নহাক নত্তনা মীগা লাইগা উনবা যাদে, অদুগা ঐহাক্কী ইশক অসি অতৈ কনা অমতদা খঙহনবা যাদে। নহাক্না নপাগী নাক্তা লৈববদি যাম্না ৱাবগনি, লৈফম-চাফম খঙলবোই। মবম অদুনা হৌজিকমক নমা-নপাগী যুমদু থাদোক্লনা চেল্লকউ, ঐনা নহাকপু হূইমৈ হাযবা খুল অদুদা ঙাইদুনা লৈবমগে।* মচানুপী অদুনা মীৎকপ হেক থোক্লকপগা অহিংদা মমা-মপা খঙহন্দনা মযুম থাদোক্লকখি।

মপানা মচানুপীবু থিবকখি। মপানা মহাকপু থিবকপদা মপা খঙদনবা হায়দুনা মচানুপীনা নোংমাংখা পাম্বীগী মকমদা লোৎলম্মী। মহাক্না নোংমাংখা মনা চাবগা লোক খুদনবা লাক্লবম্মী অদুগা লোকসু খুখিদে। মহাক্না কবিগুম্বা লোক খুখিবম্লবদি মপানা মহাকপু ফংদুনা ফুবা অমদি চৈবা তৌবমগদবনি। মবম অদুদগী হৌজিক ফাওবা নোংমাংখা মনা চাববদি লোকখুবা অমদি লোকথুংবা ফৈ হায়নবি। মপানা মচানুপীবু থিবা য়াবমখৈ থিবদা ফংখিদ্রে। মচানুপীনা হূইমৈ খুন্দা লাক্লগা মপুবোইবা মবুংঙো লাই অদুগা নুংঙাইনা লৈমিন্নখি। থা তবা মপুংফাবগা মখোয়গী মচানুপা অনী পোকখি। মখোয়শিং অদু হেক পোকখিবগা লাই অদুনা মহাক্কী নুপী-অঙাংশিং থাদোক্নুনা চৎখিবদগী লাকখিদ্রে।

মচানুপা অনী অদু নোংমা নোংমগী অসুম অসুম চাউবক্নুনা পাখঙ ফাবকখি। মচানুপা অতোনবা অদুনা তমদা কুম্লগা লম যেংলুগে হায়দুনা মমাদা হায়জবম্মী। অহানবদদি মমানা যাখিদে, অদুবু মচানা মযাবক্নবদা মমানা মঙোন্দা ওক অমোম অমা, য়াইঙং মনাও খব, পাল মনাও খব, চেং খবগা হাপ্লীবগা চাকযোম অমদি যুখোম পুহল্লগা মহাকপু তমদা কুমহনখি। খব চৎলগা মহাক্কী ওক অমোম অদু ওক লাবা অমগা উনখি, অদুগা মফম অদুবু উখুল হায়না কৌখি। মফম অদুদা মতম খব লৈবম্লগা মহাক্না পুবকপা ওক অমোম অদুগা লোয়ননা অমুক লাকখি। মহাক্না অসুম লাকপদা মহাক্কী ওক অমোম অদু থা মশীঙ শুবক্নুনা মচাশিং পোকখি। ওক মচাশিং পোকফম অদুবু ওকপোকপী হায়না খঙনখি, অদুগা হৌজিক্নুনা যাইঙংপোকপী হায়না খঙনবি। মফম অদুদা মতম খবমুক লৈবম্লগা মহাক্না লৈতেম মান্নবা মণিপুরগী তম্পাক্তা লাকখি, অদুগা মযুম অমা শাবগা তম্মী ওইনা মচা-মশু পোক্নুনা লৈখি। ❁

## ৩২। চীংমী-তম্মীগী ওইবা ফিরাল অমসুং ময়েক

চীংমী-তম্মী অনীমক অসি লাই হাক্তগী হৌনা হীবম অয়াম্বদা মান্ননা লাকখিবনি। কাঙলুপ অনীমক্কী ওইবা যেক সলাইগী মচু তবেৎনা ওইবা ফিবাল

লৈজে। মথকলোমদগী মথং মথং অঙাংবা, অঙৌবা, অমুবা, হঙ্গাম মপাল, মুলাং (অমুবগা অঙাংবগা লাংবা), মাঙ্গ্রা মচু অমসুং শংবান্নবনা ওইবা ফিবালনি। মদুর্গীসু মথক্তা ঐখোয় ইশাগী কংলৈলোল লৈজে, মযেক লৈজে। মযেক লৈজবা লোলবু চাউখৎপা লোলনি হাযদুনা অৱাংবা থাক্তা থম্মে। লোন্দা নত্তনা মযেকসু চীংমী-তম্মীগী অপূনবা মযেক লৈজবনি। কবুই তোম্বা, খোঙাইখুল তেপিপ, তাংখুল খুল্লেনগী তাংখুল মাইচৌ তাংখু, সলাং মাইবা, কবুই খুম্থৌলেম্বা, চোথে অমাইবা ললহাঙম্বা, চোথে অমাইবী লালহাঙম্বী, ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবগী মৱিং অমাইবশিংনচিংবা কযানা কংলৈ ঈযেক অসিদা পুযানচিংবা কযা ইদুনা থম্বীবম্মী। হৌজিক্কী মীতৈ মযেক হাযবিবা অসি মীতৈখক্তগী নত্তে। মবম অদুনা মীতৈ মযেক হাযবগী মহুত্তা কংলৈ ঈযেক নৎত্রগা কংলৈ মযেক নৎত্রগা মণিপুরী হাযনা কৌবনা হেন্না যগনি। অদু ওইববদি মযেক অসি চীংমী-তম্মীগীনি হাযবা তাক্লে। মদুনা অপূনবা শক্তম অমা শাগৎপদা মতেঙ ওইগনি।

## ৩৩। *চীংমী-তম্মীগী লোলশিং*

চীংমী তম্মীগী লোলশিংগী মতাংদা খবদং নৈনদুনা যেংসি। এ্যনথ্রোপোলোজিগী কাংলোললোইশিংনা খিজিনবদা মালেমদা লৈবিবা মীশিংসিগী ফুকপ ৪ (মরি) থোক্লা খাযদোকই। মখোয অদুদিঃ (১) নেগ্রোইদ, (২) ককেসোইদ, (৩) মঙ্গোলোইদ অমসুং (৪) আস্ত্রেলোইদনি। মঙ্গোলোইদ ফুকপ অসিমুক কাঙলুপ মরি থোক্লা খাযদোকই। মখোয অদুদিঃ (১) ক্লাসিক নৎত্রগা সেন্ত্রেল মঙ্গোলোইদ, (২) আবকতিক মঙ্গোলোইদ, (৩) ইন্দো-মলায়ান মঙ্গোলোইদ অমসুং (৪) আমেরিকান ইন্দিয়ান মঙ্গোলোইদ। চীংমী তম্মী ঐখোযদি ইন্দো-মলাযান মঙ্গোলোইদ কাঙলুপতা চল্লি। ইন্দো-মলাযান মঙ্গোলোইদ অসিমুক সাখায় অনী থোক্লা অমুক খাযদোকইঃ (১) মালয অমসুং

**(২) নেসিওৎ।** মখোয অনী অসিগী মনুংদা চীংমী-তম্মী ঐখোয়দি **মালয়** হায়বা সাখায অদুদা চল্লি। **মালয়** সাখায়গী মনুংদা লৈবিবা চীংমী-তম্মী ঐখোয়না লোল্লিবা লোল অসি মমিং লৈববা **তিবেতো বর্ম্মন** লোলগী মনুং চল্লি। মবম অদুনা চীংমী-তম্মীগী লোলশিং অসিদা লোষ্টে কযা অমা যাওজববসু ৱাহৈ মান্ন মান্নবা কয়া অমা থেংনবি। অসুম্না লোলগী মবী নক্ক বম্বা অসিমক্কা চীংমী-তম্মী অনীমক্কী মবী অদু তাকই।

খুমন্না মবিংশিংনা লৈবিবা নোংপোকলোমদগী লাকখি, মোইবাংনা কুকিশিংনা খুন্দাবিবা মখা মাযকৈবোমদগী লাকখি, লুৱাংনা কবুইশিংনা খুন্দাবিবা অৱাং নোংপোকলোমদগী লাকখি হায়না দল্লিযু মেক্লোক্লা হায। মহাক্লা হাযবম্মী মদুদি হৌজিক হৌজিক ঙাঙনবিবা কংলৈ লোল অসিদা মথক্তা পনখ্রিবা কাঙলুপ মযাম অদুগী লোলশিংগা পূর্নাসিন্নখি, মবমদি মণিপুৰী লোল অসিদা চীংমীশিং অদুনা ঙাঙনবিবা লোলশিংগা মান্নবা কয়ামুক যাওবি। তমদা মীতৈশিংনা হৌজিক হৌজিক ঙাঙনবিবা লোল অসিদগী সংস্কৃত, ইংলিশ, হিন্দি অমদি বেঙ্গোলী ৱাহৈশিং লৌথোকখ্রবদি লেমহৌবিবা শব্দক অদুদি অযাম্বনা চীংমী-তম্মীনা ঙাঙনবম্বা অবিবা লোল মপী অদু ওইগনি। অমনু ওইববসু অমৰু ওইববসু চীংমী-তম্মী অনীমক্কী মান্ন-মান্নবা ৱাহৈশিং খবগী খুদম ম্খাদা পীজবিঃ

| কংলৈলোল | চোথে | কোম | কোইবেং | চীরু | মাৰ |
|---|---|---|---|---|---|
| ঈপা | কপা | কপা | কপা | কপা | কপা |
| ঈপু | কপু | কপু | কপু | কপু | কপু |
| ঈবাই | কবাই | কবাই | কবাই | কউ | (ক) উ |
| ঈসেন | কসেন | কসেন | কসেন | কচা | নাও |
| ঈযানুপা | কমাকপা | কমাকপা | কমাকপা | কমাকপা | মাকপা |
| ঈনে | কনি | কনি | কনি | কনি | নি |
| মৈ | মৈ | মৈ | মৈ | মৈ | মৈ |
| ঙা | অঙা | অঙা | ঙা | ঙা | ঙা |

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ইরোই | সিলোই | সিলোই | সিলোই | সিলোই | সিলোই |
| লমহূই | লমউই | লমউই | লমউই | লমউই | লমউই |
| শম | শম | শম | শম | শম | শম |
| কোক (লু) | লু | লু | লু | লু | লু |
| মাই | মাই | মাই | মাই | মাই | মাই |
| কৈ | অকৈ | অকৈ | অকৈ | অকৈ | কৈ |
| য়োং | অয়োং | কজোং | জোং | জোং | জোং |

চীংমী-তম্মীগী লম্মীৎ-লোন্দা য়েংলুরগসু অপূনবগী শক্তম অমা উবা ফংই। মণিপুরগী খুল কয়া চীং কয়া চীংমী লোন্দা অমদি মীতৈলোন্দা মমিংশিং থোল্লি। চীংমী-তম্মীগী তৎন-থানবা যাদ্রবা অচুম্বদু মসিদা উৎলি। পোইবৈতোন খুন্থোক্তা চীং অমবু **তোকথীনপুং** হায়না কৌখি। মদুগী মরমদি পোইবৈতোন্না মচানুপা কায়নবা মশীঙ য়ামশিল্লকপদগী মখোঙ থীন্দুনা কপ্লম্মী হাযবগী **তোকথীনপুং** হায়না চীং অদুগী মমিং থোনখি। **আলপাইপুং** হাযবা মমিং অদুসু চীংমীগী মরোল **আলকে** হায়বা ৱাহৈ অদুদগী লৌরগা থোর্নাখিবনি। **আলকে** হায়বদি য়েন হাযবনি। অসুম্না মথং মথং মমিংশিং থোল্লকপদা **খাংলাংপুং, থায়েংপুং, হূইরিয়ান, কাতিয়ান লাংদে লৌমাল্লাং, লাকেনফাই, থেংয়া, শেম্বী উপায়কোন লমনুংশি, মোরে, তোম্ফাং, চীংতোম্পোক, তিংয়াৎ খুনথক ওকতোং** অসিনচিংবা পোইবৈতোন্না খুন্থোকপা মতমদা চীংমীলোন্না যুম্ফম ওইবগা লমশিংসিগী মমিং থোল্লম্বগী মতাং থেংনবিবা অসিমক্তা চীং-তম অমতা ওইবম্মী হায়বা তাকই। উখ্রুলদা শিবোই চীং, চংজাবোই, মকু চীংজাও; চান্দেলদা ৱাংব্রেল লৈকোল (ৱাংব্রেলবুং), লমবুং, খোইমু মবিং, খুদৈখুল, ফিবাল খুল্লেন, ফিবাল মচেৎ, অনাল খুল্লেন, চান্দেল খুল্লেননচিংবা; অয়াপুবেলল্লোমদা সনাচীং, উশোইচীং, সীতা চীংজাও, লাইমতোন চীংনচিংবা লৈদুনা মীতৈ লোন্দা লম মমিংশিং থোল্লম্বগী মওং উবি। মসিমক্তা চীংমী-তম্মীগী অপূনবা মশক উৎলি। ❧

## *৩৪। লাই লাংপা*

মীতৈশিংনা লাৎলিবা লাইশিং অসিসু চীংমীশিংনা মপা মপুগী লাইশিং ওইনা লাৎনবম্মী। *সনামহী* হায়বা য়ুমগী কাচিন্দা চীংমী-তম্মী অনীমক্না লাৎনবম্না লাই হৌজিকফাওবা চীংদা খৃষ্টিয়ান নত্তবা মী খবনা লাৎনবা য়াওবি। চীং অমসুং তমগী ঈপা-ঈপুশিংনা সনামহীবু ঈডাৎ-পূজা নীংথিনা তৌবম্মী হায়বা অসিমক্নসু কংলেপাক্কী চীংমী তম্মীশিং অসি মচিম্মনাওনি হায়বা তাকই।

য়ুম য়ুমগী লাই নত্তবা খুল খুলগী ওইবা লমলাইশিংসু চীং তম অনীমক্কী ওইনা লৈবম্মী। হৌজিক হৌজিকমক চীংদা লাইফম কয়া অমা লৈবি। খুদম ওইনা হায়ববদা থাংজিং-চীংদা থাংজিং কোইরেল, মোংবদা কোন্দোং লাইরেম্বী, অদুগা মার্জিং চীং অমদি কৌব্রু চীংনাচংবদা লৈবিবা লাইফমশিং অসি চীংমী তম্মী অনীমক্কী লমলাইশিংগী অশেঙবা খুতম্মশিংনি। চীংমী তম্মী অনীমক্না অপোকপা নীংনবম্মী। অদুনসু চাংমী তম্মী অনীমক খুন্দামিন্নবম্মী অদুগা ঈপা ঈপুগী লাইশিংবু লাৎমিন্নবম্মী হায়বা তাবই।

দল্লিয় মেক্লোজ্ঞা হায়বম্মী: *মীতৈ নিংথৌনা ফম্বাল তোংবা মতমদা নিংথৌ অমসুং লৈমনা চাংমীগী ফিজোল শেংলম্মী. অদুগা নিংথৌনা লৈগদবা য়ুম অদুসু চীংমীগী য়ুম মওংদ শাবম্মী। চীংমী তম্মীগী লই তীগণগী লমদা অমসুং মপা-মপুগা নাৎকী লইশিং অমদি ঈডাৎ থৌনিদা মান্নবা য়াম্না য়াওই। মরম অদুনা মখোয় অনীগী হৌবকফমস শোযদনা মান্নবমফম থোকই। থাঙ্গশেংনমক* চীং অমসুং তমগী ঈপা-ঈপুশিংনা পূজা ঈডাৎ পজা তৌমিংনবম্মী হায়বা অসিমক্না চীং তম অমতনি হায়বদু তাকই।'

## *৩৫। পোকপা অমসুং শিবা*

তম্পাক্তা লৈবা মীতৈশিংগী অঙাং অমা পোক্লবদি তক্নকনিশুবা নুমিৎ অদুদা য়ুম কৈ শেংদোক্লগা ঈপাল-থাবগী থবক থৌবম পাঙথোক্লে, অদুগা

নুমিৎ অদুদা অঙাংগী মমিং থোন্নবসু চৎনৈ। চীংমীশিংনসু অঙাং অমা পোক্লবদি তব্দকনিশুবা নুমিত্তা অঙাংগী মমিং থোনবগী থৌবম হৌজিকফাওবা পাঙথোক্লবা যাওনবি। চীংমী-তম্মী অনীমক্তা অঙাং নাহুৎপগী থৌবম পাঙথোক্লে। মখোযগী মবক্তা কনাগুম্বা মচা (অঙাং) লৈজদবা মীশক অমনা অঙাং অমা যোকপা তাববদি শাগৈগী অহল-লমনশিংবু পীজ-পীথক তৌবগা অঙাং অদু য়োক্কদবা মীওই অদুগী শাগৈদা তিল্লে হাযনা খঙহনবা চৎনৈ।

ঐখোয়গী হকচাঙ অসি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈবাক অমসুং অতিংঅনা পূল্লগা শাবনি। থব্রায়না হকচাঙ থাদোক্লুনা চৎখ্রগা শিবা হাযবা অদু ওই। হকচাঙনা শিববা মতমদা মৈনা মৈদা, ঈশিংনা ঈশিংদা, নুংশিৎনা নুংশিত্তা, লৈবাক্লা লৈবাক্তা অদুগা অতিংঅনা অতিংঅদা তিনখি। অদুমহায়না হকচাঙবু শিদোকখিববু **শিবা** হাযনা খঙনৈ। মী অমনা শিবগা মাগী শাগৈ-নাতৈ, মব্দপ মপাংশিংনা হকচাঙ অদুবু পোৎলোই নৎত্রগা লৈবোন চল্লি। মীতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌখিবদগী মীতৈগী অশিবা হকচাঙবু মৈ থাবা চৎনখি। মদুগী মমাংদদি **চীমী-তম্মী অনীমক্কী অশিবা হকচাঙশিং ফুম্নবম্মী**। মবম অদুনা চীংমীগা তম্মীগগী মবী অসি য়াম্লা নক্রে।

মী হাযদুনা লৈবিবশিংসি মপানা থা অনী অদুগা মমানা থা তবা নাউপুবগা পোকপনি। শিখিবা মী অমগী থব্রাযনা অনৌবা তাইবঙ হকচাঙ অমা লৌদুনা থা তবানীথোই শুবদা পোকখ্রে হাযবগী ৱাখল্লোন্দা নৌনা পোক্লক্লিবদুগী যাইফনবা হাযদুনা তাইবঙ মপুগী মফমদা তবা চাক্লেন কভুনা মীতৌশিংনা ফিবোই থৌবম পাঙথোক্লে। মদু চীংমীশিংদসু চৎনখিদবা নত্তে। অনালশিংনসু **অথোতোন** (ফিবোই) পাঙথোক্লবম্মী। অশিবা মী অদুগী আত্মানা **অথোতোন** হাযবা থৌবম অদু পাঙথোক্লিবমখৈদি মহাক্কী ঈমুং-মনুংগী মীশিংগা অদুম লৈমিন্নে হাযনা অনালশিংনা থাজনবম্মী। ✲

## *৩৬। চীংমী-তম্মীগী মান্ন-মান্নবা অতৈ খর*

তৌবকফম মান্নবনিনা ঐখোয চীংমী-তম্মী অনীগী মান্ন-মান্নবা কযা লৈ। চীং অমসুং তমগী লৈশাবীশিংনা সাই ককপা অমদি ফনেক খোইখা শেৎপা

## মণিপুরগী চীংমী-তম্মী

অদুগা মৌশিংনা সাই খোমগৎপা অমদি ফনেক্লা ফিদোল চীংখৎপা চৎনরম্মী। হৌজিক হৌজিকফাওবা চৎনবী অসি ঙাক্লা চৎনবা য়াওরি। মদুনা চীং অমসুং তম অনীমক্কী নুপীশিংবু লৈশাবীনি অমদি মৌনি হায়বা খঙনবম্মী। মদুনা চীংমী- তম্মী অনীগী যাম্না নকশিন্নবা মবীদুবু তাক্লম্মী।

অদুগা জগোই শাবদা শক্লিবা খুনুং-ঈশৈগী শৈহেক-শৈশক অমদি জগোইগী শাথেক-খুথেক চীংগা তমগা মান্নবা যাম্না যাওই। চীংমী-তম্মী অনীসে মচিম্নানাও ওইবা মবমনা অমনা অমদগী লৌনবমগনি অদুগা অনৌ-অনৌবা জগোই-ঈশৈনা ঐখোয়বু মালেমদা শক-তাক্লি। ঐখোযগী জগোই শাবা অমদি শাবীশিংগী খুথেক-শাথেক্লা মালেমদা লৈবিবা মীশিংবু শুক্মৎলিবনি। নোংচুপলোমগী জগোইগুম্না ফি তাখৎলগা নৎত্রগা ফি ইযাও-যাওদনা শাবগা ইন্দ্রিযশিং মবাং হৌতনবা জগোই নত্তে। মমিৎ মনা, থবাক অমসুং মনিং যাওবা জগোইশিংনা চীংমী তম্মী ঐখোযবু মালেমগী অতোপ্পা জাতিশিংদা খঙহনখিবা নত্তে। ঐখোযগী চীং তমগী মহৌশাগী ওইবা অশেঙবা খুথেক্লা ঐখোযবু মালেমদা শক-তাক্লিবনি। তাংখুলগী খুবাক ঈশৈগা মীতৈগীগা মান্নবসু যাওই। কবুইগী জগোই মণিপুরী জগোইগী মচল অমা ওইবি। জগোই খুথেক্তা মবী চৎ'ন' মীতৈগী ঈশৈগী খোল্লে অমসুং লাইখৎপদসু চীংগীগা মান্নবা যাম্না যাওই। জগোইগী শাথেক খুথেক মান্নবদ ..না জগোইগী ঈশৈদা শীজিন্নবিবা পুং, শেনবু.., পেনাগী মওং-মতৌ অমদি ঈবাই ঈনন্দসু মান্নবা যাম্না যাওবি। অমগা অমগা পুথোক পুশিন তৌনৈ। মীতৈনা শাজিন্নবিবা পেনা হাযবসিসু চাংদা ধম্মগী থৌদোক কয়াদা শীজিন্নৈ।

হিযাঙ্গ থাগী নীনি পানবা নুমিৎতা মবুং মৌপ্পাশিংনা মচন-মচে ওইবাশিংব চেক রৌনৈ, অদুগা হবাও হবাওনা হবৈবা থবদা ওইববসু চম্মিন্নে। মযুম পানখুনী কযানা নুমিৎ দাসদা মপান মপামদা লাক্লনা মখোয মখোযগী মবা-মুংপুক্তি ফোংদোক্লে। থৌবম অসি চীংদসু পাঙথোক্লবম্মী। হৌজিক্তি তমদা চীং তম পুম্না চাকৌমিন্নবগী থৌবম পাঙথোক্লবক্লে। মদুনসু চীং-তমগী অমতা ওইবা মশাক অদু তাকই।

ব্লাকচীং থাগী অহানবা চৈচত্তা চহি হৌবগী থৌবম চীং অমসুং তম অনীমক্লা পাঙথোক্লবম্মী। চীংগী কাঙবুশিংগী মাগী মাগী ব্লাকচীংগা মান্নবা থাগী

মমিংশিংদিঃ মাও **ইষ্টকীনা থাবনো**, লোংঙা কোইবেংগীনা **উনলী**, উখুল তাউনগীনা **থান্নাও**, নোর্থ উখুলগীনা **য়ুহেন**, কোমগীনা **তরে**, মাও রেষ্টকীনা **দোলি**, মবিংগীনা **মত্রাও**, সাউথ তাংখুলগীনা **লোথো**, জৌগীনা **গাংপী**, অনালগীনা **ফালবা**, লীয়াং নাগাগীনা **চাপম**, কুকিগীনা **তোলবোন**, মাবগীসু **তোলবোন**, তম্পাক কুবুইগীনা **চাগবু**। কবুইনা ব্লাকচীং থাদা **গান-ঙাই** থৌবম পাঙথোকই। মতমগী অওনবা লাকখিবদগী হায়বদি তম্পাক্কী মীতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌখিবদগী বেঙ্গলগী বৈসাখ (শজিবু) থাদা চৈবাওবা থা হোংদোকখি; অদুগা চাংমীশিংনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম্ম লৌখিবদগী জানুৱারিগী অহানবা নুমিৎতা চহি হৌবগী থৌবম হোংদোকখি। চীংমী-তম্মী অনীমক্কী ওইবা চহিগী মশীঙ থীবা হৌবসু বাকচাং থাদগী হৌবম্বনি। মসিমক্তসু চীং অমসুং তম অমতনি হায়বদু তাকই।

ফাইবেনগী মঙানি পানবা নুমিৎতা **ফাইরেন লৌতাবা** হায়বা থৌবম অমসু পাঙথোক্লবম্মী। হৌজিকমকসু থৌবম অসি পাঙথোক্লবা যাওবি। নুমিৎ অসিদা চীং তম অনীমক্কী ওইনা অনৌবা চহিগী লৌউবা হৌবা ওইনা লৌবুক্তা মণপোং কাবল অমতা ওইববসু চৎনবম্মী নৎত্রগা যোৎপাক্লা লৈবাক খবদা ওইববসু চৌংবা চৌনবম্মী। ফাইবেনগী চেচৎ ১৫দা চীংমীশিংগীসু মক-মবাং হুনবা হৌবগী ওইনা **লুই-ঙাইনি** পাঙথোকই।

চাংমী তম্মী অনীমক্কী ওইবা মশান্না কয়াগী মনুংদা মুক্রা, মুক্রা কাঙজৈ, শগোল কাঙজৈ, খোঙ-কাঙজৈ, যুবী লাকপী, শুযেল লাল্লোং, শাবৎ শবাৎ, খাং তানচিংবা লৈ। মশান্নশিং অসিনা মবম ওইবগা মীবৈপাকচাশিংনা চীংমী তম্মী ঐখোযবু মশক খঙবীবি। ঐখোযগী শগোল কাংজৈদি মালেমদা মমিং লৈগ্রে। তা-খৌছাবোন্দা চীং অমসুং তমগী মখল মখলশিং লৈজববসু মখোযদা মান্ন-মান্নবা কয়া যাওবি। অমনা অমগী খৌছাবোন খঙনৈ। লৈবাক্কী কুম্মৈ কয়াদা চীংমী-তম্মীশিং পূন্না শব্দক য়ামিন্নৈ।

উমংলাই হবাওবদা শাবম তবেৎ ঙাবম তবেৎ কৎলিবসিনা চীংমী-তম্মী অনীসে চীঞাক মান্নবম্মী হাযবগী খুদমনি। কংলৈপাক অসিদা লৈখিবা কাঙলুপ খুদীংমক্কী মকওইবা চীঞাক্কী চাকনি। শীংজু, চমফুৎ, চমথোং, কংহৌ, কাংশোই, শা, ঙা, মোবোক মেৎপা, উতি, ইবোনবা, হৱাইজাব, হেনতাক,

ঙাবি, থাংজিং, চগেম পোম্বা, যোংচাক, থম্বৌ, হৈকক, শৌগ্রি, কোঙ্গ্রেং, থবোই, উসোই, সোইবুম্নচিংবসি চীংমী-তম্মী অনীমক্তা য়াম্না পাম্না চানৈ। চীঙ্গাক মান্নবসিমক্কসু চীংমী-তম্মী অনীমক্কী মবীসে যাম্না নক্লে হাযবা তাকই। ✽

## ৩৭। মীতৈশিংসি আর্য্যশিংগী মচা-মশুশিং নত্তে

হৌজিক তৌজিক ঐখোযনা ফংলিবা পুযাশিং, লাইবিকশিং, এক্সাভেশননচিংবদগী ফংলকপা মচাকশিং, কলচব অমসুং ফুঙ্গাবাবীশিংসিবু নৈনকববদ তম্মীশিং অসি কনাস নত্তে কংলৈপাক্কী চীংমীশিংগী চাদা নাওদা চাঙনি হাযবদা হাযমনবা থোক্তে কংলৈপাক্তা লৈবা চীংশাং পবেংশিং অসি তম্মীশিংগী হৌবকফমনি।

অবাং ভারত্তা অপম্বা সমুদ্রগী ঈবোন্নুংদা লূপ্তুনা লৈরিঙেদা ঈপা ঈপুশিংনা শাংগোল কাওক্তে শান্নদনা থম থেংনা নুংঙাই যাইফবগী থাক লৌবম্নবা ঐখোযবু ভারত্তা ভাবত্তা খুন্দাখিবা আর্য্যগী মচা মশুশিংনি হাযজিনখিবা অদু ঐখোযগীদমক লাইবব যান্না থাবানা। ঐখোযগী অমতবু থাকপীখিদ্রে। অদম অদুম ওইনমক কৌব্রু, থাংজিং, মঙ্গং, লাইমতোন্নচিংবা চিংশংদি লেঙদনা লৈবি, চকপা, টুযাং, ইম্ফাল, হৌবাম থুংশংসু লৈবি, অদুগা পাৎনচিংবসু লৈবি। ঐখোযগা লৌমিন্নবকপ শা উচেকশিংগস লৈমিন্নবি। কনানা চীংমী তম্মী ঐখোযবু লাইনবাকমচানি হায়গনি?

হিন্দুগী পাণ্ডবশিংনা ঐখোযবু আর্য্যাশিংগী মচা মশুনি হাযজিনবী। মহাভারতকী শরক অর্জুননা মণিপুরদা লাক্লুনা চত্রবাহনগী মচানুপী চিত্রঙ্গদা কৌবী অমবু নুপী ওইনা লৌবম্মী, অদুগা চিত্রঙ্গদানা বব্রুবাহন কৌবা মচানুপা অমা পোকখি অদগা মহাক্না মণিপুরগী নিংথৌ ওইখি হাযনা হাযজিল্লি। মীতৈশিংবু নমদুনা হিন্দু ওনহনখ্রবা মতুংদা মীতৈশিংসি আর্য্যশিংগী মচা মশুশিংনি হাযনা লান্না হাযনখি। অদুব ব্রিটিশশিংনা মণিপুরবু লৌশিনখ্রবা মতুংদদি মীতৈশিংগী হৌবকফম অসি আর্য্যশিংগা শম্নদবা অমা ওইবকখি। অর্জুননা বনগী খোঙচৎতা

লৈবিঙৈদা চৎখিবা মফম মণিপুব অদুদি ওবিষ্যাগী সমুদ্র খোঙবান্দা লৈবা মহেন্দ্রগীবি চীংশাং মনাক্তা লৈবা মফম অমনি। ঐখোয়গী মণিপুব অসি নত্তে। মীতৈগী ইতিহাস মতম খবদংগী ওইনা ঈচেল থৈকবগী ৱাদনি। ঞ

## ৩৮। চীংমী তন্মীনা শেমখিবা মণিপুরনি

ঙসি ওইবিবা ঐখোয়গী সনা লৈবাক মণিপুব অসি চাংমী-তন্মী অনীনা শেমখিবনি। লৈবাক অসিবু মীবৈবাকচাশিংনা থাযনদগী হৌনা যাম্না কল্লক্লকখি। মখোযনা নোং'পাক অমসুং নোংচুপ মাযকৈবোমদগী লান্দাববখি। চীংমী-তন্মী অনীমক্তা মখোযবু থৌনাফনা মাযযোক্লখি, অদুগা মাণপুববু কলহৌবদগী ঐখোযনা হৌজকফাওবা ঐখোয ওইনা হিংলিবনি। শান্তিদাস থাজিল্লক্লুনা ঐখোযবু মাঙহন্নবা হোৎনখি। বর্মিজশিংনা চীং তমগী অপীকপা অঙাংশিংবু ঈমুংদা খোং লোনাসন্দুনা থম্লগা মনুংদা মোবোক মৈ থাদুনা হাৎখি। মখোযনা ঐখোযবু মাংহন্নবা লাক্লখি। লানফমদা ঐখোযগী মী অমগা মখোযগী মী তবাগা লম্না তৌনাখ। ঐখোয়দা ইতিহাসনা তাক্লি মদুদি মণিপুবগা বর্মাগা তওনা মফম এবাং হেক শঙদবমখে লাক্লোক্লবম্মী। কাবিগুম্বা মতমদনা মাণপুবনা মাযপাক্লম্মা অদুগা কাবিগুম্বা অতোপ্পা মতম অমদনা বর্মানা মাযপাক্লম্মী। মতৌ কবম্না তম্পাক্কী লাম্মীশিংনা কুকি-নাগা তাবা নোংপোকথংবা চীংশাংশিং লান্না বর্মা লাম্মীশিংবু তাম্লোক্লুনা মখোযবু মাযথীবা পীবা ঙম্লমগানা? চীংশাংশিং অদুদা লৈবিবা চাংমীশিংগী মতেং যাওদনা তম্পাক্তা লৈবিবা মীতৈ লাম্মীশিংদনা বর্মাগী লাম্মীশিংবু মাযথীবা পীখিবা ঙম্বা হৌনদে। খোংজোম লান্দসু নাগা, কুকি, কোমনচিংবা যাওনা লাল শোক্লখিবনি।

চীংমী-তন্মী অনীমক্তা শেম্মিন্নবকপা মণিপুব অসবু হিংহনগে অমদি চাওখৎহনগে হাযববদি ঐখোয কাঙলুপ অনীমক পৃকচেল খোযজেল তিন্ননা অমতা ওইনা লেমিন্নবা তাবনি। মপান্দগী চঙলকপা মীতোপশিংনা মীশীঙ নৎত্রগা শাওং হেনগৎলক্তুনা খুদোংচাবা লৌখ্রবদি যেলহৌঙৈদগী

লৈমিন্নবক্লবা ঐখোযসে মফম-মবাং খণ্ডদনা মাঙখিবা য়াবগী অকিবা লৈতবা নত্তে। মবম অদুনা ঐখোয পুম্নমক ইশা ইশাগী ওইজবা থাদোক্লবগা চীংমী-তম্মী ঈচিন-ঈনাওনি হাযবগী অপূনবা শক্তম অমা থমদুনা নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নবসি। ঐখোয পুন্না হিংমিন্নবিবমখৈ নুংঙাইনা হিংগনি, নৎত্রবদি খুদোংথীনঙাইগী মশক্লি। ৺

## ৩৯। চীংমীশিংনা তম্মী খুদীংমকপু শাউবিগনু

হৌবকফম মান্নবনিনা ঐখোযগী চীংমী-তম্মীগী মবক্তা তৎন-থানবা থাদবা মথী অমদি অদুম লৈর্বাক্লি। অদুনু হৌজিক্তি মান্ন-মান্নবা লীপুন্না পুন্দুনা লৈমিন্নবকপা চীং-তম অনীগী নুংশিনবগী ঈচেল অদু কংবা হৌবক্লে। মমাংঙৈগী অমতা ওইবন্নগী বাবীশিংদু বাউথোক্লবক্লে। ঐখোয ঈচিন ঈনাও অনী লাপথোক্লকপগী মথমদি অহোংবা কযাগী শাফুনা ওইখির্বনি। হৌজিক্তা ঐখোযগী মনুংদগী খবনা হিন্দুগী, খবনা খৃষ্টিযানগী অদুগা খব অমনা হান্নগী ধর্ম্মগী তোঙান তোঙানবা মহাওশিং খঙনদুনা লম্বী তিন্নদনা চৎখিবদগী ঐখোয ঈ মশেল অমা ঈনা হাযবে। মমাংঙৈগা হৌজিক্কা মান্নবি হাযবা যাদ্রে। ঐখোযনা মগা অমসম শুমিন্নগদবাদ : চীংমী ঈচিন ঈনাওশিংবু তম্মীশিংনা ইন্থোকখি হাযনা লৌনবিবসি চীংমীখক্তবু ইন্থোকখিবা নত্তে, তম্মীনসু তম্মীবু মাংই হাযদুনা যাম্না হেন্না শাথীনা ইন্থোকখি। তম্মীশিংদদি হিন্দু ধর্ম্ম চৎলু য়াদ্রগা ফবা অমদি চৈবদগী হেন্দোক্লুনা ঙক্তা থৌবী খুবগা চিংবা, ঈশিংদা থাদদুনা লাক্লবা অমদি অতোপ-অতোপ্পা তমথীববা মীওৎ-মীনৈ কযা মীচমদগী হেন্দোক্লুনা মাইচৌ অমদি ফম্নাই-ফম্নাইবা মীশিং ফাওববুসু ওৎ-নৈবিখি।

হিন্দুগী লাইনীং-লীচৎনা অরাবা চৈথেং পীখিবা অসি চীংমীশিংদা পীখিবদগী তম্মীশিংদা পীখিবনা হেনখিব্রা হাযনা খঞে। মহাবাজনা মীতৈ অমবু ইন্থোকপা ওইরবদি মতম অদুগী লুপা ৫০০/- অদুগা মযামুং অহলনা নৎত্রগা

ব্রহ্মসভানা ইস্তোকপা ওইরগনা লুপা ২০০/- ব্রাকোংশেল ওইনা পীদ্রিবমখে লৌখৎপীদে। মতম অদুগী লুপা অমা হায়বদুদি ফৌড়া অমমুক পাক্লম্মী। মদুগী মথক্তসু ঈপা-ঈপু অপোকপা খুরুম্বসু ফোংনা অয়ুক-নুংথিলদা মী খঙনা খুরুম্বা য়াখিরমদে। লাইখুরুম্বদা য়াওখিবা পোৎলম খুদীংমক মপান্দা পুথোক্লবদি দণ্ডি ফংগনি কিবদগী ঈমুংদা লোন্না ফুন্নরম্মী। মরম অদুনা চীংমীশিংনা তম্মীশিংবু শাউবীবা মতমদা তম্মী খুদীংমকপু শাউবিগনু। ॐ

## *৪০। বারোইশিন*

চীংমী-তম্মী অনীমক মীহৌরোন্দগী হৌদুনা মণিপুরগী লৈহাওদা চাউমিন্নবকপনি; অদুগা লাই হাক্তক্তগীসু ঐখোয়সে ঈ মবী অমতনি হায়বা আসি চুন্নবা ব্রাফমনি। ঐখোয় ঈশেল শকখঙ-মায়খঙনবগা লোয়ননা ঐখোয়গী হৌবকফমবু নীংথিনা খঙজবা অদুগা অমনা অমবু মতেঙ পাংনবা দবকাব ওই। ধর্ম্মগী অখুবা মীৎয়েং থম্নদনা অমদি অচৌ-পীশক খায়নদনা অমগা অমগা চাবৌ-মৌবৌনবা অমসুং অমনা অমগী চৎনবীবু ঈকাইখুম্নবসু দরকার ওই। তম্মীশিংনা খুদোংচাবা মফমদা লৈবাননা অথাপ্পা চীং-মান্দা লৈবিবা চাংমীশিংগী খুলশিংদ' চত্তুনা নাৎকী জগোই ঈশৈশিং থৌরম পাওথোকপগা লোয়ননা চাংমীশিংগী অবাবা অমসুং খুদোংচাদবশিং অদুবু লৈহন্দনবা লাক্লগদবনি। অচৌবা ফুন্দপনা অপীকপা ফুন্দপপু নৈহৎপীবা অদুগা মখোয়গী হকপু মৎপীরবদি ঐখোয পূন্না নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নবা য়াবোই। ঐখোয ঈশেলগী মবক্তা লৈবিবা খেন্নবা ব্রাখল অমদি য়েংথীনরিবা মতৌ অসি মাঙহনখিনবা উপায় থিরসি। লৈঙাকলোইশিংনসু অচান-মীরাই নাইদনা খুদোংচাদবা মফমশিংদা হেন্না খুদোংচানবা অব্রাৎ-অপাশিং পীবিবা তাই। হৌজিক্তী চীংমী-তম্মী ভাব তান্নরগা পূন্না অফবা থবক তৌমিন্নবা দরকাব ওইরে। *ঐগী* হায়বা ব্রাখল থাদোক্লরগা *ঐখোয়গী* হায়বা অফবা ব্রাখল অদু খন্নবা মতম ওইরে। ঐখোয়না চীংদা অমদি তমদা তোঙান-তোঙান্না লৈনববসু ঐখোয়গী

থম্মোযদা নুংশিনবগী ঈচেলদি লেপ্তুনা চেলহনসি, অমতা ওইবগী ফীভমদু লৈহনসি। তম্মীনা চীংদা কাদুনা অমদি চীংমীনা তমদা কুমদুনা পূকচেল শেংনা অমনা অমগী মতেঙ পাংনদুনা নুংশিনা লৈমিন্নববদি অমতা ওইবগী ফীভম অদু লাকপা ঙমগনি।

ধর্ম্ম খুদীংমক অফবা ঙাক্তনি। তৌবতবু মশা মশাগী ধর্ম্মনা হেন্না পাম্মনখিবদগী নৎত্রগা *ঐগী* হাযবা ৱাখলনা থুঙ্কৎখিবদগী অতোপ্পা ধর্ম্মবু থীনা থীনা চৈনবা যাওই। মদুদি তশেঙনা হাযববদা ধর্ম্মগী মমিংদা লালহৌবনি। ধর্ম্মগী পন্না নৎত্রগা ধর্ম্মগী অখুবা মীৎযেংনা ঐখোযগী নুংশিনবগী ঈচেলবু থিংহনখিগুম্মসি। বাইবল, গীতা, কোরাণনচিংবা ধর্ম্মগী অশেঙবা লাইরিকশিংনা ঐখোয মীওইবদা অমগা অমগা নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নৌ হাযবি। নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নবা হাযবসিমক মহামঙ্গলগী মশক্নি। অদুবু ৱাহৈনতা নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নসি হাযনা ফজ ফজববা ৱাহৈশিং শীজিন্নদুনা পঙাঙ্ড ঙাওবখক্রদি ওইবা যাবোই। চানগা খুংকা মান্নগদবনি। মথক্তা কাবগা মখাবোমদা ঐখোয অমত্রনি, নুংশিনসি হাযনা লাউথবকপখক্রদি চীং ত্রমগা অপনবা শক্তম অদু পুবকপা থব ঙম্লোই। কাঙ্গলুপ অমনা মশাগী ওইহৌবখক্তা খনবা তৌরোহদবনি। মী অমনা মহাক মশানা হেক পোকচবা মচাশিং নংশিজবগুম কা... প অমগী মীনা অতোপ্পা কাঙলুপ অমগী মীবু নুংশিগদবনি। অপান্ব. অশাউবা, কল্লক 'মতৌবা হাযবনচিংবা মীওইবগী যেক্লবশিং অদব থাদোকপা ঙম্লবা হোৎনবা তাই। বাখল মুন্না খন্থনবা তাই। মদু নৎত্রবদি ঈমা অমতগী মচাশিং ওইবখক্তনা ঐখোয় পূম্নমক নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নগনি হাযবা য়াদে

নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নসি হাযনা চান্না হাযবদি অবাযবনি, অদুগা ঐখোয ঈচিন-ঈনাওশিংনি হাযনা চান্না হাযবসু অবাযবনি; অদুবু ঐখোয চীংমী-তম্মী অনীমক নুংশি চান্ননা অমতা ওইনা লৈমিন্নবা হাযবা অসিমদি অকনবনি। ঐখোযদা *অচুম্বা* হাযবদুমা লৈত্রিবমখোদ ঐখোয ঈশেল নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নবা খক যাবোই। ঐখোয ঈশা-ঈশাদা চুম্না চৎলগা অতোপ্পদসু চুম্না চৎসি। চীংমী তম্মী ঈচন ঈনাওনি হাযদুনা তম্পাক্কী লমশিংদা লাউবখক্তনদি

মণিপুরগী চীং অমসুং তমদা খুন্দাবিবা ফুরূপশিংগী মবী চেৎশিনহনবা ঙম্লোই। চীংমী-তম্মী অনী অসি নুংশিনববদা অমদি লিংজেল মান্নববদা কনানসু মণিপুরগী অপূনবা শক্তম থুগাযবা ঙম্লোই। মসিগী অচুম্বা অসিবু থবক্তা থবক ওইনা উৎপা ঙম্নবা লাক্লবসি।

তম্পাক্কী মীশিংনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌখিবদগী হিন্দু ধর্ম্ম লৌদবা চীংমী-তম্মীশিংবু মাংই হাযনা লৌখিবা অদু অফবা নত্তে, ঐখোযগী অপূনবা শক্তমদা চৈথেং পীখিবনি। হিন্দু ওনবা তাম্বদি মী অমমমদা লুপা ৮২ পাই ২ পীবগা যাগনি হাযদুনা মণিপুর সবকাবনসু লাউথোকখি। শেনফম অদু পীবা ঙমখিদবা তম্মীশিংবু মাংই হাযদুনা ইম্মোক্লগা লৈহনখি। মখোযবু সেদুল কাষ্টনি হাযনা খঙনখি। হিন্দুগী লাইনীং লীচৎ লৌহনখিদবা চীংমীশিংবুনা অমাংবা সেদুল ট্রাইবনি, হিন্দুগা চাবৌ মৌবৌনবা যাদে, ঈমুংদা চঙহনবা যাদে হাযনা মখোযবু হিন্দু লাইনীং লীচৎকী চেকপন অমনা খাখিবদগী মীগা মীগা মবক্তা খেন্নবা থম্না হৌখি। মসবু ধর্ম্মবা? অদুগা খপ্নিযান লাইনীং লীচৎকী চেকপন অমনসু তর্ম্মীশিংবু মাযকৈ অমবোমদা যেংথখিবা যাওখিদবসু নত্তে।

অমগা অমগা নুংশিনবা হাযবসিদগী হেনবা অতোপ্পা লাইনীং লীচৎ অমা লৈত্তে। ধর্ম্ম হাযবদি নুংশিবা হাযবনি। নুংশিবা হাযবদি শান্তি হাযবনি। শান্তি লৈবা মযমদা ঈশ্বর লৈ। ধর্ম্মগা শান্তিগা চৎমিন্নগদবনি। ধর্ম্ম লৈত্রবদি শান্তি লৈরোই, শান্তি লৈত্রবদি ধর্ম্ম লৈরোই। ধর্ম্মগী মিংদা যেক্লবা অমদি লাল তৌনবা ধর্ম্মগী ওন্ন তৌনবনি। ধর্ম্মদা শাউনবা, যেৎনবা অমদি খৎনবা ধর্ম্ম নত্তে, অধর্ম্মনি। ঐখোযগী লৈবাক অসিদা ধর্ম্ম মযাম অমা লৈজসনু। লৈকোল অমদা মচু মখল মযাম অমগী লৈবাংশিং শাৎচসনু। মদুনা লৈকোন্দুবু হেন্নদুম ফজহনগনি, অদুগা ঈশ্বরগী মতীক-মগুণবু হেন্না ফজবা মওং অমদা ফোঙদোকপদুম ওইগনি। ঈশ্বরদি মখল মথেল মযাম অমা পামজবদগী মালেমসিদা মখল মখল মযাম অমা লৈহনবনি। ধর্ম্ম পূন্নমক্না ঈশ্বরগী পেন্নবা তৌবগা পূন্নমক্কী যাইফবনি।

ধর্ম্মগী কাঙলুপ অমগা অতোপ্পা কাঙলুপ অমগা যেংথীনবিবসে ধর্ম্মগী মবাল নত্তে, ধর্ম্মবু লান্না চৎলিবা মী মখল মখলদুগী মবালশিংনি। ধর্ম্মনা

ঐখোয়বু য়েংথীনহনগদবা নত্তে, নুংশিনহনগদবনি। ধর্ম্ম পূম্নমক্কী পম্বুং অমতনি। ধর্ম্ম পূম্নমক্কা তান্নবিবসি ঈশ্বরবুনি, ঈশ্বর ফংলগা লোইবে। ঈশ্বর অনীশুনা লৈবা যাবা হৌনদে। ঈশ্বর ফংননবা মীশিংনা লম্বী তোঙান-তোঙান চংচবগী ব্রাদনি। ঐখোয়না ধর্ম্ম তোঙান-তোঙান চংচববসু, ধর্ম্ম পূম্নমকপু ব্যবহার তৌসি। ঐখোয় মীনি। ঐখোযবু ঈশ্বরনা থোইদোক হেন্দোক্না নুংশিবীবনি। মবম অদুনা ঈশ্বরগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎপা ওইনা ঐখোয় পূম্নমক নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নবগা ঈশ্বরবু থক কাউনগুমসি। ধর্ম্মগী অথুবা মীৎযেং থাদোক্লর্বাসি।

মালেমসিদা ধর্ম্ম ময়াম অমা লৈজববসু ঈশ্বরদি অমতনি। ইবুংঙো মহাক্কী মমিংসু যাম্না লৈ, অদুগা মতীক-মগুণসু থাবদা লোইবা-খম্বা নাইবা নত্তে। পম্নমক্কী তৌবকফম ওইবিবা ইবুংঙো মহাক্কুবু লৈবমদ্রবদি ঐখোয় পূম্নমকসু লৈবক্লোই। ইবংঙো মহাক্না ঐখোয় পূম্নমক্কী ঈমা-ঈপানি। ঐখোযনা ব্রাখল খনবদসু, বা ভাগুবদসু, থবক অমা অমা তৌবদসু— ফীভম পূম্নমক্তা ঈশ্বরবু নাংশি বা ওইনা ঐখোয চাংমী তম্মো পূম্নমক ঈশ্বরগী মচাশিংনি হায়না খল্লগা নুংশিনাস, অদুগা যেলহৌভেদগী লৈবক্কবা চীংমী তম্মীগী মরী অদু তংতনাগুমাসি। মদু ওইরবদি ঈশ্বরগী থৌজাল ফংদুনা গুরু পম্নমক্না ঐখোযগা মীচন্দা লাক্লান। ০

# BIBLIOGRAPHY


1. ***Ching-gi Wari*** *by Thoma R. Moyon, Bijoy Press Ltd. Imphal (1952).*

2. ***The Naga Tribes*** *of Manipur, by Hudson, T.C. B.R. Publishing Corporation, Delhi, (1974).*

3 ***Imphal*** *by Mutuwa Tombi (1975).*

4. ***Ching Amashung Tamgi Maree*** *by the Manipur Cultural Integration Conference, Oriental Printing Home, Imphal (1976).*

5. ***Naga Hills and Manipur*** *by Allen, B.C., Gian Publications (1980).*

6. *Ching-Tam Tinna Wari by Thoma R., M.D. Brothers' Publishing Printing, Kakching (1981).*

7. *Manuscripts written by the hand of Pdt. L. Thumthung Anal, Chandel Xian (1981).*

8. *The Anals of Manipur by Capt. Rajendra Singh, The Garhwal Rifles, Soul Printers, Delhi (1981).*

9. *Anal, A Transborder Tribe of Manipur, by Gangmumei Kabui, K.M. Mittal, Mittal Publications, Delhi- 110035(1985).*

10 *Ching-Tamgi Phung-ga Wari, by Sarangthem Bormani Singh, Oriental Printing Home, Yaiskul, Imphal (1986).*

11. *Tribals and their Culture in Manipur and Nagala 'd, Vol. III, by Ghosh G.K., Ashish Publishing House, New Delhi (1992).*

12 *A Short History of the Indigenous Communities of Kangleipak, Vol.-I, by the League of the Fourth World People, Kangleipak, Unique Printers, B.T. Road, Imphal (October, 2000).*

13. *Manipursu Nagasu Khanguthakta Thonkhibani, by Luwang Athouba, Puthiba Press (Computerised), Khurai Lamlong Bazar, Imphal (2001).*

14 ***A Short History of the Indigenous Communities of Kangleipak, Vol.-II,*** *by the League of Fourth World People, Kangleipak, Lamyanba (Offset) Printers, Konung Lampak, Imphal (2002)*

15 ***A Short History of the Indigenous Communities of Kangleipak, Vol.-III,*** *by the League of the Fourth World People, Kangleipak, Photo & Computer Printer, Gibson Cyber Cafe, Keishamthong Keithel, Imphal (2003)*

16 ***Anal*** *by I.S. Akoijam, Manipur Sahitya Samiti, Thoubal, Manipur and Printed by Sinoi Offset Printers Thoubal, Manipur (2004)*



"মহারাজগী কোনুংদো
সনানা লৈবুং শানা
পূমচোল চোলনা লৈদো।
মহারাজগী কোনুংদো
লুপানা লৈবুং শানা
পূমচোল চোলনা লৈদো।"

